ꯈꯨꯔꯣꯢ ꯍꯥꯎꯔꯥ ꯂꯝꯂꯥꯡꯇꯣꯡ

# খুরোই হাওরা লমলাংতোং

(লমাংদোংঃ বিষ্ণুপুর)



দা. যামিনী দেবী

# খুরোই হাওরা লমলাংতোং

## (লমাংদোং : বিষ্ণুপুর)

দা. যামিনী দেবী



ꯔꯥꯏꯇꯔꯁ ꯐꯣꯔꯝ, ꯏꯝꯐꯥꯜ

WRITERS' FORUM, IMPHAL

বাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল - ২০০৪

KHUROI HAORA LAMLANGTONG (LAMANGDONG-BISHNUPUR) – a cultural study of Lamangdong in Manipur by Dr. Ch. Jamini Devi published by Writers' Forum, Imphal in 2004



অহানবা থৃংনম্ : ২০০৪

কপীরাইট : দা. চোংথাম যামিনী দেবী

অমোঙবা : রাই প্রবীনা ব্রদর্স, শগোলবন্দনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক্তা ফোঙবা

নম্ফম : সরস্বতি ওফসেট প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ), সেগা রোদ, থৌদা ভাবোক লৈকায়, ইম্ফালদা টাইপ সেট তৌরগা নম্বা

মখুম : বিষ্ণু মন্দির, লমাংদোং (বিষ্ণুপুর)
কর্টসী : আর্কিওলোজিকেল সর্ভে ওব ইন্দিয়া

কোপী মশিং : ৫০০

**মমল : লুপা ১৫০/-**



ISBN 81-89101-00-5

## সেক্রেটরীগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা খৃ.কু. ১৯৮৮ দা ৱাখল মান্নবা অইবশিংনা লিংখৎখিবনি। মণিপুরগী অইবশিংনা লাইরিক ফোঙদোকপা ঙমদবগী অরুবা ৱাফম অসিনা খৌইনশিন ওইখি। মরমদি সাহিত্যগী ওইবা খুৎইবু চাং নাইনা ফোঙবিগদবা মীওই য়াম্না তাঙই। ঙসি চহী কুন হেন্না হৌখ্রবা মতুংদসু ফীবমদি অদুক হেন্না ফগৎপা ওইদ্রি। অদুবু লূপ অসিনা থবক-থৌরম অমা ওইনা পায়খৎচরকপা খৌদাং অসিগী মহয় য়ানবগী প্রমাণ ওইনা ঙসি ফাওবদা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা ফোঙখিবা লাইরিক ৭৩ শুখ্রে। দা. চোংথাম যামিনীনা ইবা *খুরোই হাওরা লমলাংতোং* কৌবা লাইরিক অসিনা ৭৪ শুবা ওইরগনি। মসিগীসু মথক্তা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী বেনর মখাদা ISBN শীজিন্নবা অহানবা লাইরিকসু ওইরে।

ফোরমনা লাইরিক ফোঙবা অসিগীসু মথক্তা অতৈ থবক থৌরম কয়াসু পায়খৎচরি। *অইবশিংগী দিরেক্তরি* অমা অথুবা মতমদা পুখোক্রগনি। মণিপুরী ৱারীমচাশিংগী এন্থলজী অমা হান্নরা ইংরাজীদা পুখোকচখ্রে। মখংদা শৈরেংগী এন্থলজী অমা পুখোক্তুনা মীয়ামদা হেন্না খঙহন্নবা পান্দম থমজরি। মসিগী মথক্তা *সাহিত্যগী পাউ* কৌবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী দোক্যুমেন্টেসন্দা যুম্ফম ওইবা থা ৩/৩ গী চেফোঙ অমসু লেপ্তুনা পুখোরক্রি।

মীয়ামদা হেন্না খঙহঞ্জনীংবা ৱাফম অমনা লূপ অসিনা অইবশিংগী মশাইগোন অমা শাগৎনবা অচৌবা খৌরাং অমা পায়খৎচরি। মীয়াম্না অঙম্বা মতেঙ পীবিনবসু হায়জরি। মরমদি ভারতকী রাজ্য অতৈদা রাইটর্স হোম, কমপ্লেক্স লৈনখ্রবসু ঐখোয়গীদি লৈত্রি। সরকারগী ওইনসু মসি পায়খৎলক্কদবগী আশা কয়া উদবগা, মসি থম্বগী তঙায়ফদবা য়েংদুনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা প্রোজেক্ত অসি ঐখোয়গী মেম্বরশিং অমসুং মণিপুরী সাহিত্য, লোল অমসুং সংস্কৃতিবু নুংশিবিবা পূম্নমক্কী মতেঙনা থবক্তা ওহ্নোক্নবা পান্দম থমজরি।

অরোয়বদা, লাইরিক অসিবু ইবিরিবী দা. চোংথাম যামিনী দেবী ফোরমগী হান্নগী প্রসিদেন্টনি। মশাগী লাইরিক অনী অমসু ১। *লোইনাইদ্রবা ৱাবী* (১৯৯৯) অমসুং ২। *আমেরিকাগী খোঙচত্তা* (২০০১) হান্নরা ফোরমগী লাইরিক ওইনা পুখোকখ্রে। হন্দক্কী লাইরিক অসি অহুমশুবা খূদোল ওইনা অপাবশিংগী মফমদা তমজরি। লাইরিক অসিদা পুখৎলিবা লমলাংতোং (লমাংদোং) অমসুং মসিগা শাগোন্নবা অতৈ মচাকশিংবু অরিবা মতমগী ইতিহাসকী শরুক ওইনা নৈনবা য়াবা মতাঙদা খন্ন-নৈনবিনবা খ্বাই অপাবশিংগী মফমদা লাম্নোকচরি।

বি.এস. রাজকুমার
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

# তৌবীমল খঙবা উৎচবা

লাইরিক অসি ইবগী মতাঙদা বিষ্ণুপুরগী মফম কয়াদা চৎতুনা থিজিনবগী তঙাইফদবা লাকখি। মদুদা মতেঙ পাংবীরকখিবা শ্রীথিয়াম যদুমনি সিংহ, রিটার্য়দ হেদ মাষ্টর কৈরাপ আইমোল গোভর্নমেন্ট হাইস্কুল, বিষ্ণুপুর, শ্রীসলাম তোম্বা সিংহ, রিটার্য়দ ভাইস প্রিন্সিপাল সি আই কোলেজ, বিষ্ণুপুর, শ্রীমতী ফুরাইলাৎপম ব্রজমুহিনী দেবী, সেক্রেটরী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চবু থাগৎচরি। শ্রীফুরাইলাৎপম ব্রজগোপাল শর্ম্মা, বিষ্ণুপুর, শ্রীসলাম সমরেন্দ্র সিংহ, তৌবুলনা মরন্নাই গাড়ীদা বিষ্ণুপুরগী মরুওইবা মফমশিংদা পুবীবা, শ্রীওইনাম মৈন্য সিংহ, শ্রীনারেংবম চাওবা সিংহ ক্লাসিফাইদা লৈবা অনীনা কোনুং লৈকায়গী ৱারী লীবিবা, শ্রীমোইরাংথেম দিকেশ্বর সিংহ, ফোটোগ্রাফর, বিষ্ণুপুর, পুম্নমকপু থাগৎচরি। ডা. নোংমাইথেম তোম্বীসিংহনা প্রুফ পাবিদুনা সজেসন কয়া পীবিবা, ফোঙবগী দায়িত্ব লৌবীবা সজেসন কয়া পীবিরকপা, রাইটর্স ফোরমগী সেক্রেটরী শ্রীবি.এস. রাজকুমারগী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। ঐগী ইবুং চোংথাম সমরেন্দ্রনা ঐবু লাইরিক অসি ইননবা পূক্নিং থৌগৎপিখি। ঐনা চিংনবা মতাঙ অমা লাকপদা হংজরুবদা হরাও হরাওনা তাকপীরকখিবা পণ্ডিত শ্রীনিংথৌখোঙজম খেলচন্দ্র সিংহগী মফমদা লম্মন তোনশিঞ্জরে। মৈতৈ ময়েক্তা লৈবা লাইরিক খরা নৈনজবদা মতেঙ পাংবীরকখিবা মণিপুর য়ুনিভরসিটিগী ওজা অনী ডা. পাওনম গুনিন্দ্র সিংহ, ডা. পি. নবচন্দ্র সিংহবুসু থাগৎচরি। হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদগী ঐনা নীংতম্না quote তৌজে। মদুগীদমক্ অইবশিংনা য়াবিগনি লৌজে। মওং অমদা নৎত্রে অমদা লাইরিক অসি ইবগী মতাঙদা মতেঙ পাংবীরকখিবা খ্বাই থিবিকপু থাগৎচরি। অরান অহুই তাকপীরক্লবদি তরাম্না লৌশিনজগনি, মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

— অইবী

# য়াওরিবশিং

# ৱাহৌ

## খুরোই হাওরা লমলাংতোং ঃ

'খুরোই হাওরা লমলাংতোং' অসি হৌজিক লমাংদোং নৎত্রগা বিষ্ণুপুর হায়না খঙনরিবা লমদম অসিগী অরিবা মিংনি। ইতিহাসকী তাংকক কয়া ফাওনা চেঙ্গরক্লিবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেলদা খুরোই হাওরা লমলাংতোংনা শীংথানীংঙাই ওইবা খূদোল তমদুনা লাক্লি। লমলেন লমনুংশি অসিনা চহী চা কয়াগী মমাঙদগী মণিপুরগী লৈঙাকলোন, লাইনীং লাইশোল, নাৎকী ওইবা চৎনলোন কয়াগা শাগোন্নরক্লি। লমদম অসিদা মণিপুরগী মতীক মঙাল লৈরবা নিংথৌরেল কয়ানা কোনুং ওইদুনা লৈঙাক শাসন তৌরম্মী। নিংথৌরেলশিং অদুগী সনাহাক্তক্তা শারম্বা লানবন, শেমগৎলম্বা লম্বী-থোং, ধর্ম্মগী ওইবা লাইনীংফম, লাইশঙ মন্দির, ফুরা, হৈকোল-লৈকোল কয়া ঙসিসু মণিপুরী সংস্কৃতিগী লেমজনিংঙাই ওইরবা মরল ওইদুনা লমদমদুদা লৈরি। অদুনা লমদম অসিদি মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং কলাগী লৈকোল অমনি।

সংস্কৃতি (কলচর) হায়বসিদি অতৎ অথম লৈতনা চেঙ্গরিবা তুরেলগী ঈচেলগা পাংথকনি। তুরেলনা অৱাংবা চীংদোন্দগী অকনবা শাফুগা লোয়ননা চেঙ্গরক্লগা তম্পাক্কী লমদম য়ৌরক্লবদা থেক-থোই তৌদুনা ঈচেল শেমলকই। থেকনা থোইনা লম্বী লমশাং চেল্লকপদা তুরেলনা তোঙান তোঙানবা লৈবাক লৈহাও, উপাল, উরা, চীং, থেল কয়াগা ঙাথু থেংথু শান্নবদা অরুবা অনৈবা শকলোন, মনম মহাও কয়া চূপশিনখিবদগী মশক মচু ওনবসু অদুম মথোকই। লম্মুক্লবা, লমদনবা থৌদোকসু থেংখাং কয়াদা থেংনবসু ময়াওই। ঈচেলদুদা ঈরোং কয়া অমা অমুক তিল্লদুনা পাকথোক চাউথোকহল্লকই, মশা মরেং ফন্না চেঙ্গরকই।

মতৌ অসুমনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেলসু অঙনবা মতমদগী হৌরদুনা চেম্ন্থরক্লি। মাগী ঈচেল অসি ইতিহাসকারশিংনদি নোংদা লাইরেল পাখংবনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানবা খৃষ্ট কুমজা ৩৩ দগীনি হায়না লাচল্লি।

মণিপুরদি ভারতকী নোংপোক চিদাইদা প্রকৃতিগী শান্নবুং ওইনা ঈংনা চীক্লা নীংতম্না পানবা লমদম্নি। মাগী মপারী মমোমশিংনদি নুংশিনা মিংথৈজে 'সনা লৈবাক মণিপুব' হায়না। চীংশাংনা পল্লোন ওইনা কোয়শিন্দুনা লৈবা পীক্রুবা লমদম অসিদা মৈতৈ, চীংমী কয়ানা য়েলহৌঙৈদগী নুংশি চান্নরা লৈমিন্নরক্লি। কাঙলুপ খূদিংনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা অঙন্বা খূদোল তমদুনা লাকলি। লমদম অসিনা ঈংনা চীকনা, মতীক মঙাল লৈনা নুংঙাই মরাঙ কায়না লৈবা উবদা য়ূমলোন্নবা লৈবাকশিংনা কল্লকই। অদুনা মখোয়না হৌজ হৌজ থেংখাং কয়াদা লান্দারকখি। অদুবু মথৌনা মরীংজেল লৈরবা মণিপুরগী নিংথৌ অমসুং প্রজাশিংনা য়েক্লবগা শমু পান্নোম থেক্লবদা নোপ্তুনা লাকই। মখোয়না য়েক্লবশিংবু মায়থীবা পীদুনা নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা হীকনা হাইনা পাল্লকপনি সনা লৈবাক মণিপুরদি।

মতমগী য়াওল তুংইন্না ঙমখৈ ব্রাংমদগী মীওই কাঙলুপ কয়া অমনা মথং মথং চঙশিল্লক্লুনা মণিপুরদা খুন্দারকখি। মোঙ্গোলোইদ কাঙবু, এরিয়ান কাঙবু, ব্রাহ্মণগী কাঙবু, পাংঙলগী কাঙবু য়ৌরকখি। মখোয়না মণিপুরগী কলা, সংস্কৃতি, শেনমিৎলোননচিংবদা অচৌবা অকনবা শাফু পীবা হৌরকখি। অদুনা মণিপুরদা য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা মীওই কাঙলুপশিংগী মরুওইনা তম্পাক্কী লমদমদা লৈরিবা মৈতৈ হায়বা কাঙলুপকী লাইনীং লাইশোল, সাহিত্য, ময়েক, লোল, লাইরিক-লাইশুনচিংবদা হোংদোক হোংজিন তৌহল্লকখি। অসুম্না ব্রাংমা লমগী সংস্কৃতিগী ঈচেলগা লমদমসিগী সংস্কৃতিগী ঈচেলগা তিন্নশন্দুনা ঈচেল চেম্ন্থরকপা হৌরকখি। অদুম ওইনমক, মণিপুরী সংস্কৃতিগী হান্নগী ওইবা তোপ তোপ্পা শক্তম অদুদি মাঙখিবা তৌদে।

মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেলদা অকা অকুম কয়া মায়োক্নরকখি। অপান্বা পামদবা, নীংবা থুংবা থুংদবা থৌদোক ব্রাথোক কয়াগা লোয়ননা মাগী

ঈচেলদি লেপ্তুনা চেষ্টরকই। মায়োক্লরকখিবা শীংনরকখিবা ঈথক ইরে কয়াগী মরেক মহাও চূপশিন্দুনা মশাগী শকচু লোক্লগা মশাগী শক্তম্বু হেন্না ময়েক লানা মতীং লৈনা অদুম চেষ্টদুনা লাক্লি।

অসুম্না লৈরোন কয়া লৈখ্রবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী তাবুনুংদা য়েংলুবদা 'লমলেন খুরোই হাওরা লমলাংতোং' (লমাংদোং/বিষ্ণুপুর)না মণিপুরী সংস্কৃতিদা তম্লিবা খূদোল কয়া ময়েক লানা চোঙথোরকই। খূদম খরদং য়েংলবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদা শারম্বা বিষ্ণু মন্দির ঙসিসু লৈরি লমদমসিদা। মসিনা ৱারী লীরি – মণিপুরদা ইতিহাসকী তাংকক অমদা মৈতৈগা পোংগা মরী লৈনরকখিবা, মণিপুরদা বিষ্ণু লাৎপা হৌখিবা অসিনচিংবগী ৱারী। মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫১) গী মতমদা শারম্বা খ্বাইরাকপল হায়না খঙনবা লানবননা মণিপুরদা পাঙলনা খুন্দারকখিবগী ৱারী লীরি। লমাংদোং বিষ্ণুপুরদা লাৎলিবা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা অমসুং নিংথৌখোংদা লাৎলিবা শ্রীগোপীনাথনসু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র (১৭৫৯-১৭৬১, ১৭৬৩-১৭৯৮) না মণিপুবগী কলা সংস্কৃতি, লৈঙাক শাসনগী মতাঙদা লৌরম্বা থৌদাংশিংবু নৌহৌনা নীংশিংহল্লি।

খুরোই হাওবা লমলাংতোংনা মথং মথং লীরকলি ইতিহাসকী ৱারী অতৈসু – শলাই তরেৎনা পূনশিন্দুনা শেম্বা মৈতৈ হায়বা ফুরুপনা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী মণিপুবদা লৈরকপা, অতিয়া গুরু শিদবা নীংজবা, সনামহি লাইনীঙ চৎপা কাঙবু অসিনা মতৌ করম্না মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) গী মতমদা রামান্দি ধর্ম্ম লৌরকখিবা, হিন্দুগী লাইনীঙ লাইশোল, থাজনবী করম্না চৎনরকখিবা, ব্রাহ্মণগী শাগৈ, ভারতকী মফম কয়াদগী মণিপুরদা চঙলকখিবা, মতৌ করম্না মণিপুরদা পাঙলনা খুন্দারখিবা অসিনচিংবগী ৱারীশিং।

খুরোই হাওরা লমলাংতোং হায়না মিংথোনবা লমদম্বু বিষ্ণুপুর হায়না খঙনরকখি। লালগী সিফাই ওইনা লাকখিবা পাঙলশিংবু লৈহনখিবা মফম্বু পাঙল সিফাই হায়না মিংথোনখি। হৌজিক্তি বিষ্ণুপুর অসি মণিপুরগী জিলা অমা ওইরে। জিলা অসিগী মনুংচন্না লৈরিবা মোইরাংগী সেন্দ্রা, ফুবালাগী টুরিষ্ট হোম, লৌকোইপাৎনচিংবা মফমশিং অসিদা টুরিষ্ট সেন্টর ওইরে।

মোইরাং থাংজিং লাই হরাওবদা চহী অমগী অমুক্তি লাইখুরুম্বা অমুক চৎনরিবনি মীয়াম্না মসিদা। লানবল ওইরম্বা খ্বাইরাকপলদু তেক কাইদুনা তেমথোক্তুনা খুল শেমদুনা মী লৈখ্রে। লমাংদোং কৈথেলদগী ফংবনি হায়দুনা রাম সীতা, হনুমানগী মূর্ত্তিসু মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়মদা পুরক্তুনা থম্রি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লমাংদোংদা কোনুং ওইদুনা সঙ্গাই শারম্বা মফমদুদা হৌজিক্না মহৈতমফমশঙ শাদুনা লৈখ্রে। চীংথক অসিদা নিংথৌগী মহারাণীনা থারম্বা 'মতা হৈ' হায়না খঙনবা হৈনৌ পাম্বীদু খৃ. কু. ১৯৯৯ ফাওবদি লৈরম্বনি অদুসু তুখ্রে। নীংশিং খূদম কয়া, সংস্কৃতিগী তাঙলবা ললগৈ কয়া মতমগী ঈরোম্নুংদা লূপশিনখ্রে। মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমগী বিষ্ণু মন্দিরবুদি ভারত সরকারগী আর্কিওলোজিকেল বিভাগনা শক খঙদুনা ঙাক শেন্দুনা থমলে। অসুম্না ইদুনা থেৎলি।

This monument has been declared to be of national importance under the Ancient Monument and Archaeological Sites and Remains Act 1958 (24 of 1958), whoever destroys, removes, injures, alters, defaces, imperils or misuses this monument shall be punishable with imprisonment which may extend to 3 months or with fine which may extend to five thousand rupees or both.

লমাংদোং লমদমদা লৈরিবা অতৈ অতৈ নীংশিং খূদমশিংসু অসুম্না ঙাকশেন্দুনা থম্বগী তঙাইফদবা লৈ। অদুগা লোয়ননা লমাংদোং : বিষ্ণুপুর মতম অমগী খুরোই হাওরা লমলাংতোংনা মণিপুরগী সংস্কৃতিদা তঞ্রিবা খূদোলশিং, সংস্কৃতিগী মচাক মরলশিং কয়াগী মরমদা ইশিন্দুনা থম্বগী তঙাইফদবসু লৈ। *চৈথারোল কুম্বাবা, নিংথৌরোল লম্বুবান*চিংবদা মসিগী মতাঙদা খরগী মখৈ পল্লবসু মপূংফাবদি ওইদে। মসিগী মতাঙদা ইবা মরীক চূম্বা লাইরিক থোয়না লৈতে।

তুংদা হৌরক্রিবা মীরোলনা খুরোই হাওরা লমলাংতোংগী মরুওইবা, লমদমসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা তঞ্রিবা খূদোলশিং অসিবু খঙজিনবা ঙম্নবা

অমসুং মখোয় ঐখোয় পূম্বনা মণিপুরগী সনা পূক্কেবু. ময়েং তাহন্দনবা ঙাকশেনবা ঙম্নবগী মতাঙদা থরদং কান্নগদ্রা থন্দুনা লাইরিক অসি ইজবনি।

কবি অমসুং সাহিত্যকার ঁএলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মাগী লাইরিক ''হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি'' দা হায়রম্বা ''ঐখোয় অয়াম্বনা ঐখোয়গী সংস্কৃতিবু খণ্ডলে হায়দুনা চাওথোকচৈ, হৌরকফমদি ইন্দো-মোঙ্গোলোইদ (কিরাট) কাঙলুপনিকা হায়রগা অরিবা মশকসু খণ্ডলবদৌনা থাজনরি। তশেংবদি অরানবনি। খণ্ডবা হৌগৎলকপদা ঙায়রি। থিবগিসু লেপ্লদ্রি। অদুবু পুয়া পুরান থর পারগা নৎত্রগা মপানগী-মনুংগী পণ্ডিতশিংনা থেংনরুবা থর পুথোক্লরগা মণিপুর সংস্কৃতিবু খণ্ডলে হায়বা ওইথোকতে ... পূম্নমকসি প্রমাননা ফাগদবনি।'' হায়বা ৱাফম অসি লাইরিকসি ইবা মতমদা মাংদা থমজৈ। ঐহাক মণিপুরগী সংস্কৃতি মশক মুম্না খণ্ডবা মীওই অমা নত্তে। অদুম ওইনমক থিজিনবগী মায়কৈদা থোঙ থাংজিনজবা অমগী পাউদম অমতং ময়ামগী মাংদা থমজবতনি।

— **অইবী**

# অহানবা পন্দুপ

## খুরোই হাওরা লমলাংতোং কৌখিবা ঃ

মৈত্রবাক্কী পুব্বারীদা চাউনা ফিদা কল্লিবা লমদমনি ইম্ফাল সহরদগী খা পাংবদা কিলোমিটর ২৮ লোমদা চৎলগা লৈরিবা খুরোই হাওরা লমলাংতোং হায়না খঙনরব্বা হৌজিক্কা লমাংদোং বিষ্ণুপুর হায়না খঙনরিবা মফম অসি। খৃষ্ট কুমজা ৩৩ দগীনা ১৯শুবা চহীচা ফাওবদা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা মণিপুরদা নীংতম্না পানখি। নীংতম্বা লৈবাক অসিনা ঈংনা চীক্লা, মরা তপ্না লৈবা লমদমসিগী পোখোক মরাঙ কায়ববু কল্লক মিহৌদুনা য়ূমলোন্নবা লৈবাক্না লমদমসিদা তোয়না লান্দারকখি। অদুবু মথৌনা মরীংজেল লৈবা, শাদা লান্দা হৈশিংলবা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা মরৈবাক মরমদগ্বু চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা য়েক্লববু মায়থিবা পীদুনা নীংতম্না পাল্লকপনি। মখোয়না মতম মতমগী ওইনা য়েক্লববু মায়থিবা পীবা ঙম্লবা খুদোংচাগদবা মফম য়েংদুনা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদা হোং হোংদুনা কোনুং ওইরম্মী। খুরোই হাওরা লমলাংতোংদসু মণিপুরগী নিংথৌরেল খরগী সনা কোনুং ওইরমই।

লমাংদোং : বিষ্ণুপুরগী হান্নগী মিংলেন খুরোই হাওরা লমলাংতোং হায়বসি করম্না থোনখিবনো হায়বসিগী মতাঙসি *মোইরাং কংলৈরোন* অমসুং *নিংথৌরোল লম্বুবা* দগী খঙবা ঙমই। *মোইরাং কংলৈরোন* দা অসুম্না ইরি –

*''লমলেন মদাইমাদি খুরোই হাউরা লুমলাংতোং নাপুবা লৌথোংচাউ থোংজাউ লাইরুকলেমবা লাইমৈখু কুমনারম লাইরাংলা তাননারম থোংজাউ লাইরোক লেম্বা মরৌমাঙ-ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো ? কাওরেন কোন্দে লাংনুবীগী কাওবেন সনয়াঙথকতা কেগে মোইরাং নাপুবনা সমু মখুকলু অনীমাবু খুরু খুতপনানা তোংনা কারকযে হায়বগীবু খুরোয় হাউরা লুমলাংতোং নাপুবা নৌথাংচাউ থোংজাউ লাইরিক লেমবা মরৌমাঙ-ও তৌনা কৌয়ে।*

**— মোইরাং কংলৈরোন**

কেগে মোইবাংগী নাপুবা কৌবনা কাওরেন কোন্দে লাংনুবী হায়বা কাওরেন শন অদুগী য়াঙলেন মথক্তা খুউ অনীনা শৌবগা তোংদুনা কারকই হায়বগীদমক মফম অদুবু খুবোই হাওরা লমলাংতোং নাপুরা লৌথোংচাউ থোংজাউ লাইরোক লেম্বা মরৌমাঙ হায়না কৌনখি। (১)

*নিংথৌরোল লম্বুবা* দনা অসুম্না —

*নাপুনবা লৌথোংচাউ লাইরোকলেন লোনলোই খুরোই হাউবা লমলাংতোং-ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো ? নুংবাল ফানতেক সোকনাইবনা খমলোই মনিলনাই লোনলোই মরাং হৌনা হোংনেমগৈ লোইচিঙ নিনতুম নিন লোইয়া ঙানতুম ঙান চৈরৈ হৌলাংফৈবু য়িনকুপনা সেরি যাংতেকনা খুরাই নরিননা থাংয়িয়াম তরেৎ লোইমোম ফৌ তরেৎ ময়িমিচিন সাইকং সাইদা কৌচেং খুকোং তানবনা সরা লাইচেং ফামনা হুন লাংগোই সগোল নাকতাংবনা হুইমু তম্না য়ুমতাইনা ঙানু কাংঙা মচানা য়িমু তমনা নহায়না নুংবান কংলৈ মসু মাংদা সরিক খিং খিং খিঙ য়ামবী মাইঙৌ তানা হোংনেময়ে।*

**— নিংথৌরোল লম্বুবা**

মথক্কী ব্রারোল অসিবু অরায়বা লোন্দাদা অসুম্না হনবা য়াই – লুব্রাংগী ফান্তেক শোক্লাইবনা মথুম মরাঙ হৌনা অহোঙ কুম্মৈ পাঙথোকখৈদা লোইজিঙ নিন্দুম নিন লোইয়া ইঙা ঙান্না, নীংথিরবা চরৈ ফিশাংনা মথক কৃপ্না, লোইমোম ফৌ চরোংনা ময়িমগী সাইগং সাইদা থেৎনা, শগোল, ঙানু, কাংঙনচিংবা কয়া পৈদুনা লুব্রাং মাগী কংলৈ মশুমাঙদা শরিক খিঙদুনা, চেংঙৌ তানা ফৌশুনা হোংনেম কুম্মৈ পাঙথোকখৈদা লম অদু লাংঙি হায়দুনা লোনলোই হাউরা লমলাংতোং-ও তৌনা কৌযে। অদুদগী লমদমদুবু খুরোই হাউরা লমলাংতোং হায়না কৌনবকখি।(২)

তুংদা ব্রাহ্মণ খোনথোকতা খরা খরা থৈদোরক্লুনা খুবোই হাউরা লমলাংতোং হায়রম্বদগী লমাংদোং হায়না খঙনরকখি।

অদুগী তুংদা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা (১৪৬৭-১৫০৮) লমাংদোংদা কোনুং শেমদুনা লৈবাক ঙাক্লুনা পানবা মতমদা লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর হায়না কৌখি। বিষ্ণুপুর কৌখিবগী মতাঙদা **মৈতৈ নিংথৌরোল**দা অসুম্না ইরি –

*ক্যাম্বা নিংথৌনা খুরোই হাউরা লম্মাংদোং থোংজাওরোক তুরেলগী মথাথংবা সোরোক্কী মনীংদা মতম খরা কোনুং শেমদুনা লৈরম্বা মফম অদুগী মনাক্তা চেক্লা ফুরা অমা শারগা বিষ্ণু লাৎলম্মী। তথেন্দগী লাক্লুনা খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা ফুরা শাদুনা লাই লাৎপদগী ফুরাইলাৎপম য়ুম্নাক ওইখিবা ফুবাইলাৎপম সুভিনারায়ন শর্ম্মনা ষড়শষ পুজা কৎলগা সেবা চৎহনখি। বিষ্ণু লাৎলি হায়বদগী বিষ্ণুপুর কৌখি। (৩)*

অরিবা খুৎই লাইবিক বিষ্ণু ফংবগী পুরানদনা অসুম্না ই –

*ময়ুম হাউরা লমলাংদোংদা চীংঙু বিষ্ণু থোই থোইবগী লাইশঙ শাদুনা লাৎখি। লমলেন লমদম অদুবু বিষ্ণুগী লৈফম্নি হায়দুনা বিষ্ণুপুর হায়না কৌখি। চীংঙু থোইয়ুম বিষ্ণু নামুংবগী ঈরাং থৌরমগীদমক সঙ্গোম্না লাইজ ঈশিং*

*ওইরগা তরা চেংবুম অঙৌবা তেকতবা হাপতুনা খাম্বী মৈদা থোংদুনা বিদ্যানিধি, সুধির নারায়ন, বিদ্যা পকেশ মখোয় অহুম্না তান্নদুনা বিষ্ণু নামুংবগী লাইনিং লাইশোল শোন্দুনা কৎলবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বসু মুকমু লৈতোনকোন, মানবী খুতম্না খুবাং চাংজৌ চেপ্না খুরুমজখি হায়দবরা(৪)*

অসুম্না খুরোই হাওরা লমলাংতোং হায়না কৌনরম্বদু লমাংদোং: বিষ্ণুপুর হায়না খঙনরকখিবনি। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা লমাংদোংদা বিষ্ণু লাৎপগী মত্যাং অসিদা মোত খেন্নরি। সুভীনারায়ন শর্ম্মনরা নৎত্রগা বিদ্যা নিধি, সুধির নারায়ন, বিদ্যা পকেশ ব্রাহ্মণ অহুম্নরা হায়বসিদা খরা কৃপথনা থিজিনবা দরকার ওইরি।

ফুরাইলাৎপম সুভীনারায়ন শর্ম্মা হায়বসি কনানো হায়বসিগী মতাংদদি মহাকসি উত্তরপ্রদেশকী নন্দগ্রামদগী লাক্লগা তখেল (ত্রিপুরা) ফাওরক্লগা মৈদিংঙু ক্যাম্বা (থাংৱাই নিংথৌবা, ১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদা মণিপুরদা খুম্হোকলকপনি। মহাক কশ্যপ গোত্রগী গৌর ব্রাহ্মননি। মহাক্কী উপাধিদি চট্টর্জীনি। মহাক্না মণিপুরদা খুম্হোকলকপগী মরমদি অৱাং ভারততা মুসলমান নিংথৌশিংনা হিন্দু ব্রাহ্মণশিংবু ওৎপী নৈবীবদগীনি। মুসলমানগী মখুৎতগী মাগী ধর্ম্মবু কনবা পাম্বদগী উত্তর প্রদেশকী নন্দ্রগাম থাদোক্তুনা মৈতৈ লৈবাক্তা খুম্হোকলকখিবনি। মাগী তুংদা মাগী মনাওনুপা ভানু নারায়নসু মণিপুরদা থোরকখি। মাগী শাগৈ অসি অহানবদা সুভীনারায়ন ময়ুম হায়না খঙনরমই।

সুভীনারায়ননা হাওকৈ চনু পান্নদুনা সুভীনারায়ন ময়ুমদগী মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী মতমদগী ফুরাইলাৎপম ওইখিবনি। ফুরাইলাৎপম হায়বা যুমনাক্কী বামোন শাগৈ অসি শাগৈগী লাইরেম্বী লাৎপা ফুরুপ অমসুনি। লাইরেম্বী অসি ফু = চফু অমগী মওংদা শাফোংবিরমই। ফুগী লাই লাৎপনি হায়দুনা ফুরাইলাৎপম কৌবনি।(৫)

অদুনা বিষ্ণু লাৎপা হৌখিবা বামনদি – অহানবদা বিদ্যানিধি, সুধির নারায়ন, বিদ্যা পকেশ অহুমনা বিষ্ণু লাৎপগী সেবা চৎলবা তুংদা মৈদিংঙু

চীংথংখোম্বগী মতমদনা সুভীনারায়ন শর্ম্মনা সেবা চৎপা ওইগদরা ?

**লমাংদোং ঃ** বিষ্ণুপুরগী মতাঙদা Capt. E.W. Dun না Gazetteer of Manipur দা অসুম্না হায়রি –

> Bishenpur – This is Hindu name of the Lamlangtong. The Thannah is called so by the foreigners but the Manipuris called it sebok thannah.
>
> A Manipuri thannah, situated where Cachar road leaves the Manipuri Valley, and on the edge of the village Lamlangtong. (6)

লমাংদোং : বিষ্ণুপুরগী মরমদা খৃ: ১৮৮৬ কী মতমদা ওইরম্বা ফিভমগী মতাঙদনা অসুম্না পীরি –

A Manipur (Loi) village on the Cachar road, close to Bishenpur thannah.

Houses – 150 Manipuri pattern

Inhabitants – 750 employed in collecting pan leaf

Fighting man – 150

Water – good and plentiful

Camping ground – Sufficient for a large force all the year round, requires little clearing especially in the neighbourhood of the thannah.

Elevation – 2,600 ft. above the sea level

Temperature – $34^0$ at sunrise in December

Climate – Unhealthy from 1st May to 1st December

Forage – Rice straw, unhusked rice (Dhan)

Fruits and vegetables – Plantains, peas, pumkins, potatoes, beans, onions and kamral

Grams – Rice, Dal, mustard

Live stock – 300 cows, 225 buffaloes, 30 ponies

Carriage – 150 carts

Approaches – By the Imphal-Silchar road and Moirang road. Both are good and lie through open country. (7)

গেজেটিয়র অফ মণিপুরদা সাহেব E.W. Dun না খৃষ্ট কুমজা ১৮৮৪ দা ইরম্বা অসিনা ঙসিদগী চহী ১২০ লোমগী মমাঙদা লমাংদোং(বিষ্ণুপুর)গী লম্মীৎলোন (Geographical Accounts) কী মরমদা খরগী মখৈ খঙবা ঙমই। হায়রিবা মতমসিদি মণিপুরদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি (১৮৫০-১৮৮৬) না পানবা মতমনি। বৃটিশকা মণিপুরগা য়াম্না মরী নকশিন্নরবা মতমনি। মণিপুরগী লম্বী থোংসু নীংথিনা শেমগৎলবা মতমনি। গেজেটিয়র অফ মণিপুরদা কাছার লম্বীগী মতাঙদা ইবম্বা অসিদগীসু লমাংদোং (বিষ্ণুপুর) গী মতাঙদা খরা খঙবা ঙমই।

Bishenpur or Lamlangtong –

There is a rest house here. A huge bazar is held daily. There is excellent camping ground, water and grazing. The main road to Cachar branches off here.

The Shugunu road passes through

Bishenpur village and over a mound commanding a good view of the Southern part of the valley. It would make a good signalling station, keeps the same character as hitherto passes Ningthoukhong at 6 miles and reach Moirang at 11 miles. (8)

ইরম্রিবা অসিদগী লমাংদোং লমদম অসি ললোন ইতিক তৌবদা ময়োল ওইবা মফম অমনি হায়বসি তাকই। মফমসিদা থোকপা ফৌ, ক্বামনা, লফোই, মঙ্গ্রা, মাইরেল, ব্লাদগী শেম্বা শোইবুম শোইদোন লমাংদোং কৈথেলদা হৌজিকসু ফংই। লমাংদোংগী শোইদোন মণিপুরদা মমিং চৎলি। মফম অসিদা নুঙনা শাবা তেঙ্গোৎ, খুজাই, শুম্বল ফংই। চীংগী লমদা ফংবা পোৎচৈ লমাংদোং কৈথেলদা পুরক্কুনা য়োল্লি। কাছাড়নচিংবা মণিপুরগী ব্রাংমদা লৈবা লমশিংদগী লমাংদোংদা পোৎচৈ পুশিল্লকই। অসুম্না লমাংদোংনা ললোল ইতিক্কী লমদা চাওনা থৌদাং লৌদুনা লাকই। অদুগা লোয়ননা মণিপুরগা অতৈ লমগা ফাওনবগী লম্বী ওইদুনা লমদমসিদা চাওখৎপগী মায়কৈদা চংশিনবগী থোঙদাফমসু ওইদুনা লাকই। মীয়াম্না তোংজৈ মরীল হায়না খঙনবা লমাংদোং ফাওরগা চৎপা লম্বী অসিনা ফাওনলম্মী ওইরম্বনি। অঙনবা মতমদদি লম্বীসিবু ফদিবী লমশাং হায়না খঙনরমই। ইম্ফাল ময়োলদগী মোংশঙ্গেরোমদা চৎলগা নম্বোলগী থোরিফাবা চীংগী মনাক লাইতোঞ্জম য়ৌরগা অমুক নোংপোক পাংনা হাইগৎতুনা কাছার তাখিবা লম্বীনি। লম্বীদি অফবা ফিভমদা লৈরম্বা নত্তে। অশোংবা জঙ্গল ফাওদুনা থোঙনা চৎপা লম্বী ওইবনা লম্বীচৎপা মীশিংনা খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লবগী ব্রারী লৈ। দাকুনা লম্বীচৎপশিংদগী পোৎচৈ মুনবা, হাৎপনচিংবসু থেংনবনা লম্বীসিদা চৎপসি নুপী নহাদি ইঙম ঙম্লদবনি। মণিপুরদি চীংনা ইকোই কোইশিনবা লমদমনি। লম্বী থোঙসু ফত্তবনে, অতৈ লমগা তোয়না চথোক চৎশিন তৌদুনা ঈ পাউ ফাওনবসি ইব্রাৎ ব্রাৎনা লৈরম্বনি। মতম্দুদদি মীশিং য়াম্লমদে। লৌউ-শিংউবগী পোথোক মরাং কায়রমই। অমুক্তং চহী অমদা লোকপা ফৌনা চাবদগী লেম্লমই। অদুনা লৌ লোকখ্রবা মতুং থা ৬ লোমদি মীশিংনা থবক অতৈ তৌদনা হরাও কুম্মৈদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈনরমই। অদুমক্তুনা লমসিদা ঈশৈ, জগোই, শান্ন-থোৎনবদা চাওখৎপগী মরম ওই হায়না অখঙ অহৈ খরনা মোত ফোংদোকই।

মণিপুরগী লম্বী থোঙ ফগৎনা শেমগৎতুনা মপান লমগা হেন্না ঈ পাউ ফাওনবা ঙমলকপদি খৃ. ১৮৯১ খোংজোম লাল; মণিপুরগী নীংতমগী তুংদা মণিপুরদা বৃটিশনা শাসন পায়রবা তুংদগীনি। হৌজিক সেগা লম্বী ফাওদুনা শেমগৎলকপা টিদিম লম্বী হায়না খঙনরিবা অসি শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তুক্তনি। ইম্ফাল মাও লম্বী হায়না খঙনরিবা নেসনেল হাইৱে ৩৯ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তুক্তা শেমখিবনি।

মতম অদুদা মণিপুরগী ৱাংমদা চৎকে হায়রবদি লমাংদোংদা লৈরিবা তোংঙৈজে মরীল অসি নত্তনা অতৈ লম্বী লৈরমদে। তোংঙৈজে মরীল চৎনবগীদমক ইম্ফালদগী লমাংদোং তারগা লমাংদোংদগী চীং লম্বীদা কাছাড় তানা নুমিৎ ৭ নি চঙনা চৎকদবনি। মৈতৈশিংদা নত্তে, বৃটিশকী অফিসারশিং অমসুং কম্পনীগী সিপাহী পুম্বসু লমাংদোংদা থুংলগা তোংঙৈজে মরীল চৎনরম্বনি। Capt. E.W. Dun না Gazetteer of Manipur দা – "Bishenpur is an excellent camping ground." অসুম্না ইরম্লিবা অসিনা তাকই লৈতেম মান্নবা লম মরাং কায়না লৈবা, ঈশিং নীংথিনা ফংবা অমসুং শগোলশিংগী চানবা শজিক নীংথিনা ফংবা লমনি হায়বসু গেজেতিয়র অফ মণিপুরদগী খঙবা ঙমই। মরম অসিনা লমাংদোং হায়বা লম অসি মৈতৈশিংগীতা নত্তনা সাহেবশিংগীদমক্তসু য়াম্নমক মরূ ওইবা মফমনি।

মৈতৈ নিংথৌশিংনা ইম্ফালদা কোনুং ওইনা পানবদা খুদোং থীরবা থেংখাং কয়াদা লমাংদোংদা চেল্লক্তুনা কোনুং শেমদুনা পাল্লমই। অতৈ মফম অমত্তদা হায়বদি নম্বোলদা, ওইনামদা, নিংথৌখোংদা নৎত্রগা মোইরাংদা অমুক্তসু কোনুং শেমদুনা পানখিদে। মসিগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মরমদি ফিভম তাঞ্জানা য়াদদুনা য়েক্লবনা তকশিল্লক্লবা মতমদা মপাল লম লোমদা চেনখিবদা খ্বাইদগী খুদোংচাবা মফমদি লমাংদোংনা ওইবদগীনি। লমাংদোংদা কোনুং ওইরগসু নিংথৌশিংনা লৈবাক্কী মফম খুদিং যৌনা য়েংশিন্দুনা শাসন তৌরমই হায়বসি **চৈথারোল কুম্বাবা**দগী খঙবা ঙমই।

পোৎচৈ পুথোক পুশিনগী থবকসি মমাঙঙৈগী মতমদদি ষণগাড়ীনা শীজিন্নরমই। চীংগী লমদনা পোৎ পুথোক পুশিনগী মতাঙদা মীশিংনা ঈরোই শীজিন্নৈ। কোকথোংনসু পুরমই।

লমাংদোংদি ললোন ইতিক্কী ময়োল ওইবতা নত্তনা কলা সংস্কৃতি, বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরু হুনফমসু ওই। লমদম অসিদা মণিপুরগী নিংথৌরেল কয়ানা কোনুং ওইদুনা লৈঙাক শাসন তৌরম্বা মতমদা কলা, সংস্কৃতিগী লমদসু হেন্দোক থোইদোকপা খূদোল তমলমই। মদুগী প্রমাণ হায়ববু ক্যাম্বা হাক্তক্কী বিষ্ণু মন্দির, খাগেম্বা হাক্তক্কী খ্বাইবাকপল, ভাগ্যচন্দ্র হাক্তক্কী শ্রীঅদ্বৈত প্রভু, শ্রীগোপীনাথনচিংবা ঙসিসু মফমদুদা লৈরি।

মতমগী মতুংইন্না মণিপুরদা লৈঙাক শাসনগী মতাঙদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। মণিপুরবু লৈঙাক শাসনদা খুদোং চানবগীদমক দিষ্ট্রিক্ট ৮ থোক্লা খায়দোকলকপদা লমাংদোং (বিষ্ণুপুর)সি মণিপুরগী দিষ্ট্রিক্ট অমা ওইরকই।

খৃ. ২০০২ গী বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টকী ষ্টেটিসটিকস অমা পীজরি –

১। লৌ উরিবা লম – খৃ. ১৯৯৮-৯৯ দা হেক্তর ১৭,৬১০০০
খৃ. ১৯৯৯–২০০০ দা হেক্তর ১৮,৩৬০০০

২। থবক তৌবিবা ব্লোক মশিং (১৯৯৯-২০০০) – ২

৩। মী তারিবা খুঙ্গং মশিং (১৯৯৯ গী মীকোক থীবদা) – ৪৫

৪। দিষ্ট্রিক্ট অসিগী পাক-চাওবা – ৪৯৫ স্কার কিলোমিটর

৫। মী তাবিবা মশিং – ১,১৭,৬০৩ – খৃ. ১৯৯১ গী মীকোক থীবদা
২,০৫,৯০৭ – খৃ. ২০০১ গী মীকোক থীবদা

৬। টুরিষ্ট স্পোর্ট (লমকোয়দুনা য়েংবগী মফম) ৬ – (১৯৯৯-২০০০)

৭। বেঙ্ক মশিং – ৮ (৩১/১২/১৯৯৯ ফাওবদা)

৮। বিধান সভা সিট মশীং – ৬

৯। লাইরিক হৈবগী চাং – ৭১.৫৯%

১০। লৌউ-শিংউবা মী মশীং – ৩৮৬২৭

১১। কো-ওপরেটিভ সোসাইটি মশীং – ৪৬৯

১২। হোসপিতাল মশীং – ৮

১৩। দিসপেনসরী মশীং – ৩৭ (৯)




**বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টকী মেপ**

হৌজিক বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টকী ঙমখৈদি অব্রাংদা ইম্ফাল দিষ্ট্রিক্ট (ইম্ফাল ইষ্ট অমসুং ইম্ফাল ৱেষ্ট হায়না খায়দোকখ্রে), নোংপোক্তা চূড়াচান্দপুর দিষ্ট্রিক্ট, ময়ায়থংবা অমসুং নোংচুপতসু চূড়াচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টনি, খাদনা সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টনি।

বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টকী সব-দিভিজন অহুম লৈ। (১) বিষ্ণুপুর সব দিভিজন, (২) মোইরাং সব দিভিজন অমসুং (৩) নম্বোল সব-দিভিজন।

## লোক্তাক পাৎ ঃ

বিষ্ণুপুর জিলাগী মনুং চন্না লৈরিবা মোইরাং হায়বসি কলা সংস্কৃতিগী লমদা থোইদোক্লা মমিং চৎলি। মোইরাংদা লৈরিবা লোক্তাক পাৎ অসিদি মণিপুরগী লেমজনীংঙাই ওইরবা ভারত্তা তাঙলবা থুমহি চেন্দবা পাৎনি। পাৎ অসি য়াম্না পাক-চাউই। নোংজু পাম্বাদা স্কৱার কিলোমিটর ১০৪, ইকং থাদনা স্কৱার কিলোমিটর ৬৪ ওই। ওম্বোকনা ফজখ্রবা চীংলেমখ্রবা ঈপাকনি। লোক্তাক পাৎকী ফজবা দৃশ্য উবদা কনাগী পূক্নিং শুমহৎলোইদগে ? অদুবু ঙসিদি লোক্তাক পাৎকী ফজবা শক্তম কয়া মাঙশিল্লক্রে, নীংবা কায়নিংঙাইনি। লোক্তাক পাৎকী ফূমথক্তা পৃথিবীগী অতৈ মফমদা লৈত্রবা



*লোক্তাক্তা ঈল চিংবা*

সঙাই (brow antlered deer) হায়বা অতাঙবা শা অসিগী লৈফম ওই। পাৎ অসিদা ঙা, থাংজিং, হৈককনচিংবা চাননবা পোৎলমশিং মরাঙকায়না ফংবনা লমদম অসিগী মীশিংগী অচৌবা শেম্বোক লম্বী অমা ওইনরি।

মোইরাং অসি খম্বা থোইবীগী মৃৎনাইদ্রবা নুংশি ৱারীগা লোয়নদুনা লৈরি। লাইনিংথৌ থাংজিংগী খূভম অসিমক ধর্ম্মগী লাইনীং লাইশোলগী মফম অমা ওইবতা নত্তনা জগোই ঈশৈ, হরাও-কুম্মৈ, শান্ন-খোৎনবগী মরুওইবা মফম অমনি। শম্না হায়রবদা খুরোই হাওরা লমলাংতোংগী অকোয়বসি মণিপুরী সভ্যতাগী মরু হুনফমনি হায়বসিদা চীংননিংঙাই লৈরোই।



***লোক্তাক্কী কুমদিদা লৈফম ওইরিবা শঙাই*** ☞

(১) Quoted by *ডা. পাউনম গুনিন্দ্র*, **মণিপুরী কলচরদা মীৎয়েং অমা,** পোক্রফম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল ২০০০, ভো. ১, লা. ১২৭

(২) *Ibid* – pp. 126-127

(৩) *সরাংথেম বরমনি সিংহ,* **মৈতৈ নিংথৌরোল,** রাজেস বুক ষ্টোরস, ২০০০, লামায ৪৬

(৪) *L. Ashok kumar :* 'Lamangdongi Bishnu Mandir', **Sanathong,** Oct. 1997, Vol. 4 No. 8

(৫) *নামৈবাকপম ইবোচৌবা সিংহ, অবিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ব্রহ্মচাবিময়ুম কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা* , **মৈতৈ বামন হৌরকফম,** মণিপুব ষ্টেট মিউজিযম, ১৯৯৫

(৬) *E.W. Dun,* **Gazetteer of Manipur,** Vivek Publishing Company, 1981, p. 73

(৭) *Ibid,* p. 143

(৮) *E.W. Dun,* **Gazetteer of Manipur,** Vivek Publishing Company, 1981, p. 285

(৯) **Statistical Abstract of Manipur,** 2001, *Directorate of Economics and Statistics*, Govt of Manipur

# অনীশুবা পন্দুপ

খৃষ্টগী মমাঙদগী হৌনা মণিপুরদা নিংথৌরেল কয়ানা মথং মথং লৈঙাক শাসন তৌদুনা লাকই। ইতিহাসকী লামায়দা খোর্জেনা য়েকপদি নোংদা লাইরেল পাখঙবনা পানবা খৃষ্টকুম ৩৩ দগীনি। লমদমসিদা পানখিবা নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা মমা লৈবাক্কী, প্রজাগী নুংঙাই য়াইফনবা হোৎনদুনা লাকই, লোয়নননা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা খূদোল তমদুনা শেমগৎ শাগৎপা, চাওখৎপা পুরক্কবা হোৎনদুনা লাকই। খুরোই হাওরা লমলাংতোং হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্কা লমাংদোং/বিষ্ণুপুর হায়না খঙনববা লমদমসিদা কোনুং ওইদুনা পাল্লম্বা নিংথৌরেলশিংনা লৈবাক ঙাকপগা লোয়নননা লৈবাক্কী নীংতম্বা, কলা সংস্কৃতিদা পীরম্বা খূদোলশিং ওঙ্গোক্লা মমল য়ামই।

পীকচরবসু মণিপুর লমদম অসিদা মহৌশা লাইরেম্বীনা তম্বীবা খূদোল, ফজরবা হৈপাল-লৈপাল, তাঙলবা শা-উচেক, চীং, পাৎ-তুরেন্না লৈতেংই। ফুরা দলাননা মিৎ থকহনবা লমদম অমা ওইদ্রগসু মসিগী কলা সংস্কৃতিনদি অতোপ্পবু মিহৌহল্লি। মণিপুরবু মপালগী লমদা শকতাকলি মণিপুরী জগোই রাসনা, মাগী শগোল কাংজৈনা, মাগী শঙাইনা, মাগী শিরোই লিলিনা।

মফম অসিদা কোনুং ওইদুনা মতম খরদং ওইরবসু পাল্লম্বা নিংথৌরেলশিংদি মৈদিংঙু ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮); রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র (১৭৫৯-১৭৬২; ১৭৬৩-১৭৯৮) অমসুং গম্ভীরসিংহ মহারাজ (১৮২৫-১৮৩৪) নি। খুরোই হাওরা লমলাংতোংদা কোনুং ওইদুনা পাল্লমদ্রগসু

লমদমসিগা মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২), চন্দ্রকীর্তি মহাবাজ (১৮৩৪-১৮৪৪; ১৮৫০-১৮৮৬) নচিংবনসু লমদম অসিগা য়াম্না নরুবা মরী থমদুনা লৈঙাক শাসন্দা, চাওখৎপা পুরকপদা চাউনা খূদোল তমলমখি।

নিংথৌরেলশিং অসিগী পুন্সি অমসুং মখোয়না লৈবাক্কী চাওখৎপা পুরক্লবগীদমক তমলম্বা খূদোল, থোকখিবা ইতিহাসকী থৌদোকশিংগী মতাঙদা মরুওইনা সংস্কৃতিগী লমদা খূদোল তম্লম্বশিংদু তেনতক্না মখাদা নৈনজরি।

## মৈদিংঙু ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) ঃ

মৈদিংঙু ক্যাম্বা মণিপুরগী ৩৮শুবা নিংথৌনি। মহাক্না খৃষ্ট কুমজা ১৪৬৭ তগী খৃষ্ট কুমজা ১৫০৮ ফাওবা চহী ৪১ চূপ্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। মহাক্না খুরোই হাওরা লমলাংতোংদা কোনুং শেমদুনা মতম খরা লৈবাক শাসন তৌরমই। ক্যাম্বা নিংথৌনা থোংজাওরোক তুরেলগী মখা থংবা সোরোক্কী মনীংদা লৈবা খুরোই হাওরা লমলাংতোংদা মতম খরা কোনুং শেমদুনা লৈরম্বা মফম অদুগী মনাক্তা চেক্লা ফুরা অমা শারগা বিষ্ণু লাৎলমই।(১)

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী ফম্বাল তোংদ্রিঙৈ মমাঙগী মিংলেনদি থাংব্রাই নিংথৌবা হায়বনি। মহাক্না নিংথৌ ওইরবা তুংদা কবো ক্যাংবু লাল জয় তৌই হায়বগী ক্যাম্বা হায়বা মিংথোল লৌখিবনি। থাংবাই নিংথৌবদি মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা (১৪৩২-১৪৬৭) অমদি লৈমা লিঙ্গোইঙম্বী অনীগী মপারীনি। পলেম অপোকপীনা অঙোম নিংথৌ কসোম্বগী মনাওইবুংঙো সেখুফাবগী মমোমনি। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা লৈমা খায়োইরোন শেম্বুং লোকপী পান্নদুনা লমক্যাম্বা পোকই; লৈমা লৈশাংথেম চনু পান্নদুনা কোইরেম্বগা নোংথোম্বগা মচাইবুংঙো অনী পোকই।

**ক্যাং খমবাৎ জয় তৌবা অমসুং ক্যাম্বা মিংথোল লৌখিবা ঃ** — ক্যাং খম্বাৎ অসি কবো ভেলিদা লৈবা খূৎকল পাঙ্গল্লবা সান লৈবাক্কি। লৈবাক অসিবু খূদুম চনশিনগে থনখি থাংব্রাই নিংথৌবনা। অদুনা

(১) *সবাংথেম ববমনি সিংহ*, **মৈতৈ নিংথৌরোল**, অফোংবা মশামক, চীংঙামখা ময়ায লৈকায, ইম্ফাল- ২০০০, লামায ৪৬

মহাক্না ফম্বাল তোংবা মতুং চহী অহুমলোম শুরকপা খৃষ্ট কুমজা ১৪৭০ দা পোং নিংথৌ চৌফা থেকখোম্বগা খৃৎশম্নদুনা ক্যাং খম্বাৎতা লান্দাখি। লাল ঙম্বগী নিংথৌ অনীনা হরাও তয়ামদুনা নুংঙাইবদু ফোঙদোকমিন্নখি। ক্যাংবু মায়থীবা পীদুনা লাল ঙম্রবদা ক্যাংবু ঙম্রে হায়বগী থাংব্রাই নিংথৌববু ক্যাম্বা হায়না খঙনখ্রে হায়বসি **চৈথারোল কুম্বাব**দা ইদুনা লৈরি।

## বিষ্ণু লাৎপা হৌখিবা অমসুং লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌখিবা ঃ

ক্যাং খম্বাৎকী লাল ঙম্রবদা পোং নিংথৌ অমসুং মৈতৈ নিংথৌ অনীনা হরাওবা ফোঙদোক্লুনা ফকলেন্দা ফমিন্নদুনা তরা চাক্লেন লূকফম অমত্তদা হামিন্নরে, সনাগী পাত্র অমত্তদা লাইজ ঈশিং থকমিন্নরে। নিংথৌ অনীনা খূদোলপোৎ পীনরে, ঙাইশেল শিন্নরে। পোং নিংথৌনা মণিপুর নিংথৌদা (চিন্না খোংবা যন্ত্র) পেরে শিঙ্গা খোংবা অমা শিন্নরে অদুগা পোং নিংথৌদনা মণিপুরগী পূংয়ৈবা অমা পীদুনা কলচরেল একচেঞ্জ তৌনরে। পোং নিংথৌনা পীরকপা খূদোলপোৎশিংগী মরক্তা নুঙগী বিষ্ণু শাল চক্র অমা য়াওই, মদুবু নিংথৌনা মাগী কোনুং মনাক্তা ফুরা অমা শাদুনা লাৎপা হৌখি। বিষ্ণু লাৎপদগী লমাংদোংবু বিষ্ণুপুব কৌনরকখি। মণিপুরদা পুংদোল হায়বা উঁহৈ অসি থাবা হৌবসি ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তগীনি। পোং নিংথৌনা খূদোল তৌরকখিবনি।

মসিগী মতাঙদা নৈনবা য়াবা ব্রাফম খরদি –

পোং নিংথৌ চাউফা খিখোম্বনা ক্যাম্বা মহারাজদা খূদোল ওইনা তমলকখিবা বিষ্ণুদুদি শালচক্রনি।

"পোং নিংথৌনা ক্যাম্বদা পীবা মমল য়াম্বা খুদোলশিংগী মনুংদা বিষ্ণু চক্র শালগ্রাম অমসুং সনামোহর ৮০ না শাবা সনাগী ক্লাগোক খুনু শাবা অমা য়াওই।"

**– মৈতৈ নিংথৌরোল**

পোং নিংথৌনা খূদোল তমলকপা বিষ্ণু মূর্ত্তি অসিগী মতাঙদা মোত অমদি –

*"The image riding on the neck of Garuda and holding the usual weapon and the lotus is about 5 inches high. It is now covered with gold on all sides except on the back." (2)*

পোং নিংথৌদি বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপনি। বিষ্ণু লাৎপা নত্তে। মতৌ করম্না পোং নিংথৌনা বিষ্ণু চক্রদু কদায়দগী পুরক্লিবনো হায়বা ৱাহং অমা লাকই। মসিগী মতাঙদা **মৈতৈ নিংথৌরোল** দা বরমনিনা হায়রি –

''বিষ্ণু চক্র শালগ্রাম অসি পোং লৈবাক্তা লৈবা নুপা অমনা লৈবাক তৌবদা থেংনবনি। ফজমন্দুনা পোং নিংথৌদা কৎলবনি। মদু অচম্বা নূং ওইববোই খন্দুনা মদুনা হাক্কচবা ফুরি হোৎলুবদা মশাদা লাইথুং পকলে। হিদাক লাংথক তৌবদসু ফৎত্রবদা থৱাই ৱারবা নিংথৌদু কপ্পুনা তৌফম খঙদনা লৈরিঁঙে নোংমা মমঙদা বিষ্ণু লাক্তুনা অসুম্না তাকপিরমই হায় – ''ঐ অচম্বা নূং নত্তে। ঐগী ইমিং বিষ্ণু কৌই। নঙগী মরুপ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌদা কৎতুনা ঐবু লাৎচরবদি নঙগী লাইথুং কোক্কনি'' হায়রম্বদগী পোং নিংথৌনা বিষ্ণু চক্র শালগ্রাম অদু মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বদা খূদোলপোৎ ওইনা পীবনি'' হায়রি। সোমদা হায়বদি মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বসু বিষ্ণু লাৎপা নত্তে। বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলম্বসু নত্তে। সনামহি লাইনীং চৎপনি। অদুনা ক্যাম্বা নিংথৌনসু বিষ্ণু চক্র অদুবু থৌওইনা তৌদনা মতম কুইনা য়েংশিল্লুদনা থম্বনি। অমুক্তি মৈদিংঙু ক্যাম্বা য়াম্না কন্না নাখি হায়। মাইবা মাইবীনা লায়েংবদা ফবা ঙমখিদে। অদুঙৈ পোং নিংথৌ খিথোম্বনা বিষ্ণু পূজা তৌদুনা লাৎলু নিংথৌগী য়াইফবা ওইগনি হাযরম্বদু নিংথৌ মনাই অমনা নিংথৌদা হঙ্গৎলমই। বিষ্ণু পূজাগী মরম খঙবা ব্রাহ্মণ অমা লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা লৈ হায়বা তারদুনা শগোলতোংবা মী থাদুনা থিরুবদা ব্রাহ্মণ অদু ইম্ফাল তুরেলগী হিদেন অমদা ইরুজদুনা লৈরম্বা থেংনরে। ব্রাহ্মণ অদুদি মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ খঙনা খুম্নোকলকপা নত্তে। মানা হায়জরকপদগী খঙবদি মুসলিমশিংনা ওৎ-নৈবদগী মাগী মরমদম ইমুং মনুংগী মী থাদোক্তুনা চেল্লরুগা মণিপুরদা তাংজফম লৌদুনা লৈবনি হায়বসিনি। নিংথৌনা মাবু ফাবা লাকপা নত্তে, বিষ্ণু পূজাগীনি হায়বা খঙহল্লদুনা ব্রাহ্মন অদু পুরকলমই। ব্রাহ্মণ অদুনা ইরুজদুনা লৈরম্বা ইম্ফাল তুরেলগী হিদেনদু ঙসিসু **বামন হিদেন** হায়না খঙনরি।

---

(২) **A Short History of Manipur**, R.K Jhalajit Singh, O.K. Stores, Imphal. 1965, p. 84

ব্রাহ্মন অদুনা হায়বা মতুইংন্না নিংথৌগী সনা সঙ্গাই মনাক্তা মমায় নোংপোক ওন্দুনা বিষ্ণুগী মন্দির অমা শাই। ব্রাহ্মণ অদুনা খঙজবা বিষ্ণু পূজাগী পোৎলম পূম্বা লাংলে। তুলসি মনাদি য়াওদ্রে হায়না থিবদা ফংলদুনা মদু য়াওনা শঙ্গোম ক্ষীরগা পূজা কৎলে। মসিগী মমাঙদদি মণিপুরদা তুলসিবু লাইগী থৌরমদা শীজিন্নরমদবনি। শঙ্গোমনা ক্ষীর শেল্লগা কৎপা অদুসু নিংথৌনা চীংনদুনা অহানবদদি ব্রাহ্মণ অদুদা হান্না তংহল্লি হায়। অদুদগীদি বিষ্ণুগী পূজাদা ক্ষীর শোয়দনা কৎনরে। অদুগী তুংদা নিংথৌগী লায়না লাইথুং অদু পূমকোক কোকখি হায়। ক্যাম্বা নিংথৌনা মণিপুবদা বিষ্ণু লাৎপা হৌরকপদগী মণিপুরদা বিষ্ণুগী প্রভাব অসি য়াম্না লৈখবে। নিংথৌবু বিষ্ণু ওইনা খন্নদুনা নিংথৌনা মরুওইবা থৌদোক অমগীদমক মফমদুদা লেংবদা বিষ্ণু লোয়নৈ।

বিষ্ণু ফংবগী পুরান অমসুং বিষ্ণু পূজাদদি ''খোইয়ুম নামুংবা চীংঙু খোইখোইবা লায়িংথৌ বিষ্ণুগী ঈরাৎ থৌনিগী অমাই সুমদোংপাল মালেম লৈকোইসিদা অখঙবা পুম্নমানা য়েংদুনা থৌনিরবদা ইং কুমজা ১৪৭৭ তা মযুম হাউরা লমলাংদোংদা মীরৈবাক লাইনিংবা বিদ্যানিধি, সুধির নরায়ন, বিদ্যা পকেশ, ব্রাহ্মন অহুম অসিনা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী চীংঙু খোইয়ুম নামুং বিষ্ণু অসিগী ঈরাৎ থৌনিবু ঐখোয়না সংসং খঙযে। ঐখোয়না খঙবা থৌনি অসিদি য়াইফ খুদম থোইনা হেন্না খংই। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা অদুদি নখোয়না খঙবা থৌনিও হায়না ব্রাহ্মন অহুমগী মফমদা শিন্নরে। চীংঙু খোইয়ুম বিষ্ণু নামুংবগী ঈরাৎ থৌরমগীদমক শঙ্গোমনা লাইজ ঈশিং ওইরগা তরা চেংবুম অঙৌবা তেকতবা হাপতুনা খাম্বী মৈদা থোংদুনা বিদ্যানিধি সুধির নারায়ন, বিদ্যা পকেশ মখোয অহুম্না তানদুনা বিষ্ণু নামুংবগী লাইনিং লাইশোল কৎলি'' হায়রি।

অদুগী তুংদা নিংথৌ হাক্তক খুদিংগী চীংঙু বিষ্ণু নামুংবগী সেবা কায়দনা চৎথরকখি। মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা ভবানিনাথ কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা বিষ্ণু ঈরাৎ থৌনিগী থৌগল তৌজখি। অদুগী তুংদা অরিবম বিষ্ণু লাৎপম, অরিবম শগোল লাই লাৎপম, অরিবম তম্পাক ময়ূম লাইলাৎপম শাগে অহুম অসিনা বিষ্ণু পূজা থৌরম্বু চথবকখি। খৃষ্ট কুমজা ১৭৭৬ তা চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌরবা তুংদা লাংথবান কোনুংদা চীংঙু বিষ্ণু অমসুং শ্রীগোবিন্দজী অনী পূন্না লাংখি।

খৃষ্ট কুমজা ১৯০৬ তা চূড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক্তা হৌজিক লৈরিবা মন্দির অসিদা শ্রীগোবিন্দ অমসুং বিষ্ণু পূন্না পুরক্তুনা লাংখিবনি।

ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তগী হৌদুনা মণিপুরীশিংনা বিষ্ণু লাৎপসি নিংথৌরোলশিং মথং মথং চথরকই। পোং নিংথৌনা খূদোল তৌরকপা বিষ্ণু চক্র অসি নিংথৌশিংনা ইপা ইপুগী লনওইনা য়াম্না লুনা মতীক মগুণ লৈনা লৌদুনা হেন্না হেন্না ভক্তি তৌবা হেনগৎনরক্লি।

*মৈদিংঙু ক্যাম্বগী হাক্তক্তা পোং নিংথৌনা পীরকপা বিষ্ণুপুর (লম্মাংদোং) দা লাৎলিবা শ্রীবিষ্ণুগী মূর্তিগা মান্নবা শ্রীবিষ্ণু অমা শারগা নিংথৌনা (মৈদিংঙু খাগেম্বা) খৃ: ১৬৩৫ হিয়াঙ্গৈ থাদা নিংথৌনা শ্রীবিষ্ণুগা হিয়াং হিরেল অমমমদা তোংলগা হিয়াং তান্নবা হৌদোকখি।* ***মৈতৈনিংথৌরোল লা: ৬৪***

পোং নিংথৌ খিথোম্বনা মৈদিংঙু ক্যাম্বদা (১৪৬৭-১৫০৭) দা খুদোলপোৎ ওইনা পীরকখিবা বিষ্ণুদু শালগ্রাম চক্ররা নৎত্রগা মূর্ত্তিরা হায়বদু তোঙান তোঙানবা অইবশিংনা পীরমলিবা মোত অসিদগী চপচাবা খঙবা ঙমদ্রে। অসিগী মতাংদা লাইরিকসি ইজরিবা ঐনা খরদং কুপ্না থিজিনবদা ফংবদি মদু ধাতুনা শাবা মূর্ত্তি ওইরমলে। মূর্ত্তিদু হৌজিকসু মণিপুরগী সনা কোনুংদা ইনিংথৌ বুধচন্দ্র মহারাজগী (১৯৪১-১৯৫৫) মশু ইবুংঙো সনাজাওবা লৈশেম্বনা শাগেগী মমল নাইদ্রবা লন ওইনা লাৎতুনা সেবা ফংলি। তাং ১২/১১/২০০৪ ইং লক্ষ্মীপূজা (দীপানিতা) নুমিৎতা সনাকোনুংদা লাৎলিবা বিষ্ণুবু দর্শন তৌজবা খুরুমজবগী তাঞ্জা অমা ফংজখি (ফোটো এপেনদিক্সতা হাপচরি)।

মূর্ত্তিদু উরুবা অমসুং মশুইবুংঙো সনাজাওবা লৈশেম্বগা ৱারী তৌজরুবদগী খঙলকপদুগা লাইরিক্তগী ফংবা ৱারোলগা খেন্নবা লৈরে। মূর্ত্তি অসিদি নিংথৌগা শুকথা থাদোক্লদনা শাগোন্নদুনা লৈবনি। মন্দিরদা শ্রীগোবিন্দগা পুন্না লাৎপা নত্তে। ধর্ম্মগী থৌরমদা বিষ্ণু লেঙবা তারবসু শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা লাৎলিবা শালগ্রাম চক্র ওইনা লেঙবনি।

মূর্ত্তিসি ইঞ্চি ৩ লোমদমক ৱাংই। অরুম্বনা গ্রাম ১৫০-২০০ ফাওবা ওইগনি। খুৎ অনীদমক পাল্লি। খুত্তা করিসু পায়দে, শাদোং অমা তোংই। শাদোংদুগী মখাদা লীল অমসু য়াওই। মূর্ত্তি অসিগী আইকোনগ্রাফিদি বরমীজ

ষ্টাইলনি । কোক অমসুং মায়থোংদি ভগবান বুদ্ধগী শক্তম (সিক্কিমগী গেঙটোক্তা মোনেষ্টরীদা লাৎলিবা ভগবান বুদ্ধগী শক্তম অমা) মাল্লি ।

মূর্তি হাপ্পা ক্লাগোক অদু লুপাগীনি, ফজনা হকখোৎলি, মথক্তা খুনু অমা তোংই । (ফোটো এপেনদিক্সতা) বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা পোং নিংথৌ খিখোম্বনা মূর্তি অসি বরমীজগী খুৎহৈবনা অথন্নরা শাহনবরা ? মূর্তিগী মথাদা য়াওরিবা লীলদু বরমীজগী ড্রেগোনলা ? হায়বনচিংবা খর কুপ্না আইকো-নোলিষ্টশিংনা থিজিন্দুনা খঙবা ঙমগনি ।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা (১৫৯৭-১৬৫২) বিষ্ণু মূর্তি অমা শারগা মনাই অচানবা লাইরিকয়েংবম ধনঞ্জয় (নোংশমৈ) দা পীরমই । মহাক্কা ময়ূমদা লাইশঙ শারগা লাৎখি হায় । মূর্তিদু হৌজিকসু লাইরিকয়েংবম ময়ায় লৈকাইদা লাৎলি । তাং ১৫/১১/২০০৪ ইংদা বিষ্ণু দর্শন তৌবগী তাঞ্জা অমা ফংজখি । (ফোটো এপেনদিক্সতা) লাইপুগা ব্বারী শাবদগী খঙবদি লাইদু অহানবদা লাইরিকয়েংবম মখা লৈকাই খোঙনাং অচৌবা মখোঙদা লাৎলমই । লাইগী সেবাগীদমক নিংথৌনা পীরম্বা লৌচা পবী তরেৎ হেনবদু ঙসিসু অদুম লৈরি ।

মূর্তি অসি ধাতুনা শাবনি । ইঞ্চি ৮ ব্বাংই । উনা শাবা খোঙনেৎফমদুনা ইঞ্চি ৩ গীনি । মূর্তিদুদি গরুড় তোংদে । লেপ্পুনা লৈ । খুৎ মরীদা সঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম পায় । মায়থোংদি বৃন্দাবন্দগী পুরক্লগা লাৎনবা ধাতুনা শাবা গোপালদেবগী শক্তম মাল্লি । **(৩)**

বোধচন্দ্র মহারাজ (১৯৪১-১৯৫৫) হাক্তক ফাওবদা নিংথৌগা বিষ্ণুগা হি তান্নবা পাঙথোকই । নিংথৌগা বিষ্ণুগা থানবা য়াদবা অমা ওইনা চৎনরকই । থৌদোক অমগী নিংথৌ লেংবদা বিষ্ণুসু লেংই । হৌজিক ফাওবদসু শ্রীবিজয় গোবিন্দগী হলঙ্কার নুমিৎতা অমসুং শ্রীনিত্যাইনন্দ প্রভুগী কালেনগী চেঙ হোংবদা শ্রীবিষ্ণু লেঙদুনা হৌনবী সেবা চথরি ।

মণিপুরদা বিষ্ণু লাৎপসি ক্যাম্বা নিংথৌনা মশানা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎত্রবসু গুরুশিদবগা অমত্তনি হায়না থাজবদগী চিংনদনা লাৎপা ওইবসু য়াই । মরমদি

---

(৩) চহী ৫০০ হেল্লবা, মণিপুরগী ইতিহাসকা শাগোন্নববা, মণিপুবদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম মক হুলহনখিবা, পোং নিংথৌ খিখোম্বনা মৈদিংঙু ক্যাম্বদা খুদোল তৌবকখিবা বিষ্ণু মূর্তি অসিগী মতাংদা ভাবনা শাদুনা হাযবা কযাদু নত্তবদা মীৎনা উদুনা ওইবিবদু খঙবা ঙম্নসি থিজিনজকবগী মহৈ যানবা অমনি লৌজে – **যামিনী**

থায়নগী মণিপুরীশিংনা গুরুশিদবদি পূম্নমক্কী মপুনি, Creator নি, preserver নি, destroyer নি হায়না নিংজবনি। W. Yumjao না ইবা **Religious belief of Manipuris** দা অসুম্না হায় –

*Immortal Guru of Manipuri was identical to Vishnu ...*

মসিনা তাকপদি ঈশ্বরদি অমত্তনি, মিং অমসুং শকলোন তোঙানবতনি হায়বনি। অৱাংবা ৱাখল্লোন অসি থায়নগী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা খঙলমই হায়না লৌবা য়াই।

## মণিপুরগী ঙমখৈ পাকখোক চাউখোকহল্লকপা অমসুং কবো তম্পাক মণিপুরগী লম ওইবা ঃ

ক্যাং খম্বাং জয় তৌরবা মতুংদা পোংগা মণিপুরগা সন্ধি তৌনৈ। মদুগী মতুংইন্না লম য়েঙ্খোক্লবদা মণিপুরগী ঙমখৈসি অৱাং নোংপোক্তা মুংখোংমুং, নোংপোক্তা লোইজিরি চীং, খাদনা মিয়াতোং চীং ফাওবা ওইরে। শমজোক হায়রিবা সানগী লৈবাক অসিগী নোংপোক থংবা শরুক্কা পোংগী ওইরে অদুগা নোংচুপ থংবা শরুক্কা মণিপুরগী থুংলে। অসুম্না মণিপুরনা কবো তম্পাক্কী অয়াম্বা শরুক ফংহৌই।

## মণিপুরগী লৈঙাক শাসনদা হেন্না ফগৎহনবা ঃ

মৈদিংঙু ক্যাম্বদি শাদা লান্দা থৌবতা নত্তনা লৈবাক লৈঙাকলোন্দসু য়াম্না হৈ-শিংবা নিংথৌনি। শাসন হৈবনা নিংথৌনা লাল শোক্লকুরবা তুংদা লৈবাক্তা শান্তি ওইনা তপথনা প্রজাশিংবু ঙাকশেল্লমই। খৃষ্ট কুমজা ১৪৮৭ তা মহাক্না অহল্লুপ পানা, নাহারুপ পানা হায়না খায়দোক্লুনা রেভিন্যুগী সার্কল শেমগৎলমই। মদু ঙসিসু অদুমক লৈরি। *"খুরাইৱোম্বগী কুম শক ১৪০৯ দা অহল্লুপ লোয়শঙ লিংএ।"* (৪)

## চৈথারোল কুম্বাবা শেমদোকপা ঃ

**চৈথারোল কুম্বাবা** ইবা হৌবদি খৃষ্ট কুমজা ৩৩ দগী চথরকপনি। অদুবু

---

(৪) লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, সম্পাদকশিং, **চৈথারোল কুম্বাবা**, *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ*, ইম্ফাল, ১৯৮৯, লা: ২০।

ক্যাম্বনা কুম্বাবা ইবগী মওংদা শেমদোক শাদোক তৌহনখি। হান্নদি **চৈথারোল কুম্বাবদা** সূপ্নগী নিংথৌনা ফম্বাল কাবগী থাবান, তারিখ, অদুগা নিংথৌদুনা পাল্লম্বা চহী মশীং অমসুং মরুওইবা থৌদোক অমা অনীদং ইশিল্লম্বনি।

ক্যাম্বগী সনা হাক্তক্তগী হৌরদুনা কুম্বাবদা থৌদোক ৱাথোকশিংদু তারিখকা কোন্ননা ইশিনবা হৌই। খৃষ্ট কুমজা ১৪৮৫ দগীদি অখঙ অহৈ পণ্ডিতশিংনা ইতিহাস ইবগী মওংদা হেন্না নীংথিনা ইবা হৌরকখিবনি। মহাক্লা হৌদোকলম্বা মতুংইন্না তুংদা পানবা নিংথৌশিংনসু অদুমক কায়হন্দনা **চৈথারোল কুম্বাবা** ইদুনা লাক্নি। ঙসি ঐখোয়না মণিপুরগী ময়ায়থংবা যুগতা ওইরম্বা ফিভমগী মতাঙদা খরদং খঙবা ঙম্রিবসি ক্যাম্বনা হৌদোক্তুনা, শেমদোক্তুনা কুম্বাবদা চল্লম্বদগীনি।

## চৈরাওবা অমসুং চৈথাবা ঃ

চৈরাওবা হায়বসি চহী পাবগী নিয়ম অমনি। চৈরাওবা কৃষ্মে থৌরমসিদা চহী লোইরে হায়না ফোঙদোকপনি। নিংথৌগী মনাই নুপা অমনা ৱাশাং অমদা শরীক য়াল্লগা শজিবু নোংমা পানবা লমতা থাগী অরোয়বা নুমিৎতা ৱাশাংদু খিঙল-খিঙলদুনা চহী লোইরে হয়েংদগী চহী হৌরনি হায়না লাউবা চৎনবমই। ইতিহাসকার রাজকুমার ঝলজিৎকী মোত মতুংইন্নদি মসি নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতম খৃ.কু. ৩৩ দগী ওইগনি হায়রি। অতোপ্পা মোত অমগী মতুংইন্নদি খৃষ্টগী মমাংগীনি হায়বসিনি। "চেংলৈ (শরাং লৈশাংথেম) শলাইদা পোকপা কাংবা নিংথৌনা লৈমা তরেৎনু পান্নদুনা পোকপা মোরিয়া ফম্বালচা (কাংকোই) গী মতমদা ইঙা কুমওল ইঙেল কুমখায়নবা চৈচৎ অমা থা অমা চহী অমা (চৈ ১/ থা ১/ চহী ১) অসুম্না পাবা হৌখি। মতমদু চাওরাক্লা খৃষ্ট মমাঙ ১৩৯৯ নি হায়নৈ।" * **চৈথারোল কুম্বাবাগী** মতুংইন্নদি খৃ.কু. ১৪৮৫ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা চৈরাওবগা মরী লৈননা চৈথাবা হৌদোকই। চৈ পাইদুনা লাওবগী মহুত্তা অখন্নবা নুপা অমদা চৈরাওবগী থৌদাং শীন্নে। নুপাদুনা লৈবাক্কী, নিংথৌগী, অঙম অথৌগী অৱা অনা চহীদুগী ওইনা পুগনি হায়না ৱাশক লৌই। নুপা অদুবু চৈথাবা হায়না কৌই। **চৈথারোল কুম্বাবদা** হায়রি – "শক ১৪০৭ হিয়াং লোইনা চৈথাবা হৌএ।" চৈরাওবগা মরী লৈননা চৈথাবা হৌদোকখিবা চহীদগী হৌনা চৈথাবা

---

* *Source :* ***মৈতৈ নিংথৌরোল,*** *লা: ৪৭*

মীগী মমিংগা লোয়ননা শকান্দ থাদুনা **চৈথারোল কুম্বাব**দা ইবা হৌখি। চৈথাবা মী অদুগী মমিং অদু হায়রগা মৈতৈশিংনা খৌদোক অদু চহী কয়া শুরবগে পান্নে। চৈথাবা নুপা অদুনা মনা-মথুম চাউনা পী। মমাংঙৈদদি চৈথারিবা নুপা অদুদা নিংথৌনা লৌ পরী অমা পীরমই। লৈবাক নিংথৌগী থৌ, লাল্লুপ কাবনচিংবসি কোকপিরম্মী। মমৈথংদা লৌ পরীগী মহুত্তা চৈথারিবা মীদুগী মশাগী লৈজরিবা লৌগী খাজনা কোকপিরম্মী। মতুংদদি মদুগী মহুত্তা লুপা ১০০ পীরম্মী। থৌ শিন্নরিবা মী অনিমক্তা পরী ফি ঙবোং অমমমগা থুম্বোন নাম্মা হায়বদি থুমপাক চাম্মগা পী। চৈথাবা লোইখ্রবা মতুংদগী চহী অদুগী ওইনা নিংথৌগা শক উন্নবা য়াদে।

চৈরাওবা নুমিৎকী অয়ুক্তা মাইবী লোয়শঙগী মীনা লৈমা নিংথৌগী য়াইফনবা উশিন শিল্লি। মাইবীনা সনা কোনুংগী মায়কৈ মরীদা শরোয় খাঙঙি। শীংথেক শীংথাবগী থৌরমসু পাংথোকই। নুমিৎ অসিদা য়ুম য়ুমদা সনামহি লৈমরেন্দা হৈ লৈ মনা-মশীং সিধা কৎলগা মথেল লুকোই থোংদুনা শাগে নাতৈ, মরীমতাশিংগা লান্নদুনা চামিন্নে। অহল লম্মনদা, খুদোলপোৎ ফিরোলনচিংবা পিদুনা ইকাইখুম্নবা উৎতুনা য়াইফ নুংঙাইনা পান্নবা খুরুমজৈ। নীংথিবা ফিরোল শেৎতুনা অনকপদা লৈবা চীংদা কাদুনা লাইখরুমনৈ। লৈকাই লৈকাইদা কাং শান্নে।

চৈবাওবা চৈথাবগী থৌরম অসিমক্তি লু নানবগী, নুংশি চান্নবগী, থকসি খাসি ঙাকপগী হরাও কুম্মৈ, শান্নখোংনবগা লোয়নবা কলচরগী পরমপরা অমা ওইনা ঙসি ফাওবদা পাংথোক্লরি।

## ক্যামগৈ থোনখিবা ঃ

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা লৈবাক প্রজাগী কান্নবা থবক থৌরাং কয়ানি লৌখৎলমলিবা। লৈবাক্তা চেঙ তাঙবগী অৱাবা তারবদা প্রজা মীয়ামদা ফৌচেং ফংহন্নবা থৌরাং তৌই। মদুগীদমক ফৌকৈ শারগা চেঙ ফৌ পৈশিল্লি। মহাক্কী মতমদা ফৌকৈ শারগা ফৌ পৈশিন্দুনা থমলম্বা মফমদু ক্যাম্বগী মিং লৌদুনা ক্যাম্বকৈ (ক্যামগৈ) হায়না ঙসিসু খঙনরি।

অকে-অমৌ পামজবা মীশক অমা ওইবা নিংথৌসিনা অকে অমৌ লৈতেঙগী পোৎলম কয়া অমা শেম শাদুনা পুথোকলমই। মদুগী মনুংদা লৈতেংগী লিক ক্যাম লিকফাং (ক্যাম্ব লিকফাং) শীংথাবা য়াই।

নিংথৌ অসিনা শান্ন-থোৎনবগী লমদসু পূক্রিং থৌগৎলমই। শগোল কাঙজৈ শান্নবা, হিয়াং তান্নবসু নীংথিনা য়োকখৎলমই।

## খুম্বোকলকখিবা বামনশিং ঃ

মণিপুরদা বামন লাকপদি মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মমাঙদগী হৌখ্রবনি। অদুবু নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা মশীং য়াম্না ভারতকী মফম কয়াদগী খুম্বোরক্তুনা মণিপুরদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈখিবগী ৱারীসি **বামোন খুম্বোকলোন** কৌবা লাইরিক্তুগী খঙই। ক্যাম্বগী হাক্তক্তা খুম্বোরকখিবা মরুওইবা বামন শাগৈশিংদি শিজগুরুময়ুম, লৈহাউথাবম, তখেলচংবম, ফুরাইলাৎপম ধ্যানদাসময়ুম-নচিংবা অসিনি।

ব্রাহ্মণশিং অসিনা সংস্কৃতকী বিদ্যা, জ্ঞান অমসুং পাঞ্জি য়েংবগী লাইরিকনচিংবা কয়া পুদুনা লাকই। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ঈথিল অমা পীবা হৌই। দেবী দেবতা পূজা তৌবদসু হান্না চৎনরম্বা মওংদগী তোঙানবা অহোংবা পুরকখি। ইতিহাস ইবা রাজকুমার ঝলজিৎনদি মণিপুরদা ব্রাহ্মণ লাকপসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিবু হেন্না ইনাক খুলহল্লি হায়না মোত পী।

## লাইরিকয়েংবম শাগৈ ঃ

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা মণিপুরদা খুম্বোরকখিবা কাঙবুগী মনুংদা লাইরিকয়েংবম শাগৈ হায়না হৌজিক লৈরিবসিগী মপা মপুশিংসু অমনি। মখোয়সি বেঙ্গলদগী লাকপা হিন্দুনি। অদুগা মণিপুরী ওইনা লৈখিবনি। লাইরিকয়েংবম শাগৈগী মীশিংনা লৈবাক্কী ওইনা অইবা অমসুং রেকোর্দ থমজিনবগী থৌদাং লৌই। (রাজকুমার ঝলজিৎ)

পণ্ডিত খেলচন্দ্রগী মোত মতুংইন্নদি লাইরিকয়েংবম শাগৈগী মীনা লাইরিক ইবা অমসুং রেকোর্দ থম্বগী ৱাফম অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৫২) মতমদগীনি হায়রি। পণ্ডিতনা অসুম্না তাকপীরকই –

খাগেম্বগী মনাওইবুংঙো শানোংবনা ময়াং লাম্মী, পাঙল লাম্মী লোয়ননা মণিপুরদা লান্দারকখিবদু মতাঙ অসিদা নীংশিংবা তাই। মৈতৈ লাম্মীগা ময়াং লাম্মীগা তৌবুলদা লাম্থেংনরে। লানফম অদুদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা শগোল লাম্মী ১৮০ গা লোয়ননা লানজংদুনা ময়াং লাম্মী য়াম্না হাৎলমই। লানবুং অদুদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা তোংবা শগোলদু খুদি থিবদগী

নিংথৌ শগোলথক্তগী তারে। ময়াং লাম্নী মুর্নোন খানা থুনা য়াঙনা চেনশিল্লক্তুনা তানা থিন্দুনা হাৎকে তৌবিঙে মীকুপ্তা লাইরিকয়েংবম ধনঞ্জয়না থুনা য়াঙনা শগোল থৌজিল্লক্তুনা মুর্নোন খানবু হাৎলগা নিংথৌবু কনখি। নোংশামুক থৌই হায়দুনা ধনঞ্জয়বু নোংশমৈ হায়বা মিংথোল পীখি। লাল ঙম্বগীদমক নিংথৌবু মোইরাংখোমদা মহারাণী য়াওনা মীয়ামনা হরাও তয়াম্না ওক্লমই। নোংশমৈনা শামু তোংদুনা লাক্লগা নিংথৌনা তুংদা ইন্নদুনা লাকপদা মহাবাণীনা ব্রারৌখি। মদুদা নিংথৌনা হায় – "ঐহাক শিগদৌরুবদগী মহাক্লা কনবিবকপনি। মদুগী তৌবীমল অসুম্না উৎলিবনি। নখোয়সু মঙোন্দা খুরুম্মু" অসি হাযদুনা ময়াম্বু খুরুমহল্লি।

নিংথৌনা নোংশমৈদা নহাক করি পাম্বগে হংবদা লৈবাক্কী লাইরিক ইবগী থবকমখৈ ননাই ঐখোয়গী শাগৈনা তৌজগে হায়না মহাক্লা খুমখি। নিংথৌনা মহাক্লা হায়বদু য়ারদুনা লৈবাক্কী ব্রায়েন বিচারগী ইবা খোৎপা, রেকোর্দ থম্বা খোৎপগী ফম পৃম্নমক মাগী শাগৈদা শিন্নখি।

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা চহী ৪০ চুপ্পা মতম শাংনা মহৈয়ানবা পুন্সি মরেল অমগা লোয়ননা নিংথৌ ওইনা পাল্লমই। খৃ.কু. ১৫০৮ দা মশাগী চহী ৬৪ শুবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বা তাইবংপান থাদোকখি।

## মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) ঃ

মৈদিংঙু খাগেম্বা মণিপুরগী ৪৬ শুবা নিংথৌরেলনি। মহাক্লা লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা কোনুং ওইদুনা পাল্লমদ্রবসু লমদমসিগা নক্লবা মরী থমলমই। লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদগী অৱাং নোংপোক্কী লম ইহারাদগী হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং ফাওবসি লাংখোং তৌরগা মৈতৈ লাম্নীবু তেঙ্গোল মরি থোক্লগা মহাক মশামক্লা লাঞ্জিং পুরেল ওইদুনা ময়াং মুসলমানশিংগা লাল শোক্লখি। লানবল অদুবু ঙসিসু খাইরাকপল হায়না খঙনরি। লাল অদু ঙম্বগা লোয়ননা নিংথৌ অসিনা লমদম অসিগী ইতিহাসতা শীংথানিংঙাই ওইবা থবক কয়া অমা লৌখৎলমই।

মৈদিংঙু খাগেম্বা খৃ. ১৫৯৭ তা ফম্বাল কাই। (৫) মাগী ফম্বাল

---

(৫) **চৈথারোল কুম্বাবাদা** খাগেম্বনা ফম্বাল কার্বসি মশাগী চহী ২৪ নি শুবদনি হায। অদুগা সবাংথেম ববর্মনি সিংহনা ইবা **মৈতৈ নিংথৌরোল** দনা চহী ২১ দনি হায।

মিংলেনদি সনাহিহোনবা পোইরৈ নিংথৌহনবা হায়বনি। কোনথংদা খাগিগা লাল শোক্লবদা ঙমই হায়দুনা খাগেম্বা মিংথোল লৌখিবনি। খাগেম্বদি মৈদিংঙু মুংয়াম্বা (১৫৬২-১৫৯৭) অমসুং লৈমা চাংবোম্বীগী মপারীনি। চীংশোম্বা লৈশাপাম্বা অমসুং শানোংবা অনীনা পোকমিন্নবা মনাওনি।

নিংথৌনা লৈমা তাইপোম্বী পান্নদুনা মচাইবুংঙো অহুম – খাংজোম্বা, খুঞ্জাওবা অমসুং তোনাবা (নোংপোক খোঙফেন থৌবা) পোকই। মৈদিংঙু খাগেম্বসি য়াম্না মতীক মগুণ লৈবা, শাসন হৈবা নিংথৌনি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা মনাওইবুংঙো চীংশোম্ববু খুরাইলাকপা অদুগা শনোংববুনা য়াইস্কুল লাকপা হাপ্লুনা নীংথিনা লৈবাক ঙাক্লমই। লোয়ননা শীংথাবা য়াবা থবক থৌরম কয়া অমসু লৌখৎলমই।

## শগোল কাঙজৈগী নিয়ম শেমদোকপা ঃ

মণিপুরদা শগোল কাঙজৈ হৌদোকপদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মমাঙ-দগীনি।(৬) অদুবু মহাক্কী মতমদা শগোল কাঙজৈ শান্নবগী নিয়ম শেমদোক্লুনা খরা হেন্না মওং তাহল্লমই। শগোল কাঙজৈ শান্নবদা নাকল অমমমদা কাঙজৈরোই তরেৎ তরেৎনি। কাঙজৈরোই তরেৎ অদুবু (১) পনঙাকপা, (২) পনঙাকচং, (৩) পল্লক, (৪) লাঙজৈ, (৫) পনচং, (৬) পঞ্জেংচং অমসুং (৭) পঞ্জেনবা হায়না মহাক্কী মতমদা থোল্লমই। পানা পানা শীংনদুনা শান্নবা শগোল কাঙজৈবু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তগী পানা কাঙজৈ হায়না খঙনবা হৌখি।

## কোকয়েৎ য়েৎপগী মওং অমা হৌদোকপা ঃ

মৈদিংঙু লমক্যাম্বা (১৫১২-১৫২৩) মণিপুরগী ৪০ শুবা নিংথৌ অসিগী সনা হাক্তক্তা ''পাকলোই অঙৌবা'' হায়না খঙনবা কোকয়েৎ অঙৌবা য়েৎপা হৌদোকই। অদুবু মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা কোকয়েৎ য়েৎপগী মওংদু খরা হেন্না ফজবা মওংদা শেমদোকখি।(৭)

(৬) **চৈথারোল কুম্বাবা**গী মতুংইন্নদি মণিপুরদা অহানবা ওইনা শগোল কাংজৈ হৌদোকপসি নোংদা লাইরেল পাখংবগী সনা হাক্তকনি হায়। অদুগা **কাংজৈ পুয়া**গী মতুংইন্নদি নিংথৌ কাংবগী হাক্তক্তগীনি হায়।

(৭) **চৈথারোল কুম্বাবা**দগী খঙবদি মৈতৈগী কোকয়েৎ য়েৎপসি খাগেম্বগী মমাঙদগী হৌই হায়বসিনি। খাগেম্বগী মমাং হায়বসি লমক্যাম্বা ওইবা তাই।

## শনোংবা হিগায় অমসুং মণিপুরদা পাঙল লাকখিবা ঃ

মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈগী মশান্না শগোল কাঙজৈ শান্নবা, হি-তান্নবা নচিংববু পুক্রিং থৌগৎলমই। মমাঙঙৈদগী হিয়াঙ্গৈ থাদা হিয়াং কুমজনবা হায়বা থৌরমসি মৈতৈ লৈবাক্তা পাঙথোক্কুনা লাকই। খৃ.কু. ১৬০৩ দা নুমিৎ অসিদা নিংথৌ মচিন মনাও খাগেম্বা অমসুং চীংশোম্বা অনীনা হিয়াং তান্নবগী কুম্মৈ পাঙথোকই। চীংশোম্বনা মনাওইবুংঙো শনোংবদগী হি ৱাইরগা তোংই। হি অদু ''কবো ঙম্বা'' হায়না মিংথোনবা মপাবুং ইবুংঙোনা থনম্বা অদুনি। হিদান্নবদুদা হিদু হিবান্দা থেংজিন্নদুনা মচেৎ খরা কায়রমই। হিদু কায়বদা হিগায়ৱা থোকলে। হিদু শেমজিল্লগা পীগেসু য়াদ্রে অদুগা মান্নবা অমা শারগা পীগে হায়বসু শনোংবনা য়াদ্রে। হান্নগী হিদুমক পীদবা য়াদে হায়দুনা অকনবা নীংঙাই তৌরে। মদু শনোংবনা ময়াম্বুংদা লৈবা মলোম অমগী লমন খুমলগে খনবদগীনি। ময়াম্বুং চীংশোম্বগী মচা ইবেম্মা শনোংবগী মনাই অচানবদা থাজগে হায়জরুবদা য়ারকখিদে। চীংশোম্বনা মচানুপীবু মাগী অচানবা মনাইদা থাজগনি হায়রকখিবনি। নীংবা কায়রবা শনোংবনা নীংঙাইদু হৌরকখিবনি। অদুবু ঙসি ফাওবদা শনোংবা হিগায় হায়না খঙনরি।

হি কাযবগী ৱাথোক অদু চাউথোরক্কুনা নিংথৌ য়ৌনরে। নিংথৌনা মনাওইবুংঙো শনোংবদা থেম্বা য়াবা থেন্নবদসু ময়াদ্রবদা নিংথৌনা শাউদুনা শনোংববু মণিপুরদগী তাঙ্গোকখি। শনোংবনা মমা ইবেম্মা চাংবোম্বী অমসুং মনায়শিং খরগা লোয়ননা কাছারদা লৈরুরগা মুসলমান লাম্মী খোমগৎতুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারকই। লালদু থা ৮ চুপ্পা শোক্লরগা খৃ.কু. ১৬০৬ কী ইঙাগী ১৭ নি পানবা নুমিৎতা লোয়শিনখি। লালদু মৈতৈনা ঙম্নবদা শনোংবনা মাগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা নিংথৌদা চঙজরে। লানদা ফারকপা মুসলমান লাম্মীশিংদু পাঙল হায়না খঙনদুনা মণিপুরদা লৈহনখি। মখোয়বু মৈতৈ নুপী পীদুনা মানা মানা হৈবা শিনফমগী মতুংইন্না চান্নবা যুম্লাক শাগে মমিং থোনবীদুনা মণিপুরদা খুন্দাহনখি। মখোয়না খুন্দাদুনা লৈখিবা মফমদুবু পাঙল সিফাই হায়না কৌনখি।

## ধর্ম্মগী মায়কৈদা লৌখৎলম্বা থবকশিং ঃ

মৈদিংঙু ক্যাম্বা হাতক্তগী লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা ফুরা শাদুনা লাৎলিবা পোং নিংথৌনা খূদোল তম্রকখিবা বিষ্ণু অদুগা মান্নবা অমা শারগা খাগেম্বা নিংথৌনা লাৎলমই। খৃ.কু. ১৬৩৫ গী হিয়াঙ্গে থাদা বিষ্ণুগা নিংথৌগা হিয়াং হিরেন অমমমদা তোংলগা হিয়াং তান্নবগী কূম্মে অমা হৌদোকখি। বিষ্ণু মূর্ত্তিদু নিংথৌনা শিরমদাইদা লাইরিকয়েংবম ধনঞ্জয় সিংহ (জগৎসিংহ) দা শিন্নরমই। ধনঞ্জয়না মাগী য়ূমদা লাইশঙ শারগা মূর্ত্তিদু লাৎচখি।

নিংথৌনা কংলাদা লাইনিংথৌ নোংশাবা অমসুং লাইনিংথৌ কাসাগী শঙলেন শারগা লাৎলমই।

## ইমোইনু অহোঙবী ঈরাৎপা ঃ

মৈদিংঙু খাগেম্বনা লাইনিং লাইশোলগী মতাঙদা হৌদোক্লম্বা অমদি ইমোইনু ঈরাৎ থৌনিবা অসিসু অমনি।

লৈবাক চাকহোং ঙাহোংনা মীশিংনা নুংঙাই য়াইফনা লৈবাক খুঞ্জাও লৈচাউনা পানগনি হায়না মায়চৌশিংনা তাকপীবা মতুংইন্না মৈদিংঙু খাগেম্বনা মণিপুরদা ইমোইনু অহোঙবী ঈরাৎ থৌনিবা হৌদোকখিবনি। অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা ব্লাকচিংগী ১২ নি পানবদা চহী খুদিংগী ইমোইনু অহোঙবী ঈরাৎপা থৌরম য়ূমথোং খুদিং পাঙথোক্লরি। নুমিৎ অসিদা ইমুং ইমুংদা সনামহি লৈমরেলদা হৈ-লৈ, অথেনপোৎ, অথুম-অহাও, মৈ কৎতুনা ইমুংগী অমসুং লৈবাক্কী চাকহোং ঙাহোংনবা ব্লাত্ত-পাদনবা থৌনিজে।

ইমোইনু লাইরেম্বীগী লৈফমদি ফুঙ্গা লাইরুনি হায়না লৌনৈ। নোংমগী থোংবা চাক ইনশাংবু ফুঙ্গা লাইরুদা থরদং অহল লম্মনশিংনা থাদোকপা চৎনবী লৈরমই।

অদুমক্তি হৌজিক্কী মতমগী য়ূমশাদা ফুঙ্গা নাইদ্রবনা হান্নগীদুম্না তৌদ্রগসু ইমোইনু ঈরাৎপা নুমিৎতদি মৈ হৌগৎতুনা চাক ঈনশাং ঙা অঙৌবা থোংদুনা কৎনৈ। কোম্থোংদা য়ূমদা মৈ থান্দুনা লাইরেম্বীবু থৌনিজে। নুমিৎ অসি ইমুংগী

মীশিংনা নুংশি চান্ননা শান্তি ওইনা লৈনবা মৈরা অমদি হৈরাং-লৈরাং লাইদা কৎতুনা খুরুমজবা অসি য়াম্না ফবা অমনি। ইমোইনু অহোঙবী নীংবা অসিগা লোয়ননা য়ুমগী নুপীশিংনা ঙাক্তুনা চৎকদবা হৌন-লোনচৎ, য়ুম্বাললোল, থকসি খাসি কয়াগী ৱাখল্লোন নীতি নিয়মসু য়াওরি।

য়ুম অমা, লৈবাক অমা শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা নুপীশিংনা চায়োক ফজবা পূক্নিং হকচাং লূনা নান্না লৈবা, ইমুংগী চেং-চাক, পোৎচৈ চেকশিন্না পাম্মুনা শীজিন্নবা অসিগুম্বী য়ুম্বাল্লোন খঙবী নুপীশিংবু ইমোইনুনা চাল্লি হায়নৈ। লৈত-লায়রবু মীনুংশিং থৌজালগা লোয়ননা য়েংবীবা, পূক্নিং ৱারকপা ঙম্বা, হায়খিবা ৱা ঙাকনা চৎপা ইচঙ থৌবা, লমচৎ চুম্বা, অচুম্বা ঙাঙবা অসিনচিংবা গুণ চেনবা মীওইশিংদু ইমোইনুগী তূংনফমনি হায়না ফোঙদোকই।

ইমোইনু ঈরাৎপগী থৌরম অসি মীপুম খুদিংদা অফবা ৱাখল্লোন লৈহনবগী, লূনা-নান্না লৈবগী, মীনুংশি লৈহনবগী নীতি নিয়ম শেমগৎপগী ওইবা থৌরম অমসু ওই। লাইনীং লাইশোলগা লোয়ননা মীগী লমচৎ শেমগৎপগী (মোরেলগী) পারা তম্বীবা থৌরম অমনি। মসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা হৌদোক্লম্বনি।

## চৈথারোল কুম্বাবা শেমদোকপা ঃ

**চৈথারোল কুম্বাবা**সি মৈদিংঙু ক্যাম্বাগী হাক্তক্তা ফগৎনবগীদমক শেমদোক্লম্বদু অমুক হন্না মৈদিংঙু খাগেম্বনা শেমদোকই। মাগী মতম ফাওবদদি থৌদোক অমা থোকপগী থা অদু রেকোর্দ তৌরমদবনি। খাগেম্বগী মতমদা অৱাৎপা অদু হাপচিন্দুনা হেন্না মপূং ফাবা ওইহনখি।

## অতৈ অতৈ সংস্কৃতিগী লমদা তম্লম্বা খূদোল ঃ

লৈবাক্কী ফননবা তৌবা মীশিংবু পূক্নিং থৌগৎতুনা খৃ.কু. ১৬০৫ দা নিংথৌনা অদুগুম্বা মীশক্তা সনা অমসুং লুপাগী লৈতেং মনা পীবা হৌদোকখি।(৮) চহী অসিমক্তদা নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিংনা দোলাই

শীজিন্নবসু নিংথৌ অসিনা হৌদোকই। মীশিংনা লুপাগী টুপী শীজিন্নবসু হৌই। খৃ.কু. ১৬২০ দা মণিপুরদা চুরুট থকপা হৌদোকই। মসিগী মরমদি মসি অকে অমৌগী থবক ওইনা খন্নবদগীনি।

নিংথৌ অসিনা পূক্লিং থৌগৎপদগী খৃ.কু. ১৬২০ দগীদি মণিপুরদা নুপাশিংনা শগোল কাঙজৈ চাং নাইনা শান্নবা হৌখি। লোয়ননা চহীগী ওইনা হিয়াং তান্নবসু পাঙথোকই।

মৈদিংঙু খাগেম্বা না লৈবাক্কী লম্বী-থোং ফগৎহল্লমই। মফম কয়াদা চেক্কী মন্দির শারমই। খৃ.কু. ১৬২৪ দা মণিপুরগী মফম তরাদা কৈথেল শেমগৎতুনা প্রজাশিংনা ললোল ইতীক তৌবদা হেন্না খুমাং চাওশিলহনবা ঙমখি।

## খাগেম্বা হাক্তক্তা মণিপুরদা খুম্বোক্লকখিবা বামন শাগৈশিং ঃ

খাগেম্বগী মাঙদগী মণিপুরদা বামন শাগৈ কয়া খুম্বোকলকখ্রবসু মহাক্কী মতমদসু বামন শাগৈ কয়া অমা মণিপুরদা খুম্বোরকখি। শাগৈশিং অদুদি – (১) অরিবম বিষ্ণু লাৎপম, (২) অরিবম শগোল লাইলাৎপম, (৩) অরিবম তম্পাক লাই লাৎপম, (৪) শামুলাই লাৎপম, (৫) শংলাকপম, (৬) হিদংময়ুম, (৭) কোংব্রাইলাই লাৎপম অমসুং (৮) থোংগ্রাতাবম অসিনি। বামনশিং অদুনা মখোয় মখোযনা লাৎপা লাইশিংদুগী মতুংইন্না মখোয়গী শাগৈ মিংথোনখি।(৯)

খৃ:কু: ১৬২৮ দা মণিপুরদা যোগী খরসু লাকখি। মখোয়দা মণিপুরগী নুপী পীদুনা য়ূম্বানহন্দুনা খুন্দা লৈতাহনখি।

(৮) **চৈথারোল কুম্বাবা**দা পল্লি মদুদি খৃ.কু. ১৬২৩ দা খাগেম্বগী হাক্তক্তা তুবেল খোংবালদগী সনা ফংই হায। অদুনা সনাগী লৈতেং শাবগা মনা পীবসি ওইথোকই।

(৯) R.K. Jhalajit Singh, **A Short History of Manipur,** O.K. Stores, Imphal, 1965

মৈদিংঙু খাগেম্বনা চহী ৫৫ চুপ্পা লৈবাক মরা তপ্পা ঈংনা চীকনা মরৈবাক মরমদম্বু শাসন তৌরম্লগা খৃ.কু. ১৬৫২ গী ইঙেল থাদা মশাগী চহী ৭৬ শুবদা তাইবংপান থাদোকখি।

## চীংথংখোম্বা (১৭৫৯-১৭৯৮) ঃ

চীংথংখোম্বা মহারাজ মণিপুরগী হেন্দোক থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবা নিংথৌরেন্নি। মহাক্কী মিংলেন য়ামই – চীংথংখোম্বা, নোংদ্রেন খোম্বা, জয়সিং, কার্ত্তা অমসুং রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অসিনি। অকোনবগী মিংলেন অসিনা খরা হেন্না ফাওখি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদি য়াম্না মগুণ লৈবা, ৱায়েন বিচার হৈবা, লানঙম ফিরাল থেংখিবা, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা চাউনা খূদোল তমলম্বা নিংথৌনি। মৈদিংঙু গরীবনিৱাজগী (১৭০৯-১৭৪৮) মশুনি, শ্যামজাই খুরাইলাকপগী (১৭৫৮-১৭৯৮) অনীশুবা মপারীনি। খৃ.কু. ১৭৫৯ গী শজিবুগী ৭ নি পানবদা অহানবা ওইনা ফম্বাল তোংই। লৈমা অখাম চনু ভানুমতীবু মহারাণী হাপই।

চীংথংখোম্বা মহারাজদি য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবপু লুনা তৌবা মীশক্নি। মহাক্লা নিংথৌ ওইবা চহী ৩ শুরকপদা অমুক নিংথৌ খুভম থাদোক্লুনা ময়াম্বুং গৌরশ্যামদা খুভম শীন্নে। মসিগী মরমদি ব্রহ্মাচারী অমবু মাগী মনাই অমনা হাংখিবা থৌদোক অদুগী দায়িত্ব মহাক্কীনি হায়না লৌবদগীনি। ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা লৈখিদ্রবদা খৃ.কু. ১৭৬৩ দা অমুক হন্না কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওই।

ধর্ম্ম-কর্ম্ম, নাং-সংস্কৃতি চাওখংহনবদা শীংথানিংঙাই ওইবা খূদোল তম্বগা লোয়নননা নিংথৌ অসি শাদা লান্দসু থৌবা মীওইনি। মহাক মশামক্লা লাঞ্জিং পুরেল ওইদুনা য়েক্লবা লাম্হৈংনবদা কয়ারক হন্না মায়পাকপা ঙমখি। মহাক্লা সান লৈবাক্কী মুরাশিংবু মাঙ তাকহন্দুনা শমজোক লৌশিল্লি। খৃ.কু. ১৭৬৪ দা বরমানা লান্দারকপদসু মহাক্লা জয় ওইবা ঙমখিবদু মবুদ্ধি মরৌশিং লৈবা নিংথৌ অসিনা বৃটিশকা মরুপ শান্নদুনা মখোয়দগী মতেঙ ফংবা ঙমখিবদগীনি। অদুবু খৃ.কু. ১৭৭০ অমসুং ১৭৭৩ দা অৱানা মণিপুরদা লান্দারকখি। অৱা লাম্মীনা মশীং য়াম্না হেনখিবনা মদুবু মায়োক্লবদা মণিপুরনা

ৱানা থোকখি। কার্ত্তা জয়সিংহনা মতম খরা মীরমদা চেন্দুনা লৈরুরগা মীচং খোমদুনা অমুক লান্দারক্লুনা মণিপুরদগী অৱা তাম্বোকখি।

## শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবা অমসুং মহারাস হৌদোকপা ঃ

কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা লাল চেন্দুনা অহোম নিংথৌ রাজেশ্বরগী (১৭৫১-১৭৬৯) সভাদা লৈরিঙৈদা অঙাওবা শামু অমা ফাহনখিবগী ৱারী লৈ। মদু অহোম নিংথৌনা মাগীদা চঙজফম লৌদুনা লৈরিবা নিপা অদু মণিপুরগী নিংথৌরা শাশিন্নবরা হায়বদু চাংয়েং তৌবগীনি। শামু ফাগদবা নুমিৎকী মাঙওইননা থৱায় ৱারবা কার্ত্তাগী মঙলান্দা শ্রীগোবিন্দনা দর্শন পীবিখি। শ্রীগোবিন্দগী কৃপানা শামুদু ফাবা ঙমখি।(১০)

ভাগ্যচন্দ্রনা মীবমদগী হল্লক্লুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরবদা মতম খরা লমাংদোং বিষ্ণুপুরদা কোনুং শেমদুনা লৈবাক ঙাক্লমই। শ্রীগোবিন্দনা কার্ত্তা মহারাজগী মঙলান্দা তাকপীরম্বা মতুংইন্না কাইনাদগী থৈবোং য়াল্লগা খৃ.কু. ১৭৭৬ শকাব্দ ১৬৯৮ হৈস্রাম খুঙমনা চৈথাবা কুম হিয়াঙ্গৈ ১২ পানবা ঈরাই নুমিৎতা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌই। (১১)

---

(১০) অহোম লৈবাক্তা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা শামু ফাবগী ৱাবীসি আসামগী বুরঞ্জিদা য়াওদ্রগসু স্কোলাব কযানা মদুগী মতাঙদা মরীক চুম্না ইদুনা থমলমই।

(১১) **শ্রীগোবিন্দ নির্পন** কৌবা লাইবিক্তা শ্রীগোবিন্দ শাবগী মবমদা মখাগী অসুম্না ইবি -- "হৈস্রাম খোংঙমগী কুম শক ১৬৯৮ হিযাঙ্গৈ থা ১২ নি পানবা নুমিৎতা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজনা সনা যাথং তাকপিবা মতুংইন্না ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপিবামসিংহ পাৎচহনবনা শ্রীগোবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তি শাইএ ...। ... শ্রীগোবিন্দগী জীবনাস লোইববদা ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপিবামসিংহ পাৎচহনবদা সনা খুজি, ইবিন ৱাংমা শামাং লাইবৌদা লৌপবি ৭, নাই ফুঙ্গা ১, ইবোই ১, শগোল ১, পীএ" -- **চৈথারোল কুম্বাবা** -- লা: ১৩০।

শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি শাবগী মতাঙ অসিদা মোত অনী লৈ। খবনদি শ্রীসাপম লোখোননি হায়। মসিগী মতাঙদা লাইশাবা, লাইযেকপা শ্রী হাওবম শ্যামসুন্দবনা অসুম্না হায -- "খূৎহৈবদুদি ৱাংখৈ গোপীবামনি। গোবিন্দ শাখিবা থৈবোং পাম্বীদুনা শাখিবা বিজয গোবিন্দ, নিত্যাইনন্দ, গোপীনাথ, অনুপ্রভু, মদন মোহন অদ্বৈত প্রভু লাইশিং অসি মশক মওং অমসুং শাথেক যেংলগা খূৎহৈবা অমনা নৎত্রগা মহাক্কী মিংযেং মখাদা খূৎহৈবা ৩/৪ না শাবনি হাযবসি খঙই।"

অমুকসু বাজকুমাব সনাহন গুনেশ্বরনা মহাক্কী **শ্রীগোবিন্দ নির্পন** দা অসুম্না ফোঙদোকই -- ৱাংখৈ গোপিবাম সিংহনা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী মঙদা উখিবা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তিদু নিংথৌগী যাথং মতুংইন্না যেকথোকপনি। যেকথেক্লগা খূৎহৈবা সাপম লোখোন সিংহনা হৈবোংদগী মুর্ত্তি শাবা ওইবা তাই। *গোপীবামনা যেকথোকলগা মাগী মীৎযেং মখাদা শ্রী সাপম লোখোননা শাবসি ওইথোকই। -- অইবী*

**নিংথৌরোল কুম্বাবা**দা শ্রীগোবিন্দ নিরূপনগী মতাঙদা অসুম্না ই –
*তাইবং সরারেন ও ! লমলেন লাংথবাল সনা থোইকোন্নুংদা থম্বা পামেল থৈবোং নুংচানবদি কোরৌ নোংশা মৈনা পামেল উনুংথিৎনা মকংলে । ইনিংথৌ, উনবী পুকথুংনা গোবিন্দ মুর্ত্তি শানশেম্ববু য়ারগনি অসুম পাউকৎলবদা ভক্ত মদাইরেম চংখোনবা মৈতেংঙু, লোইনাই চীংথংখোম্বদি উনবী পুক্রিং হেকঙাই মপাউ চাউনা নিংথল্লগা মদাইরেম উরং খুৎহৈবা ছিয়াৎপমচা লোখোনবু অচেন খংলৈ যাংনা পাউকৌইহল্লুএ । মৈতেংঙুনা লমলেন লম্রাংতোক লমদগী পুন্না লাংথবাল সনা য়োইকোন্নুং নুংঙাইবদা কোরৌ অদু নোংদবু য়াংনা রাইথুংলকএ । লমলেন লাংথবাল সনা য়োইকোন্নুংদা রাইথুংলবগা মদাইরেম খুৎহৈবা ছিয়াৎপমচাবু পামেল নাক্তা থুংমন্না সনা য়াথংনা পাউমেনখিএ । হে ইদাইরেম নুংচানবা লোখোনও ! পামেল অসিবু উকক মফম য়েংনা ককও হায়না পাউতাক্লগা মদাইরেম লোখোন খুৎহৈবনা পামেল মতুপ মফম য়েংনা ককচখিয়ে ... ।(১২)*

**নিংথৌরোল কুম্বাবা**গী রারোল অসিদগী খণ্ডবদি শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি শাবা অসি সাপম লোখোননি। লাই শাফমনা লাংথবাল কোনুংদনি অসিনি । লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা লৈবা অহল খরনদি লাই শাবসি লমাংদোং কোনুংদনি । মফম অসিদা থাংমৈ ফুমফম হায়দুনা লৈরিবা, গোবিন্দ লীকলম অমসুং লমাংদোংদা হৌজিক লৈরিবা শাপম পুখ্রি হায়বসিনা শাপম লোখোননা লমাংদোংদা শাবনি হায়বগী প্রমাণনি হায়না মোত পী ।

শ্রীগোবিন্দবু নিরূপন তৌবা থৈবোং পাম্বীদুদগী লাইগী মূর্ত্তিশিংসু নিরূপন তৌই । মদুদি – শগোলবন্দদা মন্ত্রীময়ূম শাগৈনা সেবা চৎলিবা শ্রীবিজয় গোবিন্দ, লমাবম লৈকায়দা অরাম্বম শাগৈনা সেবা চৎলিবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, উরিপোক্তা লাৎলম্বা হৌজিক্লা ওইনাম থিংঙেলদা লাবন্যচন্দ্রগী ধারনা লাৎলিবা শ্রীমদন মোহন, নবদ্বীপতা কার্ত্তাগী ধারনা লাৎলিবা শ্রী অনুপ্রভু, নিংথৌখোংদা কালাবাজগী ধারানা সেবা চৎলিবা শ্রীগোপীনাথ অমসুং লমাংদোংদা শ্রীময়ুম ব্রাহ্মণনা সেবা চৎলিবা শ্রী অদ্বৈত প্রভুনি ।

শ্রীগোবিন্দগী নিরূপন লোইরবদা লাংথবাল কোনুংদা অভিষেক

(১২) **নিংথৌরোল কুম্বাবা**সি খুৎইদা লৈবা লাইবিরুনি ।

তৌরে। খৃ.কু. ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গে পূর্ণিমা নুমিৎতনি। নুমিৎ অসিদগী হৌবগা নুমিৎ মঙানি চূপ্পা মহারাস জগোই শ্রীগোবিন্দদা কৎখি।

জগোয় রাস অদু কৎপদা নরসিংহ মহাবাজগী মবুধৌ ইবুংঙো ঙৌরাম শাইনা রাস অদুগী নিপা পালাগী ঈশৈ হনবা, কার্ত্তা মহারাজগী মখুরা ইবুংঙো শ্রীধরশাইনা দুহার, ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌ মশামক্তা পূংয়ৈবা মকোক, স্বরূপানন্দনা তুংইনবা ওইদুনা সংকীর্ত্তন হৌই।(১৩)

*জগোই রাসকী মতাঙদা **নিংথৌরোল কুম্বাবা**দা অসুম্না ইরি -- ''কবো খুবোম্বদা য়াৱা পাউশিন্নরগা লৈতাই নোংদাই খোইয়ম খুথোক হরাউ খুৎলোন শাথেক্লা চুকোই মপুং শেম্বা তক্ষল্লে। য়োইবু মশান্নৌ ঙাংবম চনু হরিমতিনা চুকোই মকোই চিংলে। তম্পা ৱাঙমলোন বিম্বাবতীনা থৌরানী শাদুনা রাসলীলা মপুং ফানবা তক্ষল্লে ... মতোল ইবুংঙো ঙৌরাম শাইনা ঈশৈ হল্লে, ধরশাইনা দুহার, শ্রীযুৎনা পুং থোল্লে হায়রগা রাধাভাবনা সংকীর্ত্তন হৌরে।''*

শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌদুনা মহারাস জগোই কৎপা লাইবক ফবা নিংথৌনি হায়দুনা ভাগ্যচন্দ্রবু ধর্ম্ম লৈবা বৈষ্ণবগী গুণ চেনবা সাধুনি হায়বদগী রাজর্ষি হায়বা মিংলেন অসি মীযাম্না হেন্না পামনা কৌনখি।

শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তিদু নিংথৌগী কোনুংদা লাৎলি। শ্রীগোবিন্দনা লৈবাক্কী নিংথৌনি। নিংথৌনা সেবারীনি হায়না মণিপুবগী নিংথৌরেলশিংনা মথং মথং সেবা চৎলি। নিরূপন তৌববা লাই অতৈদুনা মণিপুরগী মফম কয়াদা মতীকচাবা মীওই খন্দুনা সেবা চৎহনখি। অসুম্না মণিপুর শিঙ্গুংনা ধর্ম্মগী ঈচেল অমা পাকতক্লা চেলহনখি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা। নিংথৌগী কোনুংদা শ্রীগোবিন্দবু লাৎচবদা পূজা লাংজাগী অষ্টকাল সেবাগী নীতি নিযম কয়া শেমগৎলি, লোয়শং কয়া লিংখৎলি, পূং ঈশৈগী পালা কয়া শেমগৎলি।

---

(১৩) মণিপুবগী জগোয বাসকী পবমপবাদি নুপা পালা সংকীর্ত্তননা মাং থাই। সংকীর্ত্তন হৌবদা অহানবদা পুঙগী বাগ অচৌবা হৌই। অদুগী তুংদা ঈশৈ হনবনা ঈশৈগী বাগ হৌবগা গুরু বন্দনা, সভাবন্দনা তৌই। অদুগী তুংদা গৌবাঙ্গ ভাবীদগী কৃষ্ণরূপ ফাওবা শকই। অদুদগী তিন তাল ঘাট, বাজমেল, তানরূপ, মেনরূপ পবীং অসি কাযহন্দনা সংকীর্ত্তন শকই।

অসুম্না শ্রীগোবিন্দনা য়াইদা লৈরগা অকোয়বদা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতি সভ্যতা শেমগৎলকই নিংথৌ অসিনা। নিংথৌসিগী সভাদা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত রত্ন কয়ানা লৈতেংই।

অখণ্ড অহৈ, পণ্ডিত রত্নশিংগী মতেং লৌরগা মহাক্না য়াম্না হৈশিংনা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎনহনখি। অহানবদা মহাক মশামক রাম গোপাল বৈরাগ্যগী শিষ্য পরমানন্দ ঠাকুরদা দীক্ষা লৌই। অদুদগী মহাক্না বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈহৌ কনখৎহনবদগী মণিপুরদা হান্না চৎনরম্বা রামান্দি ধর্ম্মদু শিথখি। মীয়ামগী পূক্নিংদা ভক্তিগী ভাবনানা মরা তাশিনহনবা ঙমখি।

## কার্ত্তা মহারাজগী মতমদা মণিপুরদা খুম্হোকলকখিবা বামন শাগৈশিং ঃ

নিংথৌ অসিগী সনাহাক্তক্তা করম্বা শাগৈগী বামোন খুম্হোকলকপগে হায়বসিগী মতাঙসি **বামোন খুম্হোকলোন** হায়বা লাইরিক্তগী খণ্ডবা ঙমই। অসুম্না হায - ''তখেন্দগী জয় লাকয়ে। মাগী ঈদি ৱাবা হঞ্জবা ময়ুমনে। আসাম য়েন্দলোদগী যুদবামগী ঈদি ৱারিলিবমনে।'' লাইরিক অতৈসু লৈরি। মদুদগী খণ্ডবাদি – খুম্হোকলকখিবা বামন শাগৈশিং অদুদি – (১) আধিকারীময়ুম অনৌবা। মখোয়সি নোংচুপ বেঙ্গলগী শান্তিপুরদগীনি। (২) লাহোরদগী থোরকপা ধ্যানদাস ময়ুম (৩) উত্তরপ্রদেশ বৃন্দাবনদগী ব্রজবাসি ময়ুম অসিনি। নিংথৌ অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু লৌরবা তুংদা মণিপুরদা ধর্ম্ম অসিগী ঈহৌ শাগৎপদা খুম্হোকলকখিবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা চাউনা খূদোল তমখি। (১৪)

(১৪) *Source* -- **বামোন খুম্হোকলোন**, যেন্দ্রেম্বম মুনান মৈতৈ, থোংলেন তাইবী লাংথাকপম (কুঞ্জ), লাংথাবাল কোনুং ইউনিভরসিটি,

**মৈতৈ বামোন হৌরকফম** – নামৈবাকপম ইবোচৌবা সিংহ, অরিবম চিতেশ্বর শর্ম্মা, ব্রহ্মাচার্য্যময়ুম কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা, মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়ম, ইম্ফাল ১৯৯৫

## সংস্কৃতিগী ফিরেপ শেমগৎলকপা ঃ

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা য়ৌনা থাজবা, শ্রীগোবিন্দবু নিরূপন তৌবা, মহারাস জগোয় হৌদোকপা অসিগা লোয়ননা সংস্কৃতিগী শক্তম অমা শেমগৎলকই। শ্রীমদ্ভাগবতকী পদ কয়াবু রাগিনী পান্দুনা লাইরিক থীবা হায়বগী ত্রেদিসন অসি মপূংফানা শেমগৎলকই । কলা অসিদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লৈরে হায়না **মশিন** কৌবা লাইরিক্তগী খঙই । অদুমওইনমক য়াম্না মপূং ফানা শেমগৎপদি কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রননি । বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থাজবা বৈষ্ণব ভক্তশিংনা ঙসিসু লাইরিক থীবা হাইববু য়াম্না পাম্বনা ধর্ম্মগী ওইবা থৌরমদা পাঙথোক্লরি ।

মৈদিংঙু ক্যাম্বগী (১৪৬৭-১৫০৮) মতমদগী মণিপুরদা কীর্ত্তন শকপা হৌববসু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী গুণ শৈথাদুনা আলাপ, রাগ তালনচিংবা য়াওনা শেমগৎপা অনৌবা মখলগী নট সংকীর্ত্তনদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকই। অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়ানা নৌনা পদাবলি কয়া ভাগবত্তগী লৌদুনা ইথোকই, শেমগৎলি । নিংথৌ মশামকনা সংকীর্ত্তনদা শরুক য়াদুনা অতৈ কলাকারশিংবু পূক্নিং থৌগৎলি ।

কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা মহাধুমেল কীর্ত্তনসু হৌদোক্লমই। মসিদা পূংয়ৈবা ১৪ না তাল, অভিনয় য়াওনা য়াম্না লেমজবা শাথেক খোঙথাং, ধর্ম্মগী ওইবা নীতি নিয়ম কয়াগা লোয়ননা ধুমেল কীর্ত্তন পাঙথোকই । তুংদা নিংথৌ নরসিংহনা নিত্যাই ধুমেল, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা দেবী ধুমেল মথং মথং হাপচিল্লকখিবনি ।

মণিপুরী জগোই রাস হৌদোকপা অসিসু কলা সংস্কৃতিগী লমদা নিংথৌ অসিনা তম্নবা থোইদোক্লা শীংথানীংঙাই ওইবা খূদোন্নি । হৌজিক মণিপুরদা শান্নরিবা জগোই রাস মখল ৫ হায়বদি মহারাস, বসন্ত রাস, কুঞ্জরাস, নিত্যরাস, দিবারাস অসিগী মনুংদা অহানবগী মখল অহুমসিদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোক্লম্বনি হায়না পণ্ডিতশিংনা মোত পী। শ্রীমদভাগবত রাসপঞ্চধ্যায়দা য়ূমফম ওইরগা মণিপুরগী হান্নগী লৈরম্বা লাই হরাওবগী শাথেক খূৎথেক, থাঙ তাদগী লৌখৎলগা শেম্বা অভিনয়গা লোয়নবা মণিপুরগী

জগোই রাসনি । রাসলীলা জগোই অসিগী থোইদোকনা নীংথিজবদি ভঙ্গিপরেং, রাসকী ফিজোল পোৎলোই, মেগুলবা তপ্পবা অভিনয় কয়া অসিনি। মীৎ পেন্নবা শাবা জগোই নত্তবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরন্দা গোপীশিংনা মশাবু আত্মাবু কখোকচবা আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল্লোন ফোঙদোকপা মণিপুরী জগোই রাসনি। ঙসিদি মসি পৃথিবী শিঙ্গুংনা মমিং চৎলবা ভারতকী ক্লাসিকেল জগোইশিংগী মরক্তা মাগী তোপ তোপ্পা ফিদা অমা কন্দুনা লৈরে।

## সাহিত্যগী লমদা ভাগ্যচন্দ্রনা তমলম্বা খূদোল ঃ

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা মতমদা মণিপুরী সাহিত্য য়াম্না চাওখৎ-লকখি । থায়নগী মণিপুরগী ৱাহৈ ৱাতাগা লোয়ননা সংস্কৃতকী ৱাহৈ শীজিন্নদুনা ইবা লাইরিক কয়া পুথোরকই। মতম অসিদা ইবা লাইরিক অয়াম্বদি লমচৎ ব্যবহার ধর্ম্ম-কর্ম্মগা মরী লৈনবা ঙাক ওইনা তৌই। লাইরিকশিং অদু ইবা শক্লাইবা পণ্ডিত খরদি মাধব রাম ৱাহেংবা, বৃন্দাবন ময়েংবা, কোম্বৌজম লবঙ্গ, নবানন্দ যুবরাজ, রামানন্দ কোনসবা অসিনচিংবনি। মতম অদুদা ইবা লাইরিক খবদি **ধ্রুব চরিত, ভাগবতকী অনুবাদ, রাম নোঙ্গাবা, বিধি নোংদম্বা, বিরাট পর্ব্ব, জাতক্কী ৱারী** অসিনচিংবনি । **সনামনিক, লাংলোন** কৌবা লাইরিকসু নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা ইবনি।

## লমাংদোং/বিষ্ণুপুরগা লৈনরম্বা মরী ঃ

কার্ত্তা জয়সিংহনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমসি মণিপুরদা শা লাল য়াম্না কনবা মতমনি । অৱানা মণিপুরদা হন্না হন্না লান্দারকখি । য়েক্লবা মায়োক্লবদা খুদোং চানবগীদমক নিংথৌনা কোনুং মফম হোং হোংদুনা লৈবাক ঙাকলমই । ভাগ্যচন্দ্রনা মতম খরা শঙাইথেলদা, মতম খরা শঙাইপ্রৌ (খৃ.কু. ১৭৬৮) দা কোনুং ওইরমই। খৃ.কু. ১৭৭৫ গী ফাইরেন ১৯ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা লমাংদোংদা কোনুং শেমদুনা নিংথৌ ওই।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা লানগী খুদোংচাবা মফম য়েংদুনা অৱাংবা

চীংথক্তা লৈরগা ঔৱানা নৎত্রগা তখেলনা নৎত্রগা মোইরাংনা নৎত্রগা চীংমীনা লান্দারকপা মতমদা লানগী লালওং শেম শারগা লালথেংনবদা খুদোংচাবা ওইগনি হায়বদগী লমাংদোংদা কোনুং শেন্বনি। হৌজিক সি আই কোলেজ ওইদুনা লৈরিবা চীংথক অসিদনি।

মতম অসিদা শাগী লানগী ঈরাং নেমথরকখি। চহী অহুম খরা হেন্না লমাংদোংদা কোনুং ওইদুনা লৈবাক ঙাকখি। মতম অসিদা লৈবাক্কী চাকহোং ঙাহোংহন্নবা থৌরাং কয়া লৌখৎলে। ধর্ম্ম, কলা সংস্কৃতিগী মায়কৈদা নিংথৌনা হেন্না পূক্লিং চঙলে। মতম অসিদা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি শাননবা কাইনদগী থৈবোং য়াল্লুদুনা নিরূপন তৌবা হৌখি। শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌরগা অভিষেক তৌবগী মতমসি চহী অহুমলোম থেন্নে। লাই শাবা হৌবসিনা নিংথৌনা লমাংদোংদা কোনুং ওইদুনা লৈরিঙৈদনি। অভিষেক তৌবনা নিংথৌগী কোনুং লাংথবাল কাঞ্চিপুরদা হোংলবা মতুংদনি।

খৃ.কু. ১৭৯৮ দা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা তীর্থ লেঙবদা বিষ্ণুপুরদা থা ৩ লৈরমই। মতাঙ অসিদা থৈবোংগী মরু মকোক অদুনা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী মূর্ত্তি নিরূপন তৌরগা লাইশঙ মাণ্ডব শাদুনা মদুদা লাৎলমই। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মজাইবেম্মা জাতিস্বরী রত্নমঞ্জুরীনা মকোক চিংদুনা প্রভুগী মাঙদা জগোয় রাস কৎলমই। ভাগ্যচন্দ্রগী গুরু প্রেমানন্দ শর্ম্মগী মচাইবুংঙো শ্রীধম্মেশ্বরদা মচাইবেম্মা জাতিশ্বরী থাজদুনা ময়ানুপাদা প্রভুগী সেবাগীদমক লৌচা, ইংখোল শিন্নরমখিবনি।

থৈবোংগী অহুমশুবা মককনা শাবা মূর্ত্তিনা শ্রীগোপীনাথ ওইখি। কার্ত্তা মহারাজনা য়াঙন্বম চনু কেশরীনা পোকপা মচাইবুংঙো কালারাজ/পুবরাজদা শ্রীগোপীনাথপু নিংথৌ সেবা ফংহনখি। শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা, পর্ব্বদিনগী উৎসব, সংকীর্ত্তন পালা, জগোই রাস কৎপনচিংবা অদুগা মান্ননা গোপীনাথকী সেবাদসু পাঙথোকই।

শম্না হায়রবদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মীৎয়েং মখাদা লমাংদোং বিষ্ণুপুরবু মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী যূম্ফম অমা ওইনা শেমগৎলমখি।

## অরোইবা পুন্সি ঃ

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মচাইবুংঙো যুবরাজ লাবন্যচন্দ্রদা লৈবাক ঙাকপগী দয়িত্ব পূম্বা শিন্নরমদুনা খৃ.কু. ১৭৯৮ গী ফেব্রুয়ারি ৩ দা বৃন্দাবনগীদমক তীর্থ যাত্রা লেঙখিরমই। মদুগী মতাঙ অদু **চীংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা** হায়বা লাইরিক্কুগী খঙবা ঙমই।

কার্ত্তা মহারাজনা ত্রিপুরাদা মচানুপী হরিশেশ্বরীবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাজধর মানিকতা থাজরমই। অদুদগী মুর্শিদাবাদ লোমদা খোঙশানখি। মফমদু য়ৌরবদা গঙ্গা স্নান তৌবদা খুদোংচানবা গঙ্গা মপান্দা যুম অমা শাগে হায়না মতম অদুগী গবর্নর জেনেরেল কলিকতাদা লৈবিবা লর্ড মার্নিংটনদা চিঠি অমা ইরম্মী। মদু সন ১২০৪ শ্রাবনগী তারিখ ২১ দনি হায়রি।

**বিজয় পঞ্চালি**দগী খঙবদি বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শক ১৭১৭ ৱাকচিংগী ১০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা নবদ্বীপ যাত্রা তৌই। মী ১৩০০ দগী হেন্না থৌগল তৌই। বিষ্ণুপুর লমাংদোং য়ৌই। বিম্বাবতী ভাগ্যবতীনচিংবী মচাইবেম্মা কয়া মহারাণী কয়া থৌগল তৌরকই অসিনি।

লার্ড মারনিংটনদা চিঠি ইরবা তুংদা ইকুই কুইদনা সনা হকচাং ঈরক্কুনা মুর্শিদাবাদকী গম্ভীলাপাটতা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ নোঙ্গাখি।(১৫)

---

(১৫) **চৈথারোল কুম্বাবা**দা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা থৃপখিবগী মতাঙদা অসুম্না ই – "লাইবিক যেংবা অবোইগী কুম শক ১৭২০ মেবা থা যুমশকৈশনা হলএ। ৩নি ঈবাইদা শ্রীপাট ক্ষেত্রদা শ্রীমহাবাজ চীংথংখোম্বা নোঙ্গাখিএ।"

**চীংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা** কৌবা বাজকুমাব শ্রীস্নাহল সিংহ বি- কমনা সম্পাদন তৌবা লাইবিক্তনা অসুম্না ই -- চীংথংখোম্বা ১৭৯৯ ইংগী আগষ্ট থাদা শ্রীপাট গম্ভীলাটতা নোঙ্গাখি। ৱাবোলদি --

"লাইবেন মাগী মতুংইন্না লোইদাম কার্ত্তিক মেবা থাগী নিঙ্গ্যাং ৩ নি পানবা ইবাই নুমিৎ অরুবদা যাবৌ নুমিৎ য়ুংবগী মতুং পুং মবি শুবকপা খেনলেন শগোলসেনগী মহেন্দ্র পুংজা মনুংদা মালা পবেং লিকপু থাদোকতা, তুলসী নমু খুংনা পাই, চিংঙু শামন লিযোননা হকচাং লাইজি-পবৈ থোক, মোনাদিং যাইকপাক মখুম হাং, কুচিং হিগোক লিওক্রা চিংখৈ লৈনা পান্দমকুম মানলং ফেনজি ওই, খমগোন বৃন্দাবন ফংফদবা মহাক্কী ধর্ম্ম থুমখোইবা মহাক্তা ঈশ্বব স্না মখোংখাদা নুংঙাই পুক্লিং থুংনা তানফংজখিএ হায়দব্রা ? "

( Thumb impression of Maharaj Bhagyachandra in his letter addressed to Lord Mornington the Governor General (Received 25 September 1798, No. 367)

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা লর্ড মারনিংটনদা ইরম্বা চিঠি

প্রাচীন বাঙ্গলা পত্র সঙ্কলন দা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা ইরম্বা চিঠিবু অসুম্না ফোঙদোকলি –

অনুপেক্ষনীয় শ্রীভাগ্যচন্দ্র সিংহস্য –

বিনযপুর্ব্বক সেলাম নিবেদনঞ্চ। আগে শ্রীযুত লাড সাহেবের উমর দৌলত মাদা ~করিতেছেন তাহাদে অত্র মঙ্গল পরং নিজরাজা মনিপুর হইতে আমি মো: মুরসিদাবাদে ~স্নান করিতে আসিয়া অস্থকরণ হইল আমার স্নান কারণ ~তিরে এক বাটী তৈয়ার করাই এবং সওদাগরিকারণ বড় হাতির দাত ও মোম আর আর হরেক জিনিষ নিজ রাজ্য হইতে মোকাম মুরাসিদাবাদে পঠাই কবক জমিন না হইলে বাটী কিমতে হয় মরজি হইলে মুরসিদাবাদের কলেকটর সাহেব নামে এক চিটী আমাব উকিলকে হুকুম হইলে অনেক মেহরবানগী আমার মুক্তিয়ার উকিল শ্রীরাস বিহাবি দাসকে নিকট পঠাই জে জে বিষয় রোবরো আরজ করিবে তাহাতে গৌর মেহরবানগী ফরমাইলে আমা প্রীতি অনুগ্রহ প্রকাশ আমার উকিল মজকুবকে সরফরাজ করিয়া তরায় বিদায় হুকুম হইলে বহুত মেহববানগী লাড সাহেবের দৌলত জেনাদার পএরাফিয়ত লিখিয়া খুসী কবিতে হুকুম হইবেক ইহা নিবেদন করিলাম ইতি মো: মুবসিদাবাদ সন ১২০৫ সাল তারিখ ২১ শ্রাবন –

মহামহিম শ্রীযুৎ লার্ড মারনিংটন সাহেব
গবনব জানরেল বাহাদুর দৌর্দ্দণ্ড প্রতাপেষ
মো: – কলিকাতা

অসুম্না লাঞ্জিং পুরেল অথৌবা, লৈঙাক শাসন হৈবা, প্রজাবু চান্না নুংশিনা য়োকপিবা, শ্রীগোবিন্দবু নিরূপন তৌরম্বা, মহারাস জগোই হৌদোকপীরম্বা কলা সংস্কৃতি য়োকথংলম্বা মণিপুরগী নিংথৌরেল রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা চহী ৪০ চুপ্পা পাল্লম্বা মহৈ য়ানবা পুন্সিদু লোয়শিনখি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা নোঙ্গাখিবা শক তারিখ অনীদা খেন্নবা লৈরগসু অয়াম্বনদি **কুম্বাবা**গী মতুং ইল্লি। মেরাগী হুমনি পানবদা থূপখি হায়দুনা চহী খুদিংগী নুমিৎসিদা রাশেশ্বরী পালা মরুপ, কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রা পরিষদ অমসুং শ্রীগোবিন্দগী টেম্পল বোর্দনা তিরোভব উৎসব থৌরম পাঙথোক্কুনা লাক্লি।

## গম্ভীরসিংহ মহারাজ (মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা – ১৮২৫-১৮৩৪) ঃ

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবুংঙো মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা (গম্ভীরসিংহ মহারাজনা) খৃ.কু. ১৮২৫ দা মশাগী চহী ৩৯ শুবদা ফম্বাল কায়। গম্ভীরসিংহনা নিংথৌ ওইরবদা মনাওইবুংঙো নরসিংহবু সেনাপতি হাপ্তুনা লৈবাক শাসন তৌই। নিংথৌ মচিন মনাও চঙদুনা পানবা মতমদা লৈবাক্কী শেমগৎ শাগৎপগী থবক য়াম্না তৌরমই। মতম শাংনা চহী তরেৎ খুন্তাকলুরবা তুংদা বৃটিশকী মতেঙ লৌরগা গম্ভীরসিংহনা মনাওইবুংঙো নরসিংহগনা মণিপুরদগী ঔৱাবু তাম্বোকপা ঙমখি। খৃ.কু. ১৮২৬ তা মণিপুরবু অমুক হন্না নীংখা তমহনখি। মীরবৌক্তা লাঞ্জেল্লুরবা মীওই কয়া মরৈবাক্তা হল্লকখি। লৌউ-শিংউবগী থবক্তা মায় ওনশিন্দুনা লৈবাক্কী চাকহোং ঙাহোংননবগী থবক কনখৎহল্লম্মী।

শা লানগী খুদোংচাগদবা য়েংদুনা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মপাবুং ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রনা কোনুং ওইরম্বা বিষ্ণুপুরগী চীংথক্তা কোনুং শেমদুনা মতম খরা পাল্লমই। গম্ভীবসিংহ মহারাজনা বিষ্ণুপুর লম্মাংদোংদা কোনুং ওইবসি ওইনাম বলরামগী কুম শক ১৭৪৭ খৃ. ১৮২৫ হিয়াঙ্গৈ ১৩ নিদা কোনুংদা চঙই। **চৈথারোল কুম্বাবা**দা হায়রি – "পোইনুগী ১০ নি য়ুমশকৈশাদা শ্রীইবেম্মা মাইম্নাম অপাম্বী বিষ্ণুপুরদা থুংলৈএ। নিংথৌনা অৱা লাল চৎলুরগা শমশোক নিংথৌগী কোনুং থুগায়দুনা লাল হল্লক্লগা অমুক পোইনু থাগী থানিন য়ুমশকৈশ নুমিৎতা শ্রীযুৎ মহারাজ বিষ্ণুপুর কোনুং চঙএ"(১৬) মতম অদুদা ঔৱা লানগায়বদা কাছাড়দা থৈদুনা থম্লুবা শ্রীগোবিন্দ লৌথোকলুদুনা বিষ্ণুপুরদা লাৎলি। শ্রীগোবিন্দগী হৌনবী সেবা, পর্ব্বদিন উৎসব মফম অসিদা পাঙথোকই। শ্রীগোবিন্দদা মহারাস

(১৬) *শ্রীলাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ*, **চৈথারোল কুম্বাবা**, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল - ১৯৮৯, লা: ২২৫

কৎলি। লাল কায়রুবগী অৱা অনাবু ভক্ত বৈষ্ণব, প্রজা কয়ানা শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংজদুনা পূক্রিংদা ঈংথবা তপথবা ঙমজখি।

## মণিপুরগী ঙমখৈ পাকথোক চাউথোকহল্লকপা ঃ

ঔৱা লাল ঙম্রবদা গম্ভীরসিংহনা কবো তম্পাক অমুক হন্না লৌশিল্লি। অদুবু য়ান্দাবোগী সন্ধি মতুংইন্না অমুক ঔৱানা লৌখি। বৃটিশনা তকশিল্লকপদগী খৃ.কু. ১৮৩৪ পোইনু ১৪ নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎতা ঔৱা অমসুং মৈতৈনা সন্ধি তৌনৈ। সন্ধি অদুগী মতুংইন্না ঔৱা নিংথৌনা মণিপুরদা থা ৬/৬ কী ওইনা থাদা লুপা কোনশেং ৫০০ ক্ষেতিপুরন ওইনা কবো তম্পাক মাঙখিবগী পীগনি হায়না য়ানৈ। গম্ভীরসিংহ মহারাজনা সহী তৌরগা য়ানচেদু মেজর গ্রান্ট অমসুং কেপ্তেন পেম্বরটন্না ঔৱা নিংথৌদা পীখি। নিংথৌনা কবো তম্পাক পীথোকনিংদ্রবসু মতেঙ লৌখিবা বৃটিশ সরকারগী গভর্নর জেনেরেলগী হুকুমগী মায়োক্তা থবক চথবা ঙমদবদগী মথৱায় য়াম্না নুংঙাইখিদে।

অদুবু মণিপুরগী ঙমখৈদি পাকথোক চাওথোকখি। অৱাংলোমদা থিবোমৈ (কোহিমা), নোংচুপলোমদা জিরি, নোংপোকলোমদা কবো তম্পাক ফাওবা শন্দোক্লম্বনি।

## মপান লমদগী বামন শাগৈ খরা লাকখিবা ঃ

গম্ভীরসিংহনা পানবা মতমদা মণিপুরগী মীশিং য়াম্না হন্থখি। মসিগী মরমদি ঔৱা লান্দা চহী তরেৎ খুন্তাকপদা মী য়াম্না শিখিবদগীনি। লান্দারকপা কাঙবুনা মী খরা ফাদুনা পুখি; খরনা শিলেট, তখেল, আসাম, ঢাকানচিংবা মফমদা লানচেনখিবদগী খুন্দাদুনা লৈনখি। অদুবু গম্ভীরসিংহনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক মরা তপ্পা পাল্লবদা লাঞ্জেল্লুবা মীওই কয়া অমদি হল্লক্লুনা নৌনা খুন্দা লৈতাহনখি।

১৫শুবা শতাব্দীদগী হৌরদুনা মণিপুরদা বামন শাগৈ কয়া লাক্লুনা খুন্দাবা হৌখিবদু গম্ভীরসিংহগী মতমদসু বামন শাগৈ খরা খুন্থোকলকখি। নিংথৌ অসিগী স্নাহাক্তক্তা খুন্থোকলকখিবা বামন শাগৈ খরদা অনৌবম, ব্রজময়ুম, আচার্য্যময়ুম নচিংবা পনবা য়াই। ব্রজময়ুম শাগৈগী য়ুম্নাক অসি

বাঙ্গালাদেশকী শান্তিপুরদগী থোরকপনি । শাগৈগী পুকোক শ্রীব্রজদেবদগী লৌদুনা শাগৈগী মিং থোনবনি । অনৌবা শাগৈনা উত্তর প্রদেশতগী থোরকপনি, নৌনা লাকই হায়বগী অনৌবা থোনবনি । আচার্য্যময়ূম শাগৈসিনা ঢাকাদগীনি । শাগৈগী পুকোক্তি শ্রী লক্ষ্মীকান্ত আচার্য্য কৌই । মানা নিংথৌগী পূজা তৌবদগী শাগৈসিগী মীং আচার্য্যময়ূম থোনখি । (১৭)

## অতৈ অতৈ লৌখৎলম্বা থবক থৌরমশিং ঃ

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা খৃ.কু. ১৮২৬ শজিবু ২০নি পানবা য়ূমশকৈশ নুমিৎতা লমাংদোং/বিষ্ণুপুরগী চীংদোনদা নৌনা শারবা কোনুংদা হোংজিল্লি । নিংথৌসিগী সনা হাক্তক্তা লমাংদোংদা লৈরিঙৈদা পাঙথোকলম্বা শীংথাবা য়াবা থবকতি খৃ.কু. ১৮২৭, নভেম্বরদা কাছাড়দগী শ্রীগোবিন্দ লৌথোকলুরগা বিষ্ণুপুর কোনুংদা লাৎপা অসিনি । ঔরা



***গম্ভীরসিংহ মহারাজগী লাংথবাল কোনুং***

---

(১৭) *ইবোচৌবা, চিত্রেশ্বর, কুলচন্দ্র,* **মৈতৈ বামোন হৌরকফম,** মণিপুর স্টেট মিউজিয়ম, ১৯৯৫

লানগাইবদগী কাছাড়দা মতম কুইনা থৈদুনা থল্লুবদগী মণিপুরদা অমুক শ্রীগোবিন্দ লেঙলকপসি প্রজা মীয়াম্না ওঙ্গোক্না নুংঙাইনৈ।(১৮)

মফম অসিদা লৈরিঙৈদা শ্রীগোবিন্দগী নীতিসেবাগী অষ্টকাল সেবা, পর্ব্বদিনগী জগোই মহাবাসনচিংবা কৎপা হরি সংকীর্ত্তন শকপা খিবিক্না লমাংদোং লমদমদা নিল্লরবদা মীয়ামনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা হরাওবা নুংঙাইজবা হায়বসি মশানা তারবনি। মীয়ামগী পূক্নিংদা তপথবা ঈংথবা ফাওরকই। লৈবাক মরা তপ্পগী খুদম্নি। অদুবু গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মতম শাংনদি বিষ্ণুপুর কোনুংদা লৈথরমদ্রে। খৃ.কু. ১৮২৭ মেরাগী ১০ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা মবুধোঁ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কোনুং ওইরম্বা লাংথবান্দা অমুক কোনুং মফম হোংদুনা লৈবাক ঙাকখি। লাংথবালদা নৌনা অমুক শ্রীগোবিন্দগী মন্দির শাদুনা মফমদুদা শ্রীগোবিন্দ লাৎখি। মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ সেবা চৎলি, মনাও ইবুংঙো নবসিংহনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র সেবা চৎলি।

খৃ.কু. ১৮৩০ গী ইঙেনগী ১৫ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা রাণী লংমাইথেম চনু তুলসি পৃয়া মহারাণী নোঙ্গাখি। চহী অসিগী লাংবন ৮ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা মাইস্নাম চনু অপানবী নহা কুমুদিনীবু মহারাণী হাপখি। থৌদোক অদুবু নীংশীংনবা পুথ্রী অমা তৌখি লাংথবান্দা, মদু অপাম্বী পুথ্রী হায়দুনা ঙসিসু লৈরি।

মমাঙঙৈদগী শীজিন্নরকপা তানয়ৈপূং অদু ঘড়ীগী পূংজাগা মান্ননা য়ৈদুনা মীয়ামদা খঙহন্নবা থৌরাং তৌখি। মদুগী থৌদাং অদু নিংথৌনা খুম্বোং দেবকিশ্বর পাঞ্জি শঙলাকপা, লৈমপোকপম তানচৌ, প্রেমানন্দদা শিন্নরমই।

খৃ.কু. ১৮৩১ ইঙা ১৪ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা চিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা মিংলেন লৌদুনা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মহারাণী কুমুদিনীনা থৌগল তৌদুনা কংলাগী মেল তোংই। খৃ.কু. ১৮৩২ হিয়াঙ্গৈ ১৩ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎ কুমুদিনী মহারাণীনা মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি পোকই।

---

(১৮) শ্রীগোবিন্দাস খৃ. ১৮১৯ দা মার্জিং মহারাজনা মণিপুরদগী কাছাড়দা চেনখিবদা লোযনদুনা পুখিবানি হায়। - R.K Jhalajit. **A Short History of Manipur,** O.K. Stores, Imphal, 1965

গম্ভীরসিংহ স্নাহাক্তক্তা মণিপুরদা কাং চিংবা হৌদোকই। খৃ.কু. ১৮৩২ দা হৈবোক চীংদগী হৈনৌ পাম্বী য়াল্লগা শ্রীজগনাথদেবগী মূর্ত্তি শারগা জীবন্যাস তৌদুনা লাৎপা হৌদোকই। শনশেনবা হায়বা জগোই লীলা, গোষ্ট অষ্টমী উৎসব কূম্মৈসু নিংথৌ অসিনা হৌদোকই। শ্রীকৃষ্ণ, বলরামগী মূর্ত্তিসু নিংথৌ অসিগী মতমদা নিরূপন তৌখি।

খৃ.কু. ১৮৩৪ দা মশাগী চহী ৪৭ শুবদা গম্ভীরসিংহ মহারাজ পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি। মহারাজ অসিগী মোংফমদা শাবা নীংশিং ফুরা অদু ঙসিসু কাঞ্চিপুরদা লৈরি।



***কাঞ্চিপুরদা লৈরিবা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মোংফমদা শাবা নীংশিং ফুরা***

---

***কর্টসি*** — আরকিওলোজি দিপার্টমেন্ট, গোভর্নমেন্ট অফ মণিপুর

## চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ (১৮৩৪-১৮৪৪, ১৮৫০-১৮৮৬) ঃ

গম্ভীবসিংহ মহারাজনা লৈখিদ্রবা তুংদা চহী ২ দা ঙাইরিবা মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা মণিপুরগী নিংথৌ ওই। মরম অসিদগী মহাকপু নীংথেমপীশক হায়না মীয়াম্না কৌনৈ। মপল ইবুংঙো নরসিংহনা সেনাপতি ওইদুনা লৈবাক ঙাকই। কোনুং মনুংদা নিংথৌ খুভম মুন্নবগী শরৌ শীন্নরকপদা নিংথৌ পোকপী মমাসিজ কুমুদিনীনা পীক্লিবা মচাবু পুরগা কোনুং থাদোক্কুনা ময়াং লৈবাক্তা চেনখি।

খৃ.কু. ১৮৫০ দা চন্দ্রকীর্ত্তিনা চহী ১৯ শুবদা অমুক মণিপুরদা হল্লক্কুনা নাউজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা হায়বা মিংথোল লৌদুনা ফম্বাল কাই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা ময়াংলৈবাক্তগী থোরক্কুনা নিংথৌ ওইরবদা মচেমসিজ চীংঙাখম ওংবীবু যুববাজ হাপই। শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রসু চীংঙাখমদা পুথদুনা সেবা চৎখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজদি যাম্না লৌশিং লৈবা লাল্লোং হৈবা নিংথৌনি। বৃটিশ সরকারনা কে সি এস আই হায়বা উপাধি পীদুনা ইকায়খুম্নখিবা মগুণ যাম্না চেনবা মণিপুরগী নিংথৌনি। নিংথৌনা মণিপুরগী সংস্কৃতিগী লমদা খূদোল যাম্না তমলমই। মহাক্না হীরম কয়াদা মণিপুরগী চাওখৎপা পুরক্রবসু হোৎনরমই। শান্ন-খোৎনবা পাম্বা মীশক্লি। শগোল কাঙজেবু, শগোল কাঙজেরোয়বু নীংখিনা য়োকখৎপিরমই।

ঈশ্বরগী সেবাদা পূক্লিং চঙবা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনি। মহাক্না মৈহুম ১গা মন ১৭ লুম্বা উতোং ১২৫ না হুমলগা হৈবা মন ৮ লুম্বা শরীক অমা হৈদুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলি। অযুক অঙনবদা শ্রীগোবিন্দগী আরতিদা শরীকতু য়েবগী মখোল লমাংদোং ফাওবা তাবা ফংই হায়না হায়নবা লৈ। হৌজিক্তি শরীকতু কায়দুনা ময়ি চৎলকপদগী অৱাংবদগী লৌথদুনা শ্রীগোবিন্দগী প্রাঙ্গনদা লৈরি।

নিংথৌনা ময়াং লৈবাক্তগী গৌরাঙ্গ প্রভু পুখোরক্তুনা মণিপুরদা লাৎপা হৌখি। মণিপুরদা দূর্গাগী মূর্ত্তি শারগা পূজা তৌবসি নিংথৌ অসিগী সনা হাতক্তুনি। মহাক্না সাহিত্যগী লমদসু খূদোল কয়া তমলমখি। অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিংনা মতমসিদা পুয়া কয়া ইরমখি। পনবা য়াবা লাইরিক খরদি — **জিলাঙবা, অরাঙবা, শঙ্গায় ফম্মাং** নচিংবা অসিনি।

মহাক্কী মতমদা কাছাড় তাবা লম্বী শেমগৎলি। বৃটিশকী মতেঙ লৌদুনা য়োৎকী থোঙ অহাইবী শাদুনা হান্না লীগী থোঙ শারম্বদু হোংদোকখি। ইম্ফাল মাও লম্বীসি নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা শেম্বনি।

## চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা খুম্হোকলকপা বামনশিং ঃ

নিংথৌসিগী সনা হাক্তক্তা খুম্হোকলকখিবা বামন শাগৈশিংদি — রাধাকুণ্ডদগী লাকপা রাধাকুণ্ড বাসিময়ুম, উত্তরপ্রদেশকী রাইবেরিলীদগী লাকপা অধিকারীময়ুম অনৌবমনি।(১৯) চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা খৃ.কু. ১৮৭৮ দা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরিবা ব্রাহ্মণ শাগৈ পুম্নমক্কী ওইবা **বামোন খুম্হোকলোন** কৌবা পুয়া ইবা হৌই।

## লমাংদোং/বিষ্ণুপুরগা লৈনবা মরী ঃ

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদি লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা কোনুং ওইরমদে অদুম ওইনমক নিংথৌ অসিগা লমাংদোংগদি য়াম্না নক্লবা মরী লৈখি। থেংথাং কয়াদা মফম অসিদা নিংথৌগী পোত্থাফম ওইদুনা লৈখিবা মফমনি। মতম কুইনা কাছাড়দা লৈরুরবা তুংদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মণিপুরদা হল্লক্তুনা ফম্বাল তোংলবা তুংদা মমাশিজ কুমুদিনীবু মী থাদুনা কৌথোকহল্লুই। খৃ. ১৮৫০ গী পোইনু ১৪ নি পানবা য়ূমশকৈশা নুমিৎতা অঙৌম্না সেনাপতি শঙলাকপা

(১৯) বাজকুমাব ঝলজিৎকী মোত মতুংইন্নদি অধিকাবীময়ুম অনৌবম হাযবসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী মতমদা খুম্হোকলকপনি হায। **মৈতৈ বামোন হৌরকফম** হাযবা ইবোচৌবা, চিত্রেশ্বব, কুলচন্দ্রনা ইবা লাইবিক্তদি ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী মতমদা খুম্হোকলকপনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী মতমদা খুম্হোকলকপা বামোন শাগৈদুদি অনৌবা অধিকাবীময়ুম কৌই হায।

কৈরুংবনচিংবা অঙম অথৌ কয়ানা মমাশিজবু লমাংদোংদগী ওক্লখি। লম্বীদা শেল চাইদুনা নোংমৈ ৫৫ রক কাপ্তুনা হরাও তয়াম্না মমাশিজবু ওকখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবারগী লেঙবদা অহিং য়ারেক্লবগী খুরোই হাওরা লমাংদোংদগী হৌনা চীংলম্বী তেমখায়দুনা উপাল ৱাপাল য়াম্বৎতুনা য়ারেকশঙ শেমগৎলি। মদুদা নিংথৌনা মনাই মশলগা লোয়ননা পোখারমই। বিষ্ণু অমসুং অদ্বৈত প্রভুদা আরতি কৎতুনা খুরুমজরগা অহীং অমা লমাংদোংদা য়ারেকলমই।

পীক্লিঙৈ মতমদা মমাশিজ ইবেম্মনা মচাইবুংঙো পুদুনা কোনুং থাদোক্তুনা চেনবা মতাঙ অদুদসু কুমুদিনী মহারাণীনা লোয়নরকপা মনাইশিং য়াওনা বিষ্ণুপুরদা অহীং লেক্তুনা পোখাখি।

শ্রীযুৎনা জিলাদরবার লেঙবা অদুদা কাছাড় য়ৌরবদা শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মল্য পামজবকখি। শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মল্য লৌরুনবা মাইবম তাম্রসিংহনা খোঙনা চীং তুরেল লান্দুনা চেল্লকখি শ্রীযুৎকীদমক। লোয়ননা তাম্রশিংনা নোংঙাল্লমদাইদা হাওরা লমাংদোং য়ৌরে। মফমদুদা লমদনদুনা পোখারে। লমাংদোংদা লৈবা লাইশ্রম থোংলেন কৌবা অমদগী শগোল ৱায়রগা ইম্ফাল য়ৌরকখি। শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মল্য পুদুনা তাম্রশিংনা হল্লকপদসু লমাংদোং য়ৌরক্লগা মপুদা শগোল শিন্নবমদুনা কাছাড় য়ৌখি।

মতৌ অসুম্না লমাংদোং/বিষ্ণুপুর অসি ইতিহাসকী মরু ওইখ্রবা তাংকক অসিদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগা মরী লৈনরকখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা চহী ৩৬ চুপ্পা লৈবাক নীংথিনা ঙাক্তুনা মহৈ য়ানবা পুন্সি মরেল অমা লেন্দুনা পাল্লম্লগা মশাগী চহী ৫৫ শুরকপা খৃ. ১৮৮৬ কী কালেনগী ১৭ নি পানবা মেগী ২০, শগোলশেল নুমিৎতা তাইবংপান থাদোকখি।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## খুরোই হাওবা লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা লৈরিবা ইতিহাস, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী ওইবা মচাক মরল অমসুং নীংশিং খুভমশিং ঃ

### বিষ্ণু মন্দির ঃ

মন্দিব অসি কোনুং অমনবা হায়না খঙনরিবা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী কোনুং ওইবম্বা মফম অসিগী ময়ায়দগী নোংচুপ পাংবদা লৈ। বিষ্ণু মন্দির অসি নিংথৌগী সনা সঙ্গাইগী মনাক্তা মমায় নোংপোক ওন্না শারম্বনি।

মন্দির অসি চহী ৫৭২ বোমগী মমাঙদা মণিপুরগী ৩৮ শুবা নিংথৌ ক্যাম্বা (১৪৩২-১৪৬৭) না শাবম্বনি। নিংথৌনা খাগী লৈবাক্কী খুৎহৈবা মিস্ত্রি কৌদুনা মন্দির অসি শাহনখিবনি। মৈদিংঙু ক্যাম্বদা পোং নিংথৌ খিখোম্বনা খুদোল তমলকখিবা বিষ্ণু চক্রদু অহানবদদি ইনা কুপ্তুনা শাবা মন্দিরদা লাৎলম্বনি। অদুগী তুংদা বিষ্ণুপুরদা লৈবা ঙাঙুরা কৌবা নিপা অমনা মাগী মবল মথুম কখোক্তুনা মদুনা ফুরা শারগা মদুদা বিষ্ণু লাৎপনি। অদুনা বিষ্ণুলাৎপা ফুরা অসি ঙাঙোৱা ফুরা হায়না খঙনরমই।

মন্দির অসিগী অৱাংবা মিটর ২.৫ নি, অশাংবনা মিটর ৬.৯, অপাকপনা মিটর ৩.৫ নি। ফুরা মনুংদা লাই থমফম অমা ফুট ১.৫ পাকনা শেমদুনা লৈ। ফুরা অসি শারিবা চেক অসি হৌজিক মতমগী চেকতগী পীকই। চাইনীজশিংনা শীজিন্নরম্বা খ্বাইবমবন্দগী থোং নম্বোনবীগী চেক, বিষ্ণুপুরদা ফংবা চেক্কা মান্নে। মণিপুবদা চেক্কা শাবা ফুরা, মন্দির অসি বিষ্ণু মন্দির

অসিনা অহানবনি। মসি শাবদা বিলামাটি শীজিন্নদে।(১) লৈবাক ওইনা শীজিন্নৈ। বিষ্ণু লাইশঙ অসিগী আরকিটেকচর দিজাইন অসি ভারতকী মফম অমত্তদা লৈতে। মসিদি মণিপুরগী কিয়োং য়ুমশা মখলগী ওংদা কাইদানি। নোংপোকলম ম্যানমাব বুদ্ধিষ্ট আরকিটেকচর স্তুপা পেগোদাগী ওংদা চঙই। ওজাদগী তম্নুরগসু লাইশঙসিবু শাবদি মৈতৈমচা খূৎহৈবা ওইগনি হায়না বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মনা মাগী লাইরিক **লমাংদোংগী বিষ্ণু লাইশঙগী য়ুমশা কৈশারোল** বি: রামন মেনুস্ক্রিপ্ত লাইব্রেরী, ইম্ফাল, ২০০০ দা ফোঙদোকলি। বিষ্ণু মন্দির অসি ভারত সরকাবগী আরকিওলোজিকেল বিভাগনা



***বিষ্ণু মন্দির***

(১) বিষ্ণু ফুবা শাবদা বিলামাটি শীজিন্নদে। ফুবা শাবদা শীজিন্নবা লৈবাক্তু হৌজিক বিষ্ণুপুব পুলিস ষ্টেসন মনাক্তা লৈবিবা বিষ্ণুপুব পুখ্রী অচৌবদগীনি। -- Seminar Paper on "The Bishnu Temple" by Th. Jadumani Singh, Headmaster, Keirap, Aimol Govt. High School, Bishnupur - 20th June 1986

ঙাকশেন্দুনা থমলে । মন্দিরগী অকোয়বদু খাজিল্লে । চৌকীদার থমদুনা য়েংশিল্লি । হৌজিক লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা লৈরিবা বিষ্ণু মন্দির অসি ইতিহাস, লাইনীং অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা নীংশিং খূদম অমনি ।

## বিষ্ণুপ্রিয়া কনানো ?

খুরোই হাওরা লমলাংতোং/লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর হায়না মিংথোনখ্রে। বিষ্ণুপুরগী মনাক্তা খুন্দাদুনা লৈবা মৈতৈ নত্তবা কাঙলুপ অমবু তুংদা মখোয়বু বিষ্ণুপ্রিয়া কৌনখি । মখোয়দুগী মরমদা **খুমন কংলৈরোন**দগী খঙবদি খৃষ্টগী চহীচা ১৩গী অদুরাইদা পানবা খুমন নিংথৌ খিংগোইহনবনা ময়াং কালিশাশিংবু লানফা ওইনা মাগী কোনুং ওইরিবা নোংয়াই লৈকোয়পৃংগী ময়াদা খুন্দাহনখি । মখোয়গী হান্নগী লৈফমদি গ্বালপাড়া জিলাগী মনুং চন্না লৈবা রঙ্গমাতি নৎত্রগা চিট্টাগোং চীংশাংদগীনি । মখোয়না খুন্দাদুনা লৈহনখিবা মফমদুবু ময়াং য়ূমফম হৌজিক্তা ময়াং ইম্ফাল হায়না খঙনরি ।

খাগেম্বা মহারাজগী হাক্তক ফাওবদা কাঙলুপ অসি লানফা ওইনা অদুম মণিপুরদা খুন্দাহন্দুনা লৈবনি ।

সঙ্গাই ফস্মাংগী মনুং চন্না লৈবা কালিশাবোনদদি – গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা ময়াং কালিশাশিংবু বিষ্ণুপ্রিয়া হায়না মিংথোনবী অমসুং উরিক লুগুন থাংহল্লি হায়না পল্লি । মখোয়গী কাঙলুপ অসিগী মীওই অয়াম্বদি মণিপুব থাদোক্তুনা চৎখ্রে । খরা লৈহৌবশিং অদুনা মণিপুরগী নাৎ সংস্কৃতি চৎনরোলদা চূশিন্দুনা লৈখ্রে । মণিপুরী ওইখ্রে । মখোয়দুগী মপা মপু খর নিংথৌখোঙ, বিষ্ণুপুর, হৈরো, খাঙবোকতা লৈ । মণিপুরগী মপান্দা লৈখ্রবা বিষ্ণুপ্রিয়া কৌখ্রবা মখোয়দুনা হৌজিক হায়রি মখোয়দি মণিপুরদা মহাভারতকী মতমদগী লৈরক্লবনি, বব্রুবাহনগী চাওদা নাউদানি । মৈতৈনা মখোয়বু মণিপুরদগী তাম্বোরকপনি হায়না লাইরিক কয়াদা ইদুনা ফোঙখ্রে । মখোয়গী মীশিং য়াম্না তারিবা বাংলাদেশতদি মখোয়না তকশিনবদগী মখোয়সি বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী হায়না সরকারনা শক খঙদুনা খুদোংচাবা কয়া লৌবা ঙমখ্রে । বাংলাদেশতা মখোয়না মণিপুরী ললিত কলা একাদেমী হায়বা সংস্থান অমা লীংখৎতুনা সরকারদগী শেম্বং ফংলি ।

মখোয় অসি ইন্দো আরয়ান কাঙলুপকী মীওইনি। মখোয়গী লোলসু ইন্দো আরয়ান লোলগী শাগেদা চল্লি। গেটকী আসামিজ সেন্সস রিপোর্টতা ইরি --

> *"There is also a degraded class callled Kalachaiya or Bishnupriya. They speak a language which is different from that of true Manipuris and is in fact closely allied to Vulgar Bengali."*

অসি হায়দুনসু বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা য়ানিংদে। মখোয়না মখোয়গী হৌরকফম, পারী পুরী কাওথোকপা পামই। অদুগী মহুত্তা কন্না তকশিল্লি — মখোয়না অশেংবা মণিপুরীনি, মণিপুরদা খুন্দা লৈতাবা হানবা মখোয়নি হায়বসিনি। ৱাফম অসি মণিপুরীশিংনা য়ানিংদে। মতাং অসিদা নীংশিংঙ্‌। যাই মণিপুবী সাহিত্য পরিষদকী খৃ. ১৯৯৪ গী চহীগী মীফমদা লৌখিবা ৱারেপ

> *"মণিপুরীশিংগা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগা তোঙান তোঙানবা কাংলুপনী, হৌফমদা, সংস্কৃতিদা, লোন্দা অসিমক্না বিষ্ণুপ্রিয়াগী মমাঙদা নত্রগা মতুংদা 'মণিপুরী' হায়বা ৱাহৈ তপশিনবা যানিংদে।"*

অচুম্বা খঙদোক্নবগী মায়কৈদা কাঙলুপ অনীমক্না চঙশিনবদি হৌখ্রে। লাইখায় তাবদি ঙমদ্রি।

## খ্বাইরাকপল ঃ

খাগেম্বা মহারাজ (১৫৯৭-১৬৫২) গী মনাওইবুংঙো চীংশোম্বা খুরাইলাকপগী লুচিং মথাদা য়েক্নবা লাম্থেংনবদা শীজিন্নবা নুমিদাং অমত্তদা শাখিবা শেমখিবা লানবননি। চীংশোম্বা খুরাইলাকপগী মিং লৌদুনা খ্বাইবাকপা পল, খ্বাইরাকপল হাযনা কৌনখিবনি। লমাংদোং কৈথেলদগী ইম্ফাল পাংনা হায়গৎলকপা টিদিম লম্বীদা কিলোমিটর ৩ লোম হায়গৎলক্নগা লম্বীগী ওইবোম হাযবদি নোংচুপথংবদা লানবন অসিগী তেক কায়রবা শকক খবা উবা ফংলি। খ্বাইরাকপলগী অয়াম্বা শরুক্তি তেমথোক্নুনা মফমদুদা মী



**খ্বাইরাকপল**

তাশিন্দুনা লৈখ্রে । নৌনা শেমগৎপা মফমদু খ্বাইরাকপল খুন্নৌ হায়না মিংথোল্লি । খ্বাইবাকপলগী নোংপোক পাংবদা লম্বীগী ৱাংমদা যাঙ্গোই তুরেল চেল্লি ।

খ্বাইরাকপল অসিনা ইতিহাসকী য়াম্না মরুওইবা থৌদোক অমগী ৱারী লিরী । থৌদোক অদুনা মণিপুরদা পাঙল লাকখিবগী, মণিপুরী সাহিত্যগী লনগৈদা অনৌবা ৱাহৈ হিগায়রা থাজিনবা, হিগায়রা ঙাঙনবা, খোঙবান চেনবা হায়বশিংসি নৌনা হাপচিল্লকখি । খাগেম্বা নিংথৌগী মনাওইবুংঙো শনোংবগী হি কায়বগী থৌদোক অদুগী তুংদগী ওইরকপনি । থৌদোক অদুদি – মৈদিংঙু খাগেম্বনা হিয়াঙ্গৈ কুমজনবা থৌরমদা হিদান্নবা কৃষ্মে অমা শীল্লমই । হি তান্নবদা নিংথৌনা নাকল অমদা মনাওইবুংঙো চীংশোম্বনা নাকল অমদা তেংমাই লেপ্পী । চীংশোম্বা খুবাইলাকপনা মশাগী হি লৈতবনা শনোংবদগী মপাবুং ইবুংঙোগী খোঙনেৎ হি ওইরম্বা কবো ঙম্বা কৌবা হিদু ৱাইদুনা শীজিন্নৈ । লাইবক থীবদগী হিদান্নবা অদুদা কাংজেং হিকদা থেংজিন্নদুনা হিদু মচেৎ খরা কায়রমই । হিদু অনৌবা অমা পীবসু যাবোই, ফোৎলগা পীবসু লৌবোই হায়না শনোংবনা নিংঙাই তৌরে । নিংথৌ

য়ৌনরে। নিংথৌনা থেম্বদসু য়াদ্রে। নিংথৌগী য়াথং ইন্দ্রবা মহাক্তুদি লৈবাক্কী য়েক্লবনি হায়রদুনা লৈবাক্তগী তাম্বোকলে।

শনোংবনা মনাই অচানবা লবঙ্গ, শোরাইসম তংখোম্বা, ওইনাম পুকচাউ, থোকচোম অমুবনচিংবা লোয়নদুনা কাছাড়দা লৈখি। মতম খরা লৈরগা শনোংবনা কাছাড় নিংথৌগী মতেঙ লৌদুনা মণিপুরদা লান্দারকখি। মতমদুগী কাছাড়গী নিংথৌদি প্রথনিফানি। মহাক্লা লাম্নী ময়াম অমা সেনাপতি য়াখারেখ অমসুং ভীম্বলগনা লুচিংদুনা শনোংবগী মতেঙ পাংহনখিবনি। অদুবু মায়থীখি। শনোংবগী মমানা মচানুপাবু নিংথৌ হাম্পীরবদি লোইপোৎ কাজগনি হায়জবদগী য়াবিদুনা অমুক হন্না মণিপুরদা লান্দারকই। কাছাড়গী নিংথৌনা য়ূমলোন্নবা লৈবাক্কী মপু নবাব মহম্মদ সানীগী মতেঙ লৌদুনা প্রসেংনা সেনাপতি ওইরগা পাসা মুসলমান সিফাই ১০০ লান্দা থৌবা লানজিং ১৬ কা লোয়ননা খৃ.কু. ১৬০৫ দা অমুক লান্দারকই। অদুদসু মায়থীরদুনা শনোংবনা ময়াম্বুংগী মফমদা চঙজখি। লাল অদুগী মতাঙদা **চৈথারোল কুম্বাবা**দা অসুম্না ইরি –

''হকরানথেম খুনজানগী কুম শক ১৫২৬ ময়াং লাক্তুনা চেকশঙ মনাক্তা থাগৈ (খোংলম) তৌরমএ। মৈদিংঙু খাগেম্বগা য়াফারেক্কা মেন্তা শরি শোন্নৈএ।''

শনোংবনা অনীরক হন্না মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারকখিবসি খৃ.কু. ১৬০৬ নি। মদুগী মতাঙদনা **চৈথারোল কুম্বাবা**দা অসুম্না ইরি – ''হৈরাংখোংজম মোনশাংগী কুম ১৫২৮ ইবুংঙো শনোংবনা চিংদুনা য়াংকাইরোমদা ময়াং লাকএ হায়দুনা চংএ। লাইযিংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ঙমলৌএ। শনোংবসু থামলৌএ।''

লাল অদুদা ফাহৌবা পাঙল লাম্নীশিংদু হৌজিক পাঙল সিফাই হায়না খঙনরিবা মফমসিদা খুন্দাদুনা লৈহনখি। মানা মানা হৈনজরকপা শিনফম লৌউ-শিংউবা, থাঙ-তা শাব্রা, কোললিক ফোৎপা, লালগী খুজু খুৎলাই নোংমৈনচিংবা শাহন্দুনা মণিপুরদগী মৈতৈনুপী অমমম পীদুনা য়ুম্বানহনখি। মাগী মাগী শিনফমগী মতুংইন্না চান্নবা য়ুম্নাক শাগৈ মমিং থোন্দুনা খুন্দা লৈতাহনখি।

খাইরাকপল শনোংবগী অনীরকশুবা লাল অসিগা মরী লৈননা থোনখিবনি নুমিদাং অমত্তদা। য়েক্লবনা খায় তুরেল লাল্লগা লাইমতোন ফৌরুংবা য়ৌরকপদা ব্রারদুনা পোখাই। লোক্তা কুমদুনা ঈশিং থক্লিঙৈদা মখোয়না পুরকপা নোংমৈ অদু উদা ঙাদুনা থনমই। পানা মনা ললোনবা চৎপা মৈতৈমচা ওক্রম ক্যাম্বা অমসুং ব্রাইরোকপম-খুভম অনীনা থেংনদুনা তোপ অনী পুদুনা চেল্লকখি। নিংথৌদা নোংমৈদু শিন্নরগা লানগী ব্রারোল পুম্নমক তম্নম্মী।

লালগী পাউ তাবদা মৈতৈ নিংথৌনা লাল্লোং শীন্দোক্লুনা চীংশোম্বা খুরাইলাকপগী লুচিং মখাদা অব্রাং ইহ্রেদগী হাওয়েন য়াঙ্গোইবুং ফাওবা (লমাংদোংদগী অব্রাং নোংচুপকী লম) লানথোং তৌরে। লানবন মথক্তা মৈরা পরেং থান্দুনা অমসুং উচান মৈবা পায়বা মীশিংনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা, তোপ অহুমদু হঙ্গৎ-হন্দা চিংদুনা য়েক্লবদা তোপ মশীং য়াম্বা, লাম্মী মশীং যাম্বা মালহন্দুনা কিহল্লে। য়েক্লবা পাসা মুসলমান লাম্মীনা চকপা থোংজাওগী চীংদোন্দা সারেল য়াঙ্গোই মপান্দা তেঙ্গোল শারে। মৈদিংঙু খাগেম্বা মশামক্লা লুচিংদুনা য়েক্লববু কোয়শিল্লগা লাম্মীশিংদু ফারে, মখোয়না পুরকপা খুজু খুৎলাইসু থোমগৎলে। লালদু খৃ.কু. ১৬০৬ কী ইঙাগী ১৭ নি পানবদা লোইশিনখি। খাইরাকপলদা লানঙম ফিরাল চীংখৎখি।

খাইরাকপলসি খাগেম্বা মহারাজগী হাক্তক্তদা নত্তনা ভদ্রসিং খাবা নোংচুপ লমগাইবগী (১৮২৪-১৮২৫) মতমদসু শীজিন্নরম্বগী প্রমাণ ফংই।

ঔব্রা লালনা মণিপুরদা চহী তরেৎ খুম্তাকপা থোক্লবদা ঔব্রা নিংথৌ বগিদাওনা ভদ্রসিং খাবাবু খৃ.কু. ১৮২৪ দা মৈতৈ নিংথৌ ওইহল্লি। মতমদুদা কাছাড়দা লাল চেন্দুনা লৈরিবা নিংথৌমচা গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ মচিন মনাওনা মণিপুর লেভী শেমগৎতুনা লান্দারকখি। নম্বোল, কামেং, অন্দ্রো অমসুং ফুনালচীংদা ঔব্রা লাম্মীনা লানবন শাদুনা লালগী শেমশাই। নরসিংহনা লুচিংবা মৈতৈ লাম্মীনা খুরাইলাকপা পনদা লানবল শেমদুনা লাম্থেংনবদা মৈতৈনা জয় ওইখি। সুরচন্দ্রনা (১৮৮৬-১৮৯০) নিংথৌ ওইরবদা মনাওইবুংঙো বোরাচাওবনা নিংথৌ ওইনিংদুনা ময়াম্বুংগী মথক্তা লালহৌই। লাল অদুদসু খুরাইলাকপা পনদা লাল শোক্লবা য়াওবি।

*''খুরাইরাকপা পলদা অমুক কাপ্নবদা টিকেন্দ্রজিৎকী লাম্মীনা খুল্লক চঙদুনা কোয়শিল্লগা পুথ্রম্বা তংকো, চোংথা মিয়া, ইংগুদুম্বা শ্যামমনিক অহুমগা লানমী ১০ ফাদুনা কোনুংদা পুরকই। বোরাচাউবা অমদি মনাওশিং মাগা লোয়ননা পুম্নমক মৈতৈ লৈবাক থাদোক্তুনা কাছাড় তান্না চেনখি''* – ***মৈতৈ নিংথৌরোন,*** *লা: ১১০*

অসিগুম্বা ইতিহাসকী রারী কয়াসি লমাংদোং লমদমদা লৈরিবা তেক কাযববা খ্বাইরাকপল অসিনা মীয়ামদা খঙহল্লি।

## ভাগ্যচন্দ্রগী কোনুং অমনবা ঃ

ভাগ্যচন্দ্রনা কোনুং ওইরম্বা মফম অদু হৌজিক সি আই কোলেজ লৈখিবা অসিগী নোংচুপ পাংবদনি। মফম অসি শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী মন্দির ওইবম্বা মফমসুনি। হৌজিকসু কোনুং ওইরমই হায়বগী নীংশিং খুদম কয়া লৈরি।



***কোনুং লাইরেম্বীগী খুভম***

কোলেজগী মখাথংবা শরুক্তা লাইওইরবা চাউরবা খোঙনাং পাম্বী অমা হৌবিবসিসু ভাগ্যচন্দ্র কোনুংগী নীংশিং খুদম অমনি। খোঙনাং অদুগী

মরাদগী খোঙনাং অনী অমসু নক্লা হৌরি। খোঙনাং পাম্বী মখোঙদা কোনুং লাইরেম্বীগী খুভম য়াদুনা লৈরি।

## মতা হৈ ঃ

মসি লাইগী সেবাগীদমক ভাগ্যচন্দ্রগী মহারাণীনা(২) থারম্বা হৈনৌ পাম্বীনি। মহারাণীনা হৈপালদুগা ইতা শান্নে হায়দুনা মতা হৈ কৌবনি। মতা হৈদু খৃ.কু. ১৯৯৯ ফাওবা মশা মরেংনা হাই হুম্রদুনা লাওজরম্বনি 'ঐবু শেন্নবীয়ু' হায়দুনা। অদুবু মতমগী নোংলৈ নুংশিংনা হুমদুনা থুদেকপিখ্রে। অদুবু মখোক মরু অদু ঙসিসু সি আই কোলেজগী কেম্পস মনুংদা অৱাংথংবা মায়কৈদা লৈরি।



*মতা হৈগী মখোক/মরু*

(২) ভাগ্যচন্দ্রগী মহারাণী কনানো ?

খৃ. ১৭৫৯ শজিবু ৭ নি পানবা শগোলশেল নুমিৎতা কার্ত্তানা মৈতৈ নিংথৌ ওই ; অথাম চনু ভানুমতীবু মহারাণী হাপই।

মযাম্বুং গৌবশ্যামনা নোঙ্গাথ্রবদা খৃ. ১৭৬৩ থৱান ২৯ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা ভাগ্যচন্দ্রনা অমুক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। অথাম চনু ভানুমতীবু মহারাণী হাপখি।

**মৈতৈ নিংথৌরোল**

**রাসমণ্ডল ঃ**

শ্রীগোবিন্দদা জগোই রাস কৎখিবা মফমনি, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমগীনি। রাসমণ্ডলগী মফম অসি ঙসিদি বিষ্ণুপুর রিলিজনস, কষ্টম এন্দ বিষ্ণুপুর টেম্পল প্রিজার্ভেসন কমিটিনা শেমজিন শাজিন্দুনা ঙাক শেন্দুনা থম্রি চীংখোং অদুদা। মফম অসিগী প্রজাশিংনা অসুম্না ফোঙদোকই – *"লৈবাক্কী লমদম অসিগী অরুবা থবক থৌরম অমগী খন্ন-নৈনবদা মফম অসিদা পাঙথোক্লবদি খৎন চৈনবা থোক্তে পুম্নমক শান্তি ওইনা থবক চখবা য়াই"।*

লমাংদোংদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবনি। রাসমণ্ডল অসিদা ইহান হান্না শ্রীগোবিন্দদা জগোই রাস কৎপনি হায়না লমাংদোং/বিষ্ণুপুরগী মীওই কয়ানা মোত পী। শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌই হায়বগী প্রমাণদি হৌজিক লৈরিবা শাপম পুথি, গোবিন্দ লিকলম, থাংমৈ ফুমফম অসিনি হায়রি।

গোবিন্দ নিরূপন তৌবসি কদাযদনো হায়বসিগী মতাঙদা থিজিনবদা **চৈথারোল কুম্বাবা**দা অসুম্না হায় –

*"হৈস্লাম খুঙমগী কুমদি শক ১৬৯৮ (খৃ: ১৭৭৬) হিয়াঙ্গৈ থা শগোলসেলনা হলএ। ১২ নি ঈরাই নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক মতুং পুং ১ চঙলকপা নিংথৌকাবগী ক্ষেন মেহেন্দ্রিগী ক্ষেনদা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌএ।"*

মতম অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লমাংদোংদা লৈরিঙৈ মতমনি। কাইনদগী থৈবোংদু ঈরিল তুরেলদা পুরক্লগা লিলোং য়ৌরবদা লৈশাং হিদেন মরীল তম্না চীংদুনা পুখৎলে। লাংথবাল য়ৌরবদা মীয়ামনা হৈজিং হৈরাং লৈশু কৎলে। মফমদু ঙসিসু হৈজীংগাং কৈথেল হায়না মিং থোন্দুনা কৈথেল অমা শেমগৎতুনা লৈরি। মফমদুদগী লাংথবাল চীংথক্তা থৈবোং পাম্বীদু চীংখৎতুনা কংহন্নবা থমলে। থৈবোং কংবগী পাউ নিংথৌদা তমলে। নিংথৌনা খূৎহৈবা শাপম লোখোনবু কৌদুনা পাদম থাদুনা লাইগী মূর্ত্তি শাবা য়াগদবা মকক ককলো হায়দুনা ককই হায়রি। উ মককশিংদু গোবিন্দ লীকলমদা ঈশিং লম্বীদা পুবক্লগা নিংথৌগী মীৎয়েং মখাদা লাই শাবদু ওইথোকই। শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবসি চহী ৩ লোম চঙই। খৃ.কু. ১৭৭৬ তগী হৌরগা খৃ.কু. ১৭৭৯ দা অভিষেক তৌবনি।

শাপম লোখোননা লৈরম্বা মফমসি বিষ্ণুপুরগী চীংনিং লৈকায়গী অৱাংদা শাপম কাঙবুগী মী কাঙলুপ অমা তারিবা অসিদা ওইরম্বা য়াই। ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওদগী মণিপুরদা লাল্লোং য়েংবা লাকপদা শাপমগী ইমুংদা লেক্রম্মী হায়।

লাই শাবগী হাংমৈ খুদোংনা য়াল্লবা মকু থাংমৈ অদু খোঙনা খূৎনা শোক্কনি হায়দুনা কোম তৌরগা ফুমজিল্লি, অকোয়বদা হৈরাংগোই পাম্বী থাজিন্দুনা থমই। মফমদুবু থাংমৈ ফুমফম হায়না খঙনরি। অসিগুম্বা খূদম কয়া অসিনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবসি লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা হান্না হৌরগা কাঞ্চিপুরদা অরোয়বা শরুক অদু শাবনি হাযবগী ওইথোকপসু লৈ।

শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবা লোইরগা অভিষেক তৌবদি লাংথবাল কাঞ্চিপুরদনি। মতম অসিদি কার্ত্তা মহারাজনা লমাংদোংদগী লাংথবালদা কোনুং হোংদুনা লৈবে।

*শকাব্দ ১৭০১ / খৃ: ১৭৭৯ শুবদা মন্দির শাবা লোইদুনা হিযাঙ্গৈ থা ৮ নি পানবা ঈরাই নুমিৎকী পুং ১ তাবা মতমদা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা মন্দির মাগুব কৎতুনা কার্ত্তা মহারাজনা কাঞ্চিপুর শঙ্গাইদা হোংগৎতুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌদুনা লৈরে। হিয়াঙ্গৈ পুর্নিমা নুমিৎতা শ্রীগোবিন্দদা মহারাস কৎলে হায়বি।*

-- ***মৈতৈ নিংথৌরোল***

অসিনা তাকপদি হৌজিক লমাংদোংদা লৈরিবা বাসমণ্ডল অসি শ্রীগোবিন্দদা অহানবা মহারাস কৎপা অদুদা শেমগৎপা নত্তে হায়বসিনি। অদুম ওইনমক কার্ত্তা মহারাজনা খৃ.কু. ১৭৯৭ ফাইরেনগী ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা মচাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রদা খুভম শীন্নরমদুনা তীর্থ লেঙখি। তীর্থ চৎপগী খোঙচৎ অদুদা মহারাজনা লমাংদোংদা থা ৩ লৈরমই। মতমদুদা শ্রীঅদ্বৈত প্রভু নিরূপন তৌরগা অভিষেক তৌদুনা মচাইবেম্মা জাতিস্বরী রত্ন মঞ্জুরীবু মকোক চীংহন্দুনা প্রভুগী মাঙদা জগোই রাস কৎলমই। হৌজিক লৈরিবা রাসমণ্ডল অসি ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা জগোই বাস কৎপদুগী নীংশিংনবা শেমখিবা ওইগনি।



*রাসমণ্ডল*

রাসমণ্ডল অসিদা গম্ভীরসিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) মহারাজগী হাক্তক্তসু জগোই রাস কৎপগী ওইথোকপা লৈ। মসিগী মবমদি ঔৱা লানগায়বদা শ্রীগোবিন্দবু পুদুনা চৌবজিৎ মহারাজনা (১৮০৩-১৮১৩) কাছাড়দা লেঙখি। চহী তরেৎ খুত্তকপা মতুংদা গম্ভীরসিংহনা লমাংদোংদা কোনুং ওইদুনা পাল্লবদা শ্রীগোবিন্দবু কাছাড়দগী লেঙথোক্তুনা মফমদুদা সেবা চৎলি। হৌনবী মতুংইন্না শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা, সংকীর্ত্তন, জগোই রাস কৎপা ওইথোকই।

## সোরারেন সাবল ঃ

থায়না মমাংঙৈদগী হৌনা লমাংদোং : বিষ্ণুপুরগী খুঞ্জাশিংনা অরুবা লাইফমনি হায়দুনা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা খুরুম্নরিবা মফম অমনি সোরারেন সাবল। ওল্ড কাছাব বোদকী ওইথংবা নাকলদা ভাগ্যচন্দ্র কোনুংগীনা মখাথংবদা বিষ্ণুপুব অৱাং চীংনীং জুনিয়ব হাইস্কুলগী মনাক্তা মী তাদ্রবা লম্পাক অমা ওইনা লৈবি।

## শাপম পুখ্রী ঃ

পুখ্রী অসি বিষ্ণুপুব চীংনিং লৈকায়দা লৈ। পুখ্রী অসিগী মপান্দা য়াম্না লিরবা চাউবা হেন্দ্রবা তোমাল পাম্বী অমা হৌরি। অকোয়বগী লমদু লৌ উশিন্দুনা পুখ্রীদু য়াম্না পীকশিল্লে। ঈশিংদি যাম্না লূই।

পুখ্রী অসিগী নোংপোক্তা চীংনিং লৈকায়, নোংচুপতা চিনিকোল (চীংনিংখুল : চু য়াম্না থাবা মফম) ; মখাথংবদা থোংজাওরোক তুবেল, অৱাংদনা তোংজৈ মবীল লৈ। শাপম পুখ্রীগী অৱাংদা বিষ্ণুপুর অৱাং লৈকায়দা শাপম কাঙবুগী শাগৈ তাবি।



*সাপম পুখ্রী*

*''শাপম পৃথ্রীগী ঈশিংদি চহী চূপ্পা কংবা নাইদে। লমাংদোং বিষ্ণুপুরগী মফম অতৈদা ঈশিং কংথ্রবসু পৃথ্রী অসিগী ঈশিংদি কংদনা লৈ। পৃথ্রী অসিগী মনুংদা উকু অমা লৈ। মদু নুংগুম্না কল্লে। মফমসি ইবুধৌ পাখংবগী শেংলবা মফমনি। ঈশিং অসিদা ঈরুজবদা তিনকোক লাইকোকই হায়না থাজনৈ.। মোইরাং লাই হরাওবদা শাপম পৃথ্রীগী ঈশিং অমসুং লম অহিংবা য়াওদবা য়াদে।'' (৩)*

লম অহিংবা হায়বসি লুৱাং নিংথৌ পুনসিবগী কোনুং ওইরম্বা মফমদুনি। হৌজিকসু মফমসি লমাংদোংদা লৈ। ইতিহাসকা শাগোন্নরবা সাপম পৃথ্রী, লম অহিংবনচিংবা মফমশিং অসি আরকিওলোজিকেল বিভাগনা ঙাক শেন্দুনা থম্বীবগী তঙাইফদবা ওইরে।

**থাংমৈ ফুমফম ঃ**

শ্রীগোবিন্দ অমসুং অতৈ লাইশিং শাথিবগী হাংমৈনা হিদোকপগী উকুদু খোঙনা খূৎনা শোক্কনি তৌহৈদে হায়বগী কোম তৌদুনা ফুমজিনখিবা মফমনি। ভাগ্যচন্দ্র কোনুংগী নোংপোক পাংবদা হৈরাংগোই পাম্বীনা কোয়শিন্দুনা কোম অদু



***থাংমৈ ফুমফমদা হৌরিবা হৈরাংগোয় পাম্বী ☞***

(৩) লাইবিক অসি ইবগী মতাঙদা অইবীনা বিষ্ণুপুবগী মফম কযাদা চৎতুনা থিজিনজৈ। অখণ্ড অতৈশিংদা হংজৈ। তাং ১৫/১/২০০৪ দা শ্রী থিয়াম যদুমনি সিংহ, বিটার্যদ হেদ মাষ্টব কৈবাপ আইমোল গোভর্নমেন্ট হাইস্কুল, বিষ্ণুপুবগা লোযননা শাপম পৃথ্রী যেংবা চৎপদা ওজানা উহনবিরকখিবা থাংমৈ ফুমফমদা হৌবিবা হৈরাংগোয পাম্বী অদুগী ফোটো হাপচবি।

থম্বনি। হৌজিকসু মফমদুদা হৈরাংগোই পাম্বী অমদি হৌরি। মতমগী অহোংবা লাকপদা লমগী বাউন্দরীসু তৎতনা হোংই। মতম অমদা মী তারমদবা মফমদু মীশিং য়ামখৎলকপদগী থাংমৈ ফূমফমদু লম খোপচিন্দুনা উপাল য়াম্বোক্তুনা ইংখোল ওম্বোকখ্রে। ইতিহাসকী মচাক মরল ওইরিবা হৈরাংগোই পাম্বী অমসুং মদুগী মনাক নকপা থাংমৈ ফুমফমদু ঙাক শেন্দুনা থম্বগী তঙাইফদবা লৈ। নৎত্রবদি হুমজিল্লক্লিবা মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা মাংহন তাকহনখ্রগনি হায়বগী অকিবা পোকই।

## গোবিন্দ লীকলম ঃ

মসি খ্বাইরাকপলগী অৱাং নোংপোক পাংবা তুখুন পরীংদা লৈরম্বা ঈশিং লম্বীনি। ঈশিং লম্বীসিদা হিদা কাইনদগী থৈবোং – লাংথবানদা



*গোবিন্দ লীকলম*

কংহল্লবা পাম্বীগী মককশিং হাপ্তুনা লাই শাননবগীদমক কার্ত্তা নিংথৌনা লৈবা লমাংদোং/বিষ্ণুপুর কোনুং তান্না পুরকখি। হৌজিক্তি ঈশিং লম্বীদু ফুনজিনখ্রে। অদুম ওইনমক লমদমদুগী অকোয়বদা খুন্দাবিবা অহল ওইরবা খুঞ্জাশিংনদি মফম অসিবু য়াম্না নুংশিনা লুনা নিংনরি।

## শ্রীআদ্বৈত প্রভু ঃ

লমাংদোং/বিষ্ণুপুব কৈথেলগী মনাক্তা, ময়োলমক্তদা লৈরিবা শ্রী আদ্বৈত প্রভুগী মন্দির মাণ্ডব অখারা অসি ধর্ম্মগী অমসুং মণিপুর ইতিহাসকী নীংশিং খূদম অমনি। মসি চহী ২০০ হেল্লবনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা নিরূপন তৌরম্বনি তীর্থ লেঙবা হৌরকপদা লমাংদোংদা মতম খর লৈরিঙৈদা। **মণিপুর অমসুং শ্রীগোবিন্দ নির্পন** হায়বা লাইরিক্তা (লা:৮৩-৮৪) অসুম্না ই –



**লমাংদোংদা লৈরিবা শ্রীআদ্বৈত প্রভুগী মূর্ত্তি**

*''শকাব্দ ১৭২১ খৃ: ১৭৯৯ দা নিংথৌনা লাংথবাল কাঞ্চিপুর রাসমণ্ডলদগী থৈবোং মরু মকোক খুৎলাই চংদ্রদুনা শুন্দোক্তুনা থমখিবদু মনাইবু লৌহল্লরগা ফাইরেন ৬ নি পানবা অয়ুক পুং ৭ তাবা মতমদা ''ক্লীং শুম হোরং হবি ওহো চি'' নাম অসিনা ব্রহ্মবীজ ওইদুনা থৈবোং মরুদুনা মুর্ত্তি শারগা জীবন্যাস তৌদুনা সেবা ফংলে। মিংলেন্দি শ্রীআদ্বৈত প্রভু হাযনা মিংহুনখি। আদ্বৈত প্রভুগীদমক লাইশঙ, মাণ্ডব, লৌচা ইংখোলনচিংবা কৎতুনা ব্রাহ্মনবু সেবা তৌহন্দুনা থা ৩ সেবা চৎতুনা লৈরমই।''*

শ্রীআদ্বৈত প্রভুনা অহানবা লেঙশিনবা মফম অমসুং রাসলীলা কৎখিবা মফমদি হৌজিক লৈরিবা মফম অসিদা নত্তে। ভাগ্যচন্দ্রনা কোনুং ওইরম্বা চীং অদুগী চীংখোঙদা হৌজিক লৈবিবা রাস মণ্ডল অসিদনি রাস লীলা কৎখিবদি।

**চৈথারোল কুম্বাবা**দা শ্রীআদ্বৈত প্রভু জীবন্যাস তৌবসি অসুম্না হায় (লা: ১৬২) –

*"শক ১৭১৪ (খৃ: ১৭৯২) অকোইজম খোংজোম কুম লমদা ৭ নি নিংথৌকাবা নুমিৎতা শ্রীআদ্বৈত্য প্রভু জীবন্যাস তৌই।"(৪)*

লাইরিক অনী অসিদা পীরিবা শোক তারিখ অসি থেন্নরি। চীংথংখোম্বা মহারাজনা তীর্থ লেংবদা শ্রীআদ্বৈত প্রভু নিরূপন তৌবা ওইরগদি শক ১৭১৯ (খৃ.কু. ১৭৯৭) দা ওইফম থোকই। তীর্থ লেঙবগী মতাঙ অসি **চৈথারোল কুম্বাবা**দা অসুম্না ইরি –

*নান্দেবা লক্ষনগী কুম শক ১৭১৯। ... ২৫ নি শগোলসেন্দা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ ... । ২০ নি নিংথৌকাবদা মহারাজ, মহারানীনচিংবা যোইবু য়োইহৈ অযাম্বসু গঙ্গা চংবা চৎলে।"*

কার্ত্তা মহারাজনা মচাইবেম্মা জাতিস্বরী রত্ন মঞ্জুরীবু মকোক চিংহন্দুনা প্রভুগী মাঙদা জগোই রাস কৎলি। গুরু প্রেমানন্দগী মচাইবুংঙো শ্রীধম্মেশ্বর শর্ম্মদা মচাইবেম্মা জাতিস্বরী থাজদুনা ময়ানুপাদা শ্রীআদ্বৈত প্রভুগী সেবা শিন্নরম্নগা রাজর্ষিনা নবদ্বীপধাম লোমদা তীর্থ কোয়বা মখা চথখি হায়রি। **(মণিপুর অমসুং শ্রীগোবিন্দ নির্পন)** *রাজকুমার সনাহল সিংহ বি কম।*

## লৌকোইপাৎ ঃ

লমাংদোং/বিষ্ণুপুরগী ময়োল মক্তা লৈরিবা মহৌশা লাইবেম্বীগী শান্নবুং ওইরিবা নীংথিজখ্রবা পাৎ অসিনা লমকোইবা লাকপা মীওইশিংগী পূক্নিং শুমহৎলি। পাৎ অসিবু অশংবা উপাল-ৱাপালনা কোয়শিন্দুনা লৈরি, লেমলৈ ঙানা ঈপাক্তা ঈরোইদুনা শান্নজরি। পাৎ অসিবু যেংবা লাকপা

(৪) লাইবিক অনীসিদা পীবিবা শোক তাবিখতা থেন্নবা লৈবি। মসিদা খবগা কৃপ্না থিজিনবা অমা চঙলি।



*লৌকোইপাংকী শক্তম অমা*

লমকোয়বকপা মীশিংনা পাংতা হি তোংদুনা শান্নবা, য়েংবগী খুদোংচাবসু লৈরে। পাং অদুগী মনাক্তা তোংতক তৌনা লৈরিবা চীংথক অদুদা ইন্সপেক্সন বঙ্গলো অমসু নীংথিনা শাদুনা লৈরে। মফমদুদগী য়েংথরকপদা লমাংদোং/ বিষ্ণুপুর টাউনগী শক্তম উবা ফংই। মফম অসি টুরিষ্ট সেন্টর অমা ওইরে।

মমাঙৈঙে নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা দূর্গা পূজাগী দেবী ঈশিংদা থাদবা মতমদা পাং অসিদা হি খাবক লাক্তুনা নৌকা খেলা (৫) শান্নে। প্রজা মীয়াম্না হবাও কৃম্মেদু য়েংদুনা নুংঙাইনৈ, অন্না অনা কাউথোকনৈ হায়না মফমদুগী অহল ওইববা মীওই কয়ানা ফোঙদোরকই।

দূর্গা পূজা তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা মণিপুরদা মৈতৈশিংনা পাঙ্খোইবীবু মালেম লৈমগী শক্তমদা ঈরাং থৌনি তৌনরকই। পাঙ্খোইবীগী মিঙ্খেরোলদা অসুম্না শোন্নরি –

---

(৫) নৌকা খেলা হযবসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী সনা হাক্তক্তা হৌদোকপনি। দূর্গাগী মূর্ত্তি শাদুনা লাৎপা হৌই। পূজা লোইবগা মথংগী নুমিৎতা নুমিদাংদা থাঙ্গপাংকী ঈশিংদা হি খাবক লাক্লগা মদুদা দূর্গা লেংশিল্লি। লাইমাঙদা বম্মুলা, মৈকাপ্পী, নোংমৈ থাদুনা হবাও কৃম্মে পাঙথোক্লগা মূর্ত্তিদু ঈশিংদা থাদবসিনি নৌকা খেলা হাযবসি। নুমিৎ অসিদা মীযাম্না যৌবাংনা যেংগাদবগী ঙাইনবসি অহিংদা চেবোন থাগৎপগী কৃম্মে অসিসু অমনি।

''হুইয়েন লানগী মবেম্মা, লনগী মপু লন্নেমা, লনয়াম লনকুবী, ব্রায়েল শাগী শরৈমা, শাগী শায়াম শাকুবী কমেং নিংথৌ কনবী, থাঙলেন হায়কুপ চেনবী, সনা চৈপুল শুবী, তিমেল তানোই থৌশাবী, পাম্বা কৈরেল তোংবী, ব্রাঙম কৈরেল ফাবী''

পান্থোইবীদি শাগী শারম খঙবী, লানগী পোমিৎ উবী, শক্তিগী মবেম্মনি হায়না মৈতৈনা লাৎচবনি। হিন্দুগী দূর্গাসু চণ্ডী, পার্ব্বতী, ভবানী অসিনচিংবা মিংথৈ শোন্দুনা পূজা কৎনৈ। শা লালগী মবেম্মা, হিংচাববু হাৎপা ঙম্বা, ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরগী শক্তিনা পূন্দুনা থোরকপা মঙালগী মশক লৌদুনা নুপীগী শক্তম ওইখিবনি হায়বা ব্রারী লৈ।

দূর্গাপূজা লোইবা লাই থাদবা নুমিৎসি মেরাগী ১৩ নি পানবনি। নুমিৎ অসিদা মৈতৈগী নাৎকী ওইবা ক্লাক যাত্রাগী কুম্মৈ পাঙথোকই। নুমিৎ অসিদা লৈবাক্কী অফবা খূদম, শা লালগীদমক যাত্রা তৌবগী অফবা পূংফম খঙনবা ক্লাক তানবগী থৌরম, সেনাপতি বরিবগী থৌরম পাংথোকই। পানা মরীগী অঙম অথৌনা তা থৌশাই। লাইফম পানানা হান্না লুচিংলগা খাবম পানা, অহল্লুপ পানা, নাহারুপ পানানা মথং মথং পাংথোকপা চৎনরকই।

ক্লাক যাত্রাদদি মখল মখাগী থায়নদগী চৎনরকপা থৌরম কয়ামরুম নিংথৌগী মীৎয়েংগী মখাদা পাঙথোকই। মসিদা অঙম অথৌশিংনা মথোয়গী মশা মশাগী ফমথোনগী মতুংইন্না ফংবা ফিজোল শেৎলদুনা, দোলাই তোংদুনা ক্লাক তানবা য়াওরে। মসিগীদমক শেল য়াম্না তিংনা শেম শাদুনা হোৎনৈ। অঙম অথৌশিংনা মাগী মাগী ফমথোনগী মতুংইন্না ফিদাদা ফমই। ক্লাক যাত্রাসি হান্নগী চৎনবীগা, হিন্দুগী কলচরগা অনী পুন্সিনবগী থৌরম অমসু ওইরে। নুমিৎসিদা রাবন কাপ্পা হায়বা থৌরম অমসু য়াওই।

ক্লাক যাত্রা হায়বদি ক্লাকনা চৎখিবা যাত্রা তৌখিবা হায়বনি। অখন্নবা মফম অমদা ক্লাক্কী মচিঞ্জাক অথুম অহাও খরা ক্লাকনা চানবা চাইথোক্তুনা থমই। ক্লাকশিংনা পাইরক্লগা অথুম অহাও খুন্দুনা চারিঙৈদা নোংমৈ অমা

কাপ্তুনা মখোল থোকহল্লগা ক্লাকশিংদু তানখায় । ক্লাকনা পাইথোকখিবা মায়কৈ অদু য়েংলগা অখণ্ড অহৈশিংনা লৈবাক্কী নিংথৌগী লাক্কদৌরিবা চহী অদুগী অফ-ফত্ত থোক্কদবদু হায়বা ঙমই ।

রাবন কাপ্পগী থৌরমদুদি লমদমসিদা শাবা চফু তরানা রাবনগী মকোক তরা অদুগী মহুৎ শিল্লি । অখন্নবা মফম অমদা রাবনগী অশাবা মূর্ত্তি অদু থম্লগা পুলিসকী মখূৎ চুম্বা মীশক অমনা নোংমৈনা কাপই । নোংমৈনা পানবা মফমদু অখণ্ড অহৈশিংনা য়েংলগা নিংথৌগী তুংদা থোরক্কদবা থৌদোক্তু হায় । অফ ফত্তগী খুদম পী – হন্না হন্না অহুমলক কাপ্পদসু মূর্ত্তিদা পান্দবা য়াওই মসিবু নিংথৌনা অমদি প্রজানা য়াম্না লুনা লৌই । থৌরমগী শরুক অমা ওইনা মণিপুবগী ওইবা মশান্নশিং মূক্লা, থাঙ, তা থৌশাবনচিংবা অঙম অথৌ ফম্নাইবা যেংলিবা মীয়াম প্রজাগী মাঙদা উৎলি । নুমিৎ অসিদা সেনাপতি বরিবগী থৌবমসু পাঙথোকই । নিংথেম পূথ্রী মনাক্তগী শ্রী রামজি প্রভুনা শ্রীগোবিন্দগীদা লেঙলক্তুনা রাবন কাপ্পগী অমসুং সেনাপতি বরিবগী থৌরম পাঙথোকই । নুমিৎ অসিবু মণিপুবীশিংনা য়াম্না অফবা নুমিৎনি হায়না লৌনদুনা পাঞ্জিদা য়েংদ্রবসু নাহুৎপা, য়ূম যাত্রা হুনবনচিংবা অদুম পাংথোকনৈ ।

T.C. Hodson না মাগী লাইরিক **The Meitheis** দা ইরি – ক্লাক তানবগী নুমিৎসিদা নিংথৌদা লোইপোৎ হাবা কাঙবুনা খুদোলপোৎশিং পুদুনা নিংথৌদা কৎলৈ । মখোযনা পুরকপা খুদোলপোৎশিংদি ফিরোল, উচেক মত্তু, মমলাদি যামদবা লৈতেংগী পোৎলম য়াওই । নিংথৌনা মদুবু হৌখিবা চহীদা শীংখাবা যাবা থবক পাঙথোকপা মীশিংদা অমুক য়েঙ্গোকই হায় ।

মমাঙৈঙে নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা পাঙথোক্লম্বা থৌরম কয়াদি হৌজিক ককথরে । অদুবু ক্লাক তানবগী থৌরমদি মমিংতা ওইনা পাঙথোকলি । লমাংদোং বিষ্ণুপুরদা লৈবা লৌকোইপাৎকী মরমদা খিজিনবদা দুর্গাপুজা, ক্লাকতানবনচিংবা মণিপুরগী থায়নদগী চৎনরকপা থৌরম কযাসি চোংথোরকই ।

## শ্রীশ্রীগোপীনাথকী মূর্ত্তি ঃ

লমাংদোং/বিষ্ণুপুর জিলাগী মনুংদা লৈবা নিংথৌখোঙদা শ্রীশ্রীগোপীনাথনা ঙাম্বোইরি। চহী ২২৫-২৬ কী মমাঙদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা নিরূপন তৌরম্বা মূর্ত্তিনি। খৃ.কু. ১৭৮১ মেরাগী হুমনি পানবদা কার্ত্তা মহারাজগী মচা ইবুংঙো কৃতিধ্বজদা শিন্নদুনা সেবা ফংহনখিবনি। মচাইবুংঙো অসি খৃ.কু. ১৭৬৮ দা পোকপনি। মমাইবেম্মনা য়াঙম্বম চনু কেশরীনি। মচাইবুংঙো অসি ফংবগী রারীদি – কার্ত্তা মহারাজনা তেখাও লৈবাক্তগী খুল লানবা হাওবা শাদুনা লমাংদোংদা লাকপদা লুখ্রাবী অহল অমনা য়োকচবী কেশরীগী য়ুমদা থুংদুনা নুমিৎ ৫ নি লৈখি। কেশরীনা মহারাজবু নীংথিনা সেবা তৌবদা পেল্লদুনা মাগী অশেঙবা মশক তাকখি অমসুং মহাকপু লৌদুনা মচাইবুংঙো অসি ফংজবনি। মচাইবুংঙো অসিনা চহী ১৩ তা ঙাইরিঙৈদা মঙোন্দা কালারাজ/পুব্বাজ উপাধি পীদুনা নিংথৌখোঙগী নিংথৌ ওইহনখি। **চৈথারোল কুম্বাবা**দদি মচাইবুংঙোসিবু ইবুংসি যুবরাজ হায়না পল্লি। শ্রীগোপীনাথ অসি মমা ইবেম্মনা হায়জবদগী নিংথৌনা সেবা ফংহনখিবনি। গোপীনাথকী সেবাগীদমক লৌ পরি ১০, লৌ পরি অমা চাউবা ইংখোল মচাইবুংঙোদা পীরমই।



*নিংথৌখোঙদা লৈরিবা শ্রীগোপীনাথকী মূর্ত্তি*

হৌজিক নিংথৌখোঙদা শ্রীগোপীনাথনা লেঙশিন্দুনা লৈরিবা মফম অসিদা হান্নদগী লৈরকপা নত্তে। ক্কাসিফাইদা লৈরিবা কোনুং লৈকায় হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা লৈরম্বনি। কালারাজনা কোনুং ওইরম্বা মফম অসিদা মন্দির শাদুনা গোপীনাথ ইবুংঙো লাৎলম্বনি। কোনুংগী নীংশিং খূদম ওইনা পুখ্রী অচৌবা অমা লৈরি। পুখ্রী অসি লৌ শঙম অহুমলোম চাওই, নোংপোক নোংচুপনা ময়ুং ওই। কালারাজনা ইরুজবা চাইথবদা শীজিন্নরম্বা চাউরবা নুংপাক অদু পুখ্রী মনুংদা তাশিনখ্রে হায়।(৬) পুখ্রী অসিগী অৱাংদা



***কালারাজগী কোনুংগী ওইরম্বা পুখ্রী***

গোপীনাথ মন্দির, মথাথংবদা নিংথৌগী রাজদরবার তৌফম, নোংচুপতা নিংথৌগী সনা সঙ্গাই লৈরম্বনি। কোনুংগী অকোয়বদা থাঙ্গপাৎসু লৈরম্বনি অদুবু হৌজিক্তি মদু ফুনজিনখ্রে। মফমদুদা লৌ উশিন্নখ্রে। অকোয়বগী লম্মিং তুম্মিংকী ফিভমদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে।

(৬) ক্কাসিফাইদা লৈবিবা কোনুং লৈকাযদা শ্রীগোপীনাথনা হান্না লেঙশিল্লম্বা মফমগী মতাঙদা থিজিনজকৰদা উনজ্রবকপা অহল ইবুংঙো শ্রীওইনাম মৈনো সিংহ (চহী ৯৮) না তাং ২১/১১/২০০৩ ইং গা অমসুং শ্রী নাবেংবম চাওবা সিংহনা (চহী ৮১) গা উন্নজকৰদা (তাং ৬/৬/২০০৪ ইং দা) পাউদমবীবকখিবদগীনি।



*গোপীনাথ লোৎতুনা থম্রম্বা খোঙনাং পাম্বী*

**কালাৱাজনা কোনুং ওইরম্বা মফমগী চিত্র অমা**

লাইশং/মন্দির | বাজদরবারগী শঙলেন




লাই পান্নবগী ইংখোল | নিংথৌগী সঙ্গাই মফম

কোনুং লৈকাইগী অহল ওইরবা খুঞ্জাশিংনা তাকপীবগী মতুংইন্নদি হৌজিক লৈরিবা পৃথ্রী অসিগী নোংপোক পাংবদা গুদ্রাপাৎ তাবা লম্বীগী ৱাংমদা হৌরিবা চাওবা হেন্দ্রবা খোঙনাং পাম্বী (ককথৎলুবদগী নৌনা হৌরকপা ওইরম্বসু য়াই) অসিসু ইতিহাসকী থেংখাং অমদা গোপীনাথকা মবী লৈনরম্বা উপালনি। মখোয়না হাযবদি খোঙনাং পাম্বী অসিগী মখোঙদা অৱা

*খুবোই হাওবা লমলাংতোং*

লাঞ্জেনবদা শ্রীগোপীনাথ লোয়ননা রাসেশ্বরী মূর্ত্তি অসি কোম তৌদুনা লোৎলম্বনি। লাল হুজিল্লক্লবদা মূর্ত্তিদু লৌথোক্লুনা নৌনা সেবা চৎপনি। মদুদা রাসেশ্বরীগী মূর্ত্তিদি ফংখিদে। শ্রীমতি রাসেশ্বরী ইবেম্মনা ক্লাসিফাইবু থাদোকতে, কোনবীরি হায়না থাজদুনা হৌজিক মফমদুদা লৈরিবা রাসেশ্বরী ফুরা অসি খুঞ্জাশিংনা শাদুনা থমখিবনি।



***রাসেশ্বরী ফুরা***

খোঙনাং পান্থী অমসুং রাসেশ্বরী ফুরা, পূখ্রী অচৌবা অসিনা ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংহল্লি। মতাং অসিদা থন্ননিংঙাই ওইবা রাফম অমদি চহী তরেৎ খুন্তাকপদা গোবিন্দ, গোপীনাথ, আদ্বৈতনচিংবা লাই পূম্নমক ময়াং লৈবাক্তা থৈদুনা থমলুই। নরসিংহ, গম্ভীরসিংহ মচিন মনাওনা অরা তাঙ্গোকখ্রবদা লাইশিং অদু মণিপুরদা পুরক্লগা সেবা চৎলি হায়বসি মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থদগী খঙই। লোয়ননা অরা লাঞ্জেনবদা মণিপুরদা লাৎনবা লাইশিং খব কোম তৌদুনা লোৎশিনলমই হায়বগী রাফমসু লাইরিক অসিদা পল্লি।

শ্রীগোপীনাথকী মূর্তিসি ময়াং লৈবাক্তা থৈরুবরা কোম তৌদুনা লোৎলম্বরা হায়বসিগী মতাংদা খরগা কুপ্পা থিজিনবা অমা চংলি।

শ্রীগোপীনাথনা হৌজিক লেংশিল্লিবা নিংথৌখোঙগী মফমসিদদি কোনথংদা হোংজিল্লকখিবনি হায়বসিদি য়ান্নরবা ৱাফম্নি। লাই অসি হৌজিকসু কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবুংঙো কালারাজগী মচামশুশিংনা সেবা ফংলি। মমাংগৈ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শেমলম্বা নীতি নিয়ম, পরমপরা কায়দনা ঙসিসু লাইগী সেবা পাংথোকলি।

গোপীনাথ ইবুংঙোগী অষ্টকাল সেবা, পর্ব্বদিনদা পাঙথোকলিবা থৌরমশিং, মেরা ৱায়ুংবা, ৱাফুকপদা শান্নরিবা জগোই রাস, রথ যাত্রাদা কাং চিংলিবা, জয়দেব শকলিবা, গোষ্টঅষ্টমীদা ষন শেনবা লীলা শান্নরিবা, য়াওশংদা হোলি সংকীর্ত্তন শক্লিবা, নুপা পালা নুপীগী পালানা ধূপ আরতি, সন্ধ্যা আরতিগী শক্লিবা ঈশৈনা অকোয়ববু ইনিল নিলহল্লি। অসিনা মীয়ামগী পূক্লিংদা ঈংথহনবগা লোয়ননা অধ্যাত্মিক্কী ল্বীদা চীংশিনবীরি।

মতৌ অসুম্না লমাংদোং : বিষ্ণুপুরনা কলচরগী পরমপরা ঙাক্তুনা থম্বদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা নিরূপন তৌবীরম্বা শ্রীশ্রী গোপীনাথনা চাওনা ইনোৎ হাপ্পীরি।

লমাংদোংদা শীংথানিংঙাই ওইবা লাইফমশিং খরসু লৈরি। মদুগী মনুংদা মরুওইবা খরদি –

## লাইনিংথৌ ময়াংঙম্বা ঃ

মসি থোংজাওরোক তুরেলগী অৱাংদা টিডিম রোদকী নোংপোক্তা লৈবা খুভমনি। চাউরবা সনা থোঙনাং পাম্বী অমা মফম অসিদা হৌরি। লাইফম অসি লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা ইহান হান্না খুন্দাখিবা মীশিংনা লাৎনবা থোংজাও নমু লুচোংজাও হায়বা লাই অদুগীনি। খুভম অসি বিষ্ণুপুরগী মখাথংবা শরুক্তা লে।

## পাখংবা শুরুং ঃ

চোথে খুমনগী চীংমচা মৈতৈশিংনা খুন্দাদুনা লৈরিবা মফম, চাউরবা সনা খোঙনাং পান্বী অমা হৌরিবা অদুগী মনাক্তা পাখংবা শুরুং লৈ। শুরুং অসি কংলাগী শুরুংগা ফাওনৈ হায়না থাজনৈ।

## লোকলাই লৈমা ঃ

পাখংবা শুরুংগী মখা পাংবদা লৈবা অপীকপা লোকচপ অমনি। মসি য়াম্না লুবা লাইফমনি। নিংথৌনা দোলাই তোংদুনা লেঙলকপদা মফমসি য়ৌরকপদা দোলাইদগী কূমথদুনা লোকলাই লৈমদা খুরুমজরগা মখা চৎথে। ঙসিসু থায়নদগী লৈরকপা চৎনবী অসি মীয়াম্না ঙাক্লরি।

## চোথে থাংবাই পাখংবগী খুভম ঃ

চোথে থাংবাই পাখংবগী খুভম অমা বিষ্ণুপুরগী ৱার্দ নম্বর ৬ তা চাওখ্রবা খোঙনাং পান্বী অমগী মখাদা লাইশঙ শাদুনা থম্লি।



*চোথে থাংবাই পাখংবগী খুভম*

চোথে থাংল্লাই পাখংবগী ল্লারী অসিদি গরীবনিল্লাজ (১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদা ইবা **চোথে থাংল্লাই পাখংবা** কৌবা লাইরিক্তুগী খণ্ডবদি –

*চোথে থাংল্লাই পাখংবা হায়বসি নিংথৌ কোংদিং অহনবা অমসুং মোইরাং লৈমা ঙানুরোন থমোইরেম্বী অনীগী মপারী ইল্লাং পুরিকলাই থিংক্রি নাচৌবা হায়বসিনি। চোথে থাংল্লাই পাখংবনা লৈমা শুনুলেম্বী লুহোংবা মতুং ৫ নি শুবদা লাইগী নোংদমনা শিরদুনা অশি লৈবাক্তা চৎখি। মপুরোইবা নিংবী সতী ওইবী লৈমা শুনুলেম্বীসু মপুরোইবগা লোয়ননা নোঙ্গামিন্নখি। মহাক্তা অশিবগী লাই লৈনুং থোঙারেনবু মবুক পেৎহন্দুনা মপুরোইবগী থল্লায় হিংগৎহনখি। মথোয় অনীমক খমনুংদগী হল্লক্তুনা মমৈদা মোইরাং নিংথৌ অমসুং মোইরাং লৈমা ওইদুনা পানখি।*

হৌজিক লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদা লৈরিবা খুভম অসিনা ল্লারী অসিবু নৌহৌনা নীংশিংহল্লি। চোথে থাংল্লাই পাখংবগী খুভম অসি লমাংদোং : বিষ্ণুপুরদা লৈবা ইতিহাসকা মরী লৈনবা মরুওইবা মফম অমনি।

## লিতানথোঙ ঃ

য়োৎনা শাবা লিতানথোঙসি বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টী মনুংদা মমাঙঙৈদা তোংজৈ মরীল হায়না খঙনরম্বা লম্বীদা চৎলগা লৈ। থোঙ অসি লানবা য়াবদি নৎত্রে অদুবু মসি ইতিহাসকী নীংশিং খূদম অমদি ওইরি। থোঙ অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা শাবা ওইগনি। **A Short History of Manipur** দা অইবা রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহনা হায়রি –

*চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কাছাড় লম্বী শেমগৎলকপদা থোং অয়াম্বদি লীগী থোং ওইরমই। মদুদি কুইনা শীজিন্নবা য়াদে, তেক্কল্লি, শেমজিনবসু ল্লায়। মতমদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট সার জোনষ্টোননা ভারত সরকারদা হায়জদুনা য়োৎকী তারানচিংবা পীরক্তুনা লম্বী থোং শেমই হায়রি। মসিগী মমাঙদদি য়োৎকী থোং লৈরম্বা নত্তে। হৌজিক লৈরিবা য়োৎনা শাবা লিতান থোং অসি করম্বা শোক তারিখতা শাখিবনো হায়বসিদি থিজিনবা অমা চঙলি।*

লিতানথোঙ অসিনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা জিলা দরবার লেঙবদা শীজিন্নখিবা খ্বায় তুরেল মথক্তা শাবা লীগী থোঙদু নীংশিংহল্লি।



***চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা শারম্বা***
***য়োংকী লিতানথোঙ***

খৃ.কু. ১৮৭৪ দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ভারতকী গবর্নর জেনেরেল অমসুং ভাইসরোই নোর্থব্রুককা কাছাড়দা বরাক তুরেন্দা হিথক্তা উন্নদুনা দরবার ফমখি। মহারাজনা জিলা দরবারগী লেঙবসি খ্বাইরম্বন্দ থোং লাল্লগা সেগা লম্বীরোমদা চৎতুনা লমাংদোং য়ৌরগা তোংজৈ মরীলদা চৎপনি। থোঙচৎ অসিগীদমক খুরোই হাওরা লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদগী হৌনা অঙম্বা চীংলম্বী তেমখায়দুনা অচৌবা নূংপাক থৈদোক্তুনা উপাল য়াপাল ককথৎতুনা তুখোংলম ফুনবা য়াবনা ফুন্দুনা মথক্তা ফোব হায়দুনা থোং শাবা য়াবা মফমদনা থোং শাদুনা অচৌবা তুরেলদনা পাম্বৈ হাপ্লা থোং শাদুনা নুংঙাইগদবা মফম য়েংদুনা য়ারেকশঙ শেমগৎলি।

**— মৈতৈ নিংথৌরোল লা: ৭৯**

মহারাজনা মোইরাংশা তোংদুনা লেঙই। মৈতৈ ল্যাম্বী ৫০০, চীংমী খোঙমী ৫০০, শগোল শামু নাইশল লোয়নৈ। খুরোই হাওরা লমাংদোং য়ৌরবদা মফমদুদা য়ারেকলে। শ্রীবিষ্ণু, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীঅদ্বৈত প্রভু খুরুমজরগা মথা চথদুনা থৌপুম তম্পাক য়ৌরে। নূংবা চীংরোই কাদুনা লেঙলগা শ্বায় তুরেলগী তোর্ব্বান্দা শারিবা য়ারেকশঙদা লেক্তুনা পোখারে।

অহিং নোংশোয়বা নোং কন্না চুবনা চীংমায়দগী অকনবা শাফুগা লোয়ননা চেঙ্গরকপা ঈশিংনা শ্বায় তুরেল চাংজৌ পানা ঈহৌরে। চীংমায়দা হৌবা পামেল উজাও তুবদু ঈরৈনা পুথরকলে। মদুনা ফুদেকতুনা শ্বায় তুরেল মথক্তা শারিবা লিতানথোঙ থোংলি তৎলে। শ্রীযুৎ মায়থোং লাংশিল্লে। থাঙ্গাল মেঞ্জরনা মীয়ামদা লাউথোকলে শ্বায় তুরেল লান্দুনা থোংলি শম্বা ঙম্বা কনা য়াওবগে ? লৈশং যাত্রানা লাইবক চাং অমুক্তং য়েংজগে হায়দুনা মীয়াম মবক্তগী চোংথোবক্লে। মথৌনা লৈরবা লৈশং যাত্রানা খ্বাংদা লীশরি পুন্দুনা পুরগা শ্বায় তুরেন্দা কুমথরে। তাউথবকপা উজাউদগী মশাবু নাম্থোক্লবা ঈরুপতুনা নূংজাও কোন্দুনা খাঙলগা শ্বায় তুবেলগী তোর্ব্বান্দা কাখৎলে। মখ্বাংদা পুল্লিবা লীশরি লৌথোক্লগা লিতান থোংলি শম্লগা মীয়াম্না থোংদু লাম্থোকপা ঙমখি।

হৌজিক লৈরিবা য়োৎনা শাবা লিতান থোঙ অসিনা মতমদুগী লীনা শাবা লিতান থোঙদুবু নীংশিংহল্লি। মসিনা শ্রীযুৎ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা জিলা দরবার লেংবগী রারী লীরি।

## লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদগী ফংবা হৌজিক্লা মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়মদা লৈরিবা নূংগী মূর্ত্তিশিং –

হৌজিক মণিপুর ষ্টেট মিউজিযমদা লৈরিবা নূংনা শাবা বামসীতা অমসুং হনুমান, গন্ধমাদন মূর্ত্তিসি লমাংদোং/বিষ্ণুপুরদগী ফংবনি। মূর্ত্তিশিং অসি মিউজিয়মদা মতৌ করম্না পুরক্তুনা থমখিবনো হায়বসিগী মতাঙদা পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা হায় – মূর্ত্তিশিং অসি লমাংদোং/ বিষ্ণুপুরদা লৈবা কলা সংস্কৃতিবু য়োকখৎলম্বা মীওইশিং খরা মিং পল্লবদা শ্রীতৌরাংবম চাউবা সিংহ, বথসিংহনচিংবনা লমাংদোংগী মফম অতৈদগী খোমজীল্লগা লমাংদোং কৈথেলগী মচি অমদা থনম্বনি। পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা



***লমাংদোংদগী পুরকপা ষ্টেট মিউজিয়মদা***
***লৈরিবা রামসিতাগী মূর্ত্তি***

লুচিংলগা খৃ.কু. ১৯৬৬-১৯৭০ ফাওবদা মিউজিয়মগী কিউরেটর ওইরম্বা শ্রী এস, এন, সেন য়াওনা মীওইশিং অসিগা তান্নরগা মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়মদা পুরক্কুনা থমখিবনি।

মিউজিয়মগী রেকোর্দতদি অসুম্না লৈ –

*Standing Ramsita – in bold relief, broken stella, broken in pieces, head, arms, face broken and unrecognisable. The image was brought from Samupan or Sebokthana, a place for exile for cross blood marriage for installation at Bishnupur Bazar. It was later handed over to the nuseum, size 2′ 6″ × 2′ 11″. 18th century A.D. style – Manipuri, Material sand stone.*

From Samupan –

*Standing Hanuman – upper right hand holding gada left hand broken, both legs broken at calf. In bold relief – 18th century A.D. style Manipuri – size 1′ 8″ × 1′ 7″. Material - sand stone.*

*মূর্তিশিং অসি ১৮শুবা শতাব্দীগীনি হায়রি। "খৃষ্টগী ১৮শুবা শতাব্দীদা মণিপুরদা রামান্দি ধর্ম্ম চৎলম্বগী খুদম হৌজিক ফাওবা ৱাংখৈ লৈকাইদা নিংথেম পুখ্রি ময়াদা লৈরিবা রামজি প্রভুগী অশ্রা অসিগা মহাবলি ঠাকুর লাৎলিবসিগনা লেঙদ্রবা খুদম ওইদুনা লৈরি"* (***অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*** *– খেলচন্দ্র, লামায় ১২৩)*

মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) না শান্তিদাস গোসাইগী পাউতাক ইন্দুনা থায়নদগী চৎনরক্লবা ধর্ম্ম লাইনীং লাইশোল থাদোক্লগা রামান্দি ধর্ম্ম চৎলবদা রামসীতা হনুমান লাৎপা হৌখিবনি। গরীবনিৱাজ মহাবাজনা লাৎলম্বা রামসীতাগী মূর্তিদু ঙসিসু নিংথেম পূখ্রী মনাক্তা মন্দির শাদুনা রামজি প্রভু হায়না লাৎলি। মূর্তি অসিগা লোয়ননা মন্দির অদুমক্তা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নিরূপন তৌরম্বা রামসিতা লক্ষন হনুমান লোয়ননা গরীবনিৱাজ নিংথৌ অমসুং শান্তিদাস গোসাইগী মূর্তিসু লৈবি।

ঔৱা লানগায়বদা চহী ৭ খুন্তাকপা অদুদা কাছাড়দা থৈদুনা থম্লুবা শ্রীগোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীবিজয় গোবিন্দনচিংবা লাইশিং লৌথোকলুদুনা গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ মচিন মনাও অনীনা সেবা চৎলি। মবুধৌ ইবুংঙো গরীবনিৱাজনা সেবা চৎলম্বা রামসীতাগী মূর্তিদি থিবা ফংখিদে। নিংথৌনা চুংখাম লোলাসিংদা রামসীতাগী মূর্তি, মবুধৌ গরীবনিৱাজ, শান্তিদাস গোসাই হনুমান মূর্তিসু শাহনখি। শক ১৭৫৯ গী ফাইরেল ৫ নি পানবদা অভিষেক তৌরনি হায়না অধিবাস হৌরবদা চীংমী খরনা লৈবাক তৌবদা ফংলকই হায়দুনা রাম লক্ষন সিতাগী মূর্তি পুদুনা লাকখি।(৭) নুমিৎ অদুমক্তা নৌনা জিবন্যাস তৌদুনা লাইশিং পুন্না লাৎখি। মূর্তিশিংদু হৌজিক নিংথেম পূখ্রী মপান্দা লৈবা রামজি প্রভুগী মন্দিরদা লাৎতুনা লৈরি।

(৭) **মণিপুর দেবালয় গ্রন্থ** – মঙ্গিসিংহ, ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপাল, ১৯৭৬

হৌজিক মিউজিয়মদা লৈরিবা মূর্ত্তিশিং অসি কনানা করম্না লাৎলম্বনো হায়বসিদি অসুম্না ওইবা য়াই – গরীবনিৱাজ মহারাজনা রামান্দি ধর্ম্ম লৌরবদা প্রজাশিং খরসু ধর্ম্মসি লৌই। মদুগী খুদম্বু **চৈথারোল কুম্বাবা**দা হায়রিবা –

*"খৃ: ১৭৩৭ হিয়াঙ্গৈ নোংমা পানবা শগোলসেন নুমিৎতা মহারাজনা মীওই ৩০০ নুকুন থাংই"* অসিনা তাকই।

শামুপল অয়াসুং লাঙ্গোলদগী ফংবা মূর্ত্তিশিং অসিগী মতাঙদদি ধর্ম্ম অসিবু থাজবা মীশিংনা রাম সীতা হনুমানগী মূর্ত্তি শারগা লাৎলম্বা য়াই। ঔৱা লাঞ্জেনবদা মখোয়না শামুপল অমসুং লাঙ্গোলগী মফম অসিদা ফুমদুনা থনম্বা ওইথোকই। তুংদা লৈবাক তৌথোকপদা থেংনদুনা পুথোরকপা অমসুং তৌথোকপদুদা মূর্ত্তিগী শরুকশিংদু তেকপা, শকতম কায়বা ওইথোকই।

## হনুমান ঠাকুরগী মূর্ত্তি ঃ

**চৈথারোল কুম্বাব**দা (লা: ৮৯) হনুমান মূর্ত্তিগী মতাঙদা অসুম্না ইরি – *"১৬নি লংমাইচিংদা শ্রা কৈথেনদা য়ুংবা নূংবু হনুমানগী মুর্ত্তি শানবা যাংবাহনবা তান্না চিংশিনএ।"*

মসিদি পামহৈবা (গরীবনিৱাজ) গী (১৭০৯-১৭৪৮) মতমদনি।

হৌজিক মহাবলি উমংদা হনুমান ঠাকুরগী মূর্ত্তিসি ঔৱা লান্দা ঔৱানা মূর্ত্তি অসিগী মাই থুগায়খিবদগী গম্ভীরসিংহ মহারাজনা শক ১৭৫১ (খৃ. ১৮২৮-২৯) গী পোইনু থা দিসেম্বর ২৭ নি পানবা ঈরাই নুমিৎতা শেমগৎলগা লাৎখিবনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মপাইবুংঙো শ্যামশাই খুরাইলাকপদি হনুমান ঠাকুরগী ভক্তনি। হনুমানবু নীংজদুনা পূজা তৌজদুনা সাধনা তৌজদুনা সিদ্ধি মাপল ফংখি হায়নৈ।

মিউজিয়মদা লৈরিবা রামসীতা, হনুমানগী মূর্ত্তি ফংলকপা মফম শামুপল হায়বসি থোংজাওরোক্কী ৱাংমদা চিনিকোল (চীংনিংখুল – চু য়াম্না থাবা মফম) গী মখাদা লাইমতোন চীংগী নাপোমদা তম্পাক্কা তায়নবা মফমসিনি।

চন্দ্রকীর্ত্তিনা (১৮৫০-১৮৮৬) জিলা দরবার চৎপদা মফমসিদা শামু পুল্লমই হায়দুনা শামুপল কৌই হায়।(৮) অদুবু শামুপল হায়বসিদি চন্দ্রকীর্ত্তি



***ষ্টেট মিউজিয়মদা লৈরিবা হনুমানগী মূর্ত্তি***

মহারাজগী মমাঙ মধুচন্দ্র মহারাজগী (১৮০০-১৮০৩) মতমদা থোকখিবা ইতিহাসকী তাংকক অমদসু অদুম চৈন্নে।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবুংঙো মধুচন্দ্রনা খৃ: ১৮০০ দা নিংথৌ ওই। মনাওনিপা চৌরজিৎপু যুবরাজ, মারজিৎপু সেনাপতি হাপই। নিংথৌ খুভমগী হাকন্দা মচিন মনাওশিং য়াম্না থুনা য়েংথিনরকই। যুবরাজ চৌরজিৎনা কাছাড়দা চেনখ্রগা মফমদুদগী লাম্মী খোমগৎতুনা ময়াম্বুং মহারাজগী মথক্তা লান্দারকই। মারজিৎনসু চৌরজিৎতা লাল পাংশিল্লে। শঙাইথেলদা লাল শোক্লবদা মায়থিরদুনা মধুচন্দ্র মহারাজ কাছাড়দা লাল চেনখি। চৌরজিৎনা অমুক মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। মধুচন্দ্রনা কাছাড়দগী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রগী মতেঙ লৌদুনা মণিপুরদা লান্দারকই। মধুচন্দ্রনা মদুদা শামুপল য়ৌরকই। অমরোমদনা চৌরজিৎ অমসুং মারজিৎনা মধুচন্দ্রগী লাম্মীবু কোয়শিল্লগা

---

(৮) তাং ১৫/২/২০০৪ দা লাইরিক অসি ইবগী মতাঙদা মকওইবা মফম খবদং থিজিনজক্বদা থিয়াম যদুমনি সিংহ বিটায়র্দ হেদ মাষ্টব, বিষ্ণুপুবনা হাযবকখিবনি।

মফমদুদা লাল শোক্লবদা মধুচন্দ্র মহারাজবু মচাইবুংঙো মদনশাই অমসুং ময়াং লাম্নী ১০০ য়াওনা শামুপলদা হাংখি। — **মৈতৈ নিংথৌরোল**

শামুপল হায়বসি ইতিহাসকা তৎন-থানবা য়াদ্রবা লমাংদোং/ বিষ্ণুপুরগী মফম অমনি। মমাঙৈঙে নিংথৌ পাল্লিঙৈঙে মতমদা শাগে মশেল লৌন-লৈনবা য়াদবা হায়না থনম্বা ৱাফম থুগাইদুনা লৌন লৈনবা থোক্লবদি মথোয়বু ইম্বোক্লগা শামুপলদা লোই থাই। (৯) অসুম্না লমাংদোং (বিষ্ণুপুরদগী) ফংবা সংস্কৃতিগী মচাক মরলশিং অসিগা মণিপুরদা চৎনরম্বা হৌজিক্তি চৎনদ্রবা সমাজগী থবক থৌরম নীতি নিয়ম কয়া অমসু খঙবা ঙমহল্লি।

লমাংদোংগী মফম অমদগী ফংবা কলচরগী মচাক মরল অমা খঙনবা হোৎনরুবদা ইতিহাসকী থেঙখাং অমদা মণিপুরী সমাজদা লৈরম্বা চৎনবী লোইথাবা হায়বসি খঙলকপনি। লৌন লৈনবা য়াদে হায়বা নুপা নুপী অনীনা লৌনরবদা সমাজনা মথোয়বু ইম্বোকই, তোৎন তিন্নদে, সমাজগী থবক থৌরমদা য়াওহন্দে। চৎনবী অসি মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিঙৈঙে মতম ১৮শুবা চহীচাদা লৈরম্বনি। ঙসিদি ২১শুবা চহীচা য়ৌরে। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজি চাওখৎলক্লে। মীওইবনা শুনতরংদা পায়দুনা থা থৱানমিচাক্কী লমদমদা খোংদাবা ঙমলে। শুনতরংদা অমসুং সমুদ্রগী লৈখাদা, চীংদোন্দা থিজিন হুমজিন তৌদুনা, চাংয়েং কয়া পাংথোক্লুনা অচুম্বা কয়া খঙদোকপা ঙমলে। অন্ধবিশ্বাস কয়া কোকহল্লে। অনৌবা ৱাফম কয়া পুথোকলে। লোয়ননা মাংই শেংই, লৌন লৈনবা য়াই য়াদে হায়বনচিংবা থায়নগী চৎনবী কয়া অমসু মতমগা চুন্নদ্রে হায়দুনা থাদোক্লরে।

---

(৯) লোইথাবগী চৎনবী অসি মমাঙৈঙেদা মণিপুরদা চৎনবমই হাযবসি শামুপলনা ঙসিসু ভুংদা লাক্কদবা মীবোলদসু নীংশিংহনগনি। লোই থাফম অসি শামুপলদতসু নত্তনা হাওজোংপনদসু ওইবমই। মদুগী খুদমদি —

লৈশাং দেবান্দগী কুম ...

"শক ১৭৮৩ ৱাকচিং ৬ নি নিংথৌকাবদা শলাম মচা অমনা বামন কোনোক নুপী অমা লৌবদুনা মতু মৱা হাওজোংপনদা লোই থাই।" — ইবুংঙোহল, খেলচন্দ্র, **চৈথারোল কুম্বাবা,** মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল, লা: ৩৪৮

সোইবম বলসিংগী কুম ...

শক ১৭৮৯ ... ইযাঙ্গৈ ১১ নি ঈবাইদা থোকচাও চিবাই লাল্লুপচিংবনা মনাও নুপী লৌএ হায়দুনা হাওজোংবন্দা লোই থাই। *Ibid.* লা: ৩৬৮

# বারোই

জাতি অমনা চাওখৎপগী লমজেন্দা য়াওদুনা মাঙজিল থাবা তারবদি মাগী মাগী নাৎকী পারী পুরীগী ইতিহাস, মখোয়না তুংগী মীরোলগীদমক্তা তম্বীরম্বা খূদোলপোৎশিংদু খঙজিনবা হায়বসি তঙাইফদবনি । তাঙলবা লনশিং অদু সংস্কৃতিগী তাবু নুংদা চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা থমজিনবা হায়বসি নৌনা হৌরকলিবা মীরোলগীদমক্তা ঐখোয়না তৌফম থোকই ।

জাতি অমগী হৌরকফম, পারী পুরী, ইতিহাস, কলচর, পরমপরা ময়েকলানা লৈবা হায়বসি য়াম্না লেমজনিংঙাইনি । মরম অদুনা ঐখোয়না মসিবু ঙাকশেন্দুনা থম্বা তারিবনি । মসি তরাই তরাইবদি নত্তে । কলচরনা কোনশিনবিরিবা লম অসিসু ওম্থোকনা পাক চাওখ্রে । মীওইবনা সভ্যতা শেমগৎলকপদা চংলিবা মচাকশিং লোয়না মসিগী পন্নুংদা য়াওরে । খুদম ওইনা হায়রবদা, মপাম্থোংগী ওইবা মীৎনা উবা পোৎলম য়ুম-কৈ, ফুরা-দলাল, ফিজেৎ-ফিজোল খুজু-খুৎলাই, কোল-লিকনচিংবগা লোয়ননা মীওই কাঙলুপ অদুগী চৎনলোল, ব্যবহার, আইন, লিচৎ-শাজৎ, ধর্ম্ম লোল, সাহিত্যনচিংবনা তিল্লবা মপুং ফাখ্রবা পোখোক অমনি । মীরোল কয়া লান্না থাংথরকপা ফিদম মগুনদুনি । অদুগা মসি মতমনসু অহোংবা পুরক্রিবনি । লম অমগা ঈ-পাউ ফাওনবদগী, তিন্ন-তোৎনবদগী, খুন্দা লৈতারবদগী, বিজ্ঞাননা চাওখৎলকপদগী, খুৎশেমগী মতেংনা সহর শেমগৎপদগী, লাল থোকপদগী, মহৌশা লাইরেম্বীগী অশাও মৈরীদগী, যুহারাবা, চীং নিংখায়বনচিংবা কয়া থোকপদগী অহোংবদু লাকপগী মরম ওইহল্লি । জাতি অমগী মমল য়াম্রবা কলচরগা মরী লৈনবা, ইতিহাসকা শাগোন্নরবা মচাক মরল কয়া মাংহন তাকহনখিবা থোকই । করিগুম্বদনা মপাঙ্গল কনবা জাতি অমনা অশোনবা অমবু খুদুম চনশিন্দুনা মখোয়বু নমথবীবা, মখোয়গী কলচরবু মুত্থৎপীখিবসু কয়া অমনি । অসুম্না মায়কৈ কয়াদগী হুমজিল্লক্রিবা শাফু অসিবু মায়োক্নবা ঙম্নবা ঐখোয়না খোঙফম চেৎনা লেপহৌদ্রবদি ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা কলচর মাংখিগদ্রা হায়বগী অকিবা লৈ ।

ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা খুরোই হাওরা লমলাংতোংনা ওইরম্বা শক্তম খঙদোকপা, লমদম অসিনা মণিপুরী কলচরদা তম্রিবা খুদোলগী মতাংদা খরদং থিজিনলুবগী পাউদম অমনি লাইরিক অসিদা ইজরিবসি।

লমদম অসি মণিপুর ইতিহাসকী মরুওইবা থৌদোক কয়াগা মরী লৈনবা মফম অমনি। মণিপুরগী লৈঙাকলোন, লাইনিং লাইশোল, থাজনবী, নাৎকী ওইবা চৎনলোন কয়াগা তৎন থানবা য়াদনা চহী চা কয়াগী মমাঙদগী লৈরক্লবা মফমনি। মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎনদ্রিঙৈ মমাং অমসুং রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা হৌদোক্লকপদা অহানবা ওইনা খোঙদাফম ওইবা, হিন্দু ধর্ম্মগী অশেঙবা মফমনি। মৈতৈ পাঙলশিংনা খুন্দাবা হৌখিবা মফমসুনি।

খুরোই হাওরা লমলাংতোং হৌজিক্লা লমাংদোং/বিষ্ণুপুর হায়না খঙনরবা লমদম অসিনা মণিপুরগী ইতিহাস, কলা সংস্কৃতিদা তম্রিবা খুদোলশিং মতমগী থোংলৈ মতুংইন্না মমি শাগ্রকলে। নীংশিং খুদম কয়া তেক কায়খ্রে, ইনিংথৌশিংনা শেমগৎলম্বা ফজরবা সভ্যতাগী মচাক মরল কয়াসু ঈরোন্নুংদা লূপশিনখ্রে।

খুরোই হাওরা লমলাংতোংগী মরমদা থিজিনবা হায়বসে তুংদা হৌরকলিবা মীরোলগীদমক্তা লম্থুম লেপশিনবিবনি। মসিদি ইপা ইপুগী খুদুং লীবনি। ঐখোয়গী চৎনলোল, ব্যবহার, লাইনীং লাইশোল, কলা সংস্কৃতিদা অনৌবা ঈনোৎ হাপ্পনি। সংস্কৃতিগী তৎলুরগদবা লীচিংবু অমুক নৌনা কনখৎহনবনি।



***হৌজিক ওইরিবা লমাংদোং কৈথেলগী শক্তম অমা***

## নৈনজখিবা অমসুং মতেঙ লৌজখিবা লাইরিক খরা


১। **চৈথারোল কুম্বাবা** — *সম্পাদকশিং* – লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রসিংহ , ফোঙবা মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল ১৯৮৯

২। **অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস** — শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, ডিভাইন বুক মার্ট, পাওনা বাজার, ইম্ফাল, ১৯৮৯

৩। **মৈতৈ নিংথৌরোল** — সরাংথেম বরমনি সিংহ, সাহিত্যভূষণ, রাজেস বুক ষ্টোর, ইম্ফাল, অনীশুবা খুৎনম- ২০০০

৪। **চিংথংখোম্বা মহারাজ গজা চৎপা** — সম্পাদক: বাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ, বি কম, অনীশুবা ফোঙবা - ১৯৬৪

৫। **মণিপুর গোবিন্দ নির্পন** — শ্রীরাজকুমার সনাহল গুনেশ্বর, শিংজমৈ মযেংবম লৈকায়, ইম্ফাল, ১৯৮০

৬। **শ্রীশ্রীগোবিন্দাশ্রম** — মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, পণ্ডিত, চূবাচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল, ১৯৪২

৭। **রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র** — শ্রীসিতারাম মুখোপাধ্যায় মুখর্জি, বুক সপ্লাই, আবিনাশপুর, বীরভু, ১৯৯৫

৮। **কার্ত্তা মহারাজগী মজাইবুংঙো মরী** — শ্রীৱাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ, বি.এ. শগোলবন্দ, ইম্ফাল, ১৯৭৭

৯। **শ্রীশ্রীরাসপঞ্চাধ্যায়** — পণ্ডিতরাজ শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ন, ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূরাচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, শক ১৮৮৩ (খৃ: ১৯৬১)

১০। **সংজ্ঞান** — রাজকুমার সনাহল, শিংজমৈ ময়েংবম লৈকায়, ইম্ফাল, সাইন্টিফিক দিফেন্স এন্দ কলচরেল সোসাইটি, ১৯৭০

১১। **The Meitheis** – T.C. Hodson, Neeraj Publishing House, Delhi, Reprint Edition - 1975

১২। **A Short History of Manipur** – R.K. Jhalajit Singh, O.K. Store, Paona Bazar, Imphal - 1965

১৩। **মৈতৈ বামোন হৌরকফম** – নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ব্রহ্মচারিময়ুম কুঞ্জচন্দ্র শর্ম্ম, চীংতম প্রেস, নাওরেমথোং - ১৯৯৫

১৪। **মসিল** — খুলেম চন্দ্রসেখর সিংহ, পণ্ডিত/মাইচৌ – মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন, নাওরেমথোং - ১৯৯৭

১৫। **খাগেম্বা লাঙজৈ** — সম্পাদক, শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, পি এস প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরী, মোইরাংলৈরক – ২০০১

১৬। **Glimpses of Manipuri Language, Literature and Culture** – Manipuri Sahitya Parishad, Imphal - 1970

১৭। **Sanamahism** – Edited by Sapammacha Sanatomba @ Bheigya, Institute of Manipuri Studies, Tera Bazar, Imphal

১৮। **মণিপুরী কললচরদা মীৎয়েং অমা** – দা. পাওনম গুনিন্দ্র – পোক্রফম পব্লিকেসন, ইম্ফাল - ২০০০

১৯। **Manipur – The Mainstream** – N. Tombi Singh, Rajesh Printing Press, Delhi - 6, 1975

২০। **হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি** – এলাংবম নীলকান্তসিংহ, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল – ১৯৯৮

২১। **Gazetteer of Manipur** – E.W. Dun, Vivek Publishing Company, Delhi - 1981

২২। **শ্রীশ্রীগোবিন্দজী অমসুং মণিপুর** – লাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ, স্বরাজ প্রিনটিং প্রেস, ইম্ফাল - ১৯৯৩

২৩। **শ্রী মুর্ত্তি** – রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সেবা সঙ্গ, ইম্ফাল - ১৯৯৯

২৪। **মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থ** – শ্রী লাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, ভক্তিরস চুরামনি, ব্রহ্মপুর – ১৯৭৬

২৫। **Statistical Abstract of Manipur : 2001** – Directorate of Economics and Statistics, Govt. of Manipur.

২৬। **Religious Belief of the Ancient Manipuris** – W. Yumjao Singh

২৭। **ইমোইনু অহোঙবীগী তুংনফম** – য়ুমনামচা বুদ্ধিচন্দ্র

২৮। **বামোন খুম্বোকলোন – বামোনশিংগী হৌরকফম বারী** – য়েন্দ্রেবম মুনান মৈতৈ, থোংলেন তাইবী লাংথাকপম (কুঞ্জ), লাংথবান কোনুং, ইউনিভরসিটি

## Journals & Souvenirs

১। **মণিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিবা মশক – ১৯৭১ –**
সম্পাদক শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ –
মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফাল – ১৯৭৫

২। **45 days Workshop of Traditional Manipur Sculptors- 8th Feb. 2001**
– Organised by Manipur State Museum etc.

৩। **মণিপুরদা লাই শাবা অমসুং হকপা খোংপগী কলা (সেমিনারগী চে)**
– এ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা – ১৯৯৪ দা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা পাথোকখিবা

৪। **The Vishnu Temple at Bishnupur (Seminar Paper)** –
Th. Jadumani Singh, Bishnupur – 20th June, 1986

৫। **সনথোঙ** – ইদিটব, মনিন্দ্র কোনসম, প্রিযাদর্শিনী বুক ট্রষ্ট, ইম্ফাল, ভোল্যুম ৫, নং ৭ – ১৯৯৮, ভোল্যুম ৪, নং ৮ – ১৯৯৭

৬। **চিশিং চাইবী** – ১০শুবা চহী ৫শুবা মশীং – সেপ ২৫, ২০০৩, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ।



পোং নিংথৌ খিখোম্বনা মৈদিংঙু ক্যাম্বদা খুদোল
তম্রকপা মূর্ত্তি (নাকচেপকী শক্তম)



বিষ্ণু মূর্ত্তি হাল্লা মথক্তা খুনু তোংবা কাগোক



শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা বিষ্ণু শালগ্রাম হাপ্তুনা থম্লিবা কাগোক



অইবীনা বুধচন্দ্র মহারাজগী মশু ইবুংঙো সনাজাওবা লৈশেম্বগা লোয়ননা
লক্ষ্মীপূজা নুমিৎতা বিষ্ণুদা খুরুমজবা, ১২-১১-২০০৪



মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা শাবা হৌজিক্না লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা
চনম থাবম লাইরিকয়েংবম শাগৈনা সেবা চৎলিবা বিষ্ণুমূর্ত্তি



খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা লাংলিবা বিষ্ণুদা

অইবীনা খুরুমজবা, ১৫-১১-২০০৪



চোথে থাংবাই লাম্বংবগী মশাইগোন্দগী লাইনা ওক ওন্দুনা চেনখিবদু হাংলগা খুদেংদ্গ শেম্বদগী খুদেংগী অকোইবদা হৌরকপা বাং পাম্বী কাসিফাই

## অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ

(ক) তম্নবা লাইরিকশিং – টেক্সবুক ওইনা ঃ

(১) ফিজিকেল এডুকেশন ঃ ক্লাস রানগী –১৯৬১ ; ক্লাস থ্রীগী –১৯৮১; ক্লাস ফোরগী –১৯৮২; ক্লাস ফাইবকী – ১৯৮৩; ক্লাস আইটকী – ১৯৮৩; ক্লাস আইটকী (ইংলিস)– ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী –১৯৯১।

২) অঙাংগী বিজ্ঞান –ভূগোল অনৌবা –১৯৬৮

(খ) রিশার্শ পব্লিকেশন ওইনা ঃ

এডুকেশন ইন মণিপুর (ইংলিস) –১৯৮১

ফিজিকেল এডুকেশন ইন দি স্কুল অফ মণিপুব (ইংলিস) – ১৯৮১

ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড এডজসমেন্ট (ইংলিস) –১৯৯১

ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড স্পোর্টস (ইংলিস)– ১৯৯২

(গ) সাহিত্যগী ওইনা ঃ

খোমজিনবা রাবেং (বেডিওদা ঙাঙখিশিং ) –১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেশন (নুপীশিংগী রাবেং ) –১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী যাইফবা (রাবেং)–১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল –১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্তুদা (লমকোয রাবী)–১৯৯৪; কোম্বীং ওপবেসন (রাবী মচা) --১৯৯৬; নুপীগী যাকাযবোল (রাবেং)--১৯৯৭; কোরৌহনবনা ইরোন্নুংদগী খোংদোযরকপা লমদমদুদা (লমকোয রাবী)– ১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা রাবী (রাবী মচা) --১৯৯৯; কোহিনুবগী মশাইগোন্দা (লমকোয় রাবী) --২০০০; আমেরিকাগী খোঙচৎতা–(লমকোয রাবী)-২০০১; খুরোই হাওবা লমলাংতোং (লমাংদোংঃ বিষ্ণুপুর) –২০০৪



শ্রীমতী চোংথাম নিংঙোল যামিনী দেবী খ্. ১৯৩৬ কী দিসেম্বর ১৫ দা কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা ৺চোংথাম বেনুধর সিংহ, অপোকপীনা ৺রাজকুমারী সনাতোম্বী দেবীনি। পুখ্রম্বম রাইকুমার সিংহ তেরা কৈথেলদা লৈবগী লোয়নবীনি। মচানুপা অনীগী মমানি। মহাক এলাহাবাদ ইউনিভর্সিটিদগী মাষ্টর অফ এদুকেশন, পাটনা ইউনিভর্সিটিদগী সার্টিফিকেৎ অফ ফিজিকেল এদুকেশন এন্দ স্পোর্টস, গৌহাটি ইউনিভর্সিটিদগী বিটি অমসুং পিএচদি, বৃটিশ ইন্সটিটিউটতগী দিপ্লোমা জর্নেলিজমনি। মহে মশিং তমলকপদা মকোক থংদুনা বৃত্তি ফংদুনা লাকই। শান্ন-খোৎনবগী লমদা প্রাইজ সার্টিফিকেৎ, থ্রি ষ্টারস ফংবা মীশকনি। দি এম কোলেজ পুল্লিঙৈদা ফিজিকেল এদুকেশন অমসুং স্পোর্টর্সকী ওজা, জি. পি. বুইমেন্স কোলেজদা এদুকেশনগী রিদর, দি এম কোলেজ অফ কর্ম্মসকী প্রিনসিপাল ওইরম্মী। শ্রীমতী যামিনী একাদেমিক, কলচরেল, সোসিয়েল ওর্গানাইজেসন কয়াগী মেম্বর ওই। নেহরু যুবক কেন্দ্র নিউ দিল্লি, এদভাইজরী বোর্দ এন সি সি, নিউ দিল্লি, স্পোর্টস অথরিটি অফ ইন্দিয়া নোর্থ ইষ্ট এদভাইজরী কমিটিগী মেম্বব ওইনা থৌদাং য়াখি। মণিপুর ষ্টেট কাউনসিল ফোরম বুইমেন স্পোর্টর্স কাওশিল, টেক্সবুক কমিতিগী মেম্বর ওইনসু থৌ পুরমই। মণিপুর লিগেল এইদ এন্দ এদভাইস বোর্দ (১৯৯০-৯৭) মণিপুর লিগেল সার্ভিস অথরিটিগী (১৯৯৮-২০০৩) মেম্বর ওইরমই। হৌজিক্লা মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী বোর্দ অফ ষ্টদীজ অমসুং সিনেটকী মেম্বর ওইরি।

মহাক শান্তিগী সেনা অমসুনি। মণিপুর পীছ কমিটি, ওল ইন্দিয়া পীছ এন্দ সোলিদারিটি ওর্গানাইজেসন, মণিপুর চেপটরগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী লমদা পাঙথোকপা সেমিনার, কনফরেনস কয়াদা শরুক য়াই। ইউনাইটেদ রিলিজসন ইনিসিয়েটিভকী মেম্বর অমা ওইনা আমেরিকাগী পিটসবর্গতা খৃঃ ২০০০ দা চৎতুনা মালেমগী শান্তিগীদমক সহি তৌবদা শরুক য়ারুই। ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর কোলকাত্তা (২০০০-২০০৩), নেসনেল বুক ট্রষ্ট অফ ইন্দিয়াগী মণিপুরী লেঙ্গোইজ এদভাইজরী পেনেল মেম্বর ওই। আকাসবানী ইম্ফালগী রেগুলর ব্রোদকাষ্টরনি, দূরদর্সন কেন্দ্র ইম্ফালগী প্রোগ্রামদসু তোয়না শরুক য়াই। সাহিত্যগী লমদসু খুদোল তন্লি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, রাইটর্স ফোরম, লৈমরোল খোর্জেকোল (লৈকোল)গী লাইফ মেম্বরনি। খৃ. ১৯৯৯-২০০০ দা রাইটর্স ফোরমগী প্রেসিদেন্ট ওই। মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা ফোঙবা চেফোঙদা জরনেল, মেগাজিন্দা অর্টিকল ই। অঙাংগী তম্নবা টেক্সবুক, এসে, ৱারীমচা, লমকোয় ৱারীনচিংবা ই। মানা ইবা "খঙনিংবশিংদো" হায়বা অঙাংগী সাহিত্যগী লাইরিক্তা মণিপুর সরকারনা মনা পীখি। "লৈলাংবা" কৌবা জরনেল অমগী এদিতর ওইরমই। হন্দক ফোঙলিবা লাইরিক "খুরোই হাওরা লমলাংতোং" হায়বসিনা মাগী ২৬ শুবা লাইরিকনি। থবক্তগী পোথারবা তুংদা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা নুপী অমসুং অঙাংগী চাওখৎ থৌরাং কয়া লৌখৎলি।



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ISBN 81-89101-00-5

মখুম নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১